জৈনেন্দ্রকুমারগী—

# ত্যাগ পত্র

( থাদোক-চে )

হন্দোকপা—

এলাংবম দোনমণি সিংহ
এম. এ ; হিন্দী শিক্ষক [illegible]
লেকচরর, দি এম কোলেজ।

কোওবা — ই, কে, সিংহ
লৈশাংথেম লৈকাই, শীংজমৈ।

মশীং — ১০০০/১৯৭১।

নম্বা — মণিপুর গীতা প্রেস, শীংজমৈ।



হিন্দীদগী হন্দোকপা উপন্যাস

মমল — লুপা ৩.৫০

# ঋাচৌ

## *অনুবাদ সাহিত্য

ব্যাসদেবগী 'মহাভারত' অমদি কবিকুলগুরু বাল্মীকিগী রামায়ণ মহাকাব্যনা লাইগী লোল ওইরবা সংস্কৃতা অদুমক লৈরম্বা, এরিস্টোটলগী 'পোইটিক্স'না গ্রীক লোলদা, সেমুল বেকেটকী 'এন এ:টগেণ্ট 'গোডোট'না আইরিস লোলদা অদুমক লৈরম্বা তারবদি লোল মান্নদবা সাহিত্যগী ওমথৈশিং অসি ওস্নোক্লা পীক্রমগনি। অমা হৈনবা লাক্লবদা পুন্সি কেম্নরিবা, পৃথিবীগী লোল ময়াম অসি লোইনা হৈরু-খঙলুরগা ফংলক্কদবা খুদোংচাবা অদু অনুবাদ কলা অসিগী খুদোললনি।

অনুবাদ তৌবা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে, কলা অমনি; কলা অমগী চপ চাবা থৌরম অমদি গৌদাং চপ চানা লৈ। চুম্নগী ৱাহৈগী ৱাহৈদা হন্দোকপা, ৱাহৈপ:রংবু অচাবা ৱাহৈ পরেং য়েংত্নুনা হন্দোকপদি লায় হায়বা য়াই; মসিদসু লোল অমদদি লৈতবা অমদদি লৈবা; অমদা চংনবা অমদদি চংনদবা কধামরুম লৈরি। ইংলিশকী Good morning বু 'অঙ্কবা অয়ুক' হায়বা অমদি মণিপুরীগী পোং মমল হংবদা শৌঙ্গিম্নবা "কয়া পী" হায়না ৱাহৈ পয়েং অসিবু how much give হায়বগী

---

*বারেং অসি আকাশবানী ইম্ফালদা 'সাহিত্যদা অনুবাদকী মফম' হায়না পাখোকখ্রবনি।

ভাবতা হল্লুরবদি লোল অনিগী মগুন মাঙখিবা শোয়দবনি। অনুবাদকী থৌরম অসিদা য়ামদ্রবদা, মান্নদবা সংস্কৃতি অনিগী মগুণ, লংদাই অমা ময়েক শেংনা উবা ফংই। মতাং অসিদনি হন্দোক্লিবা মীওই অদুগী অশেংবা পরীক্ষা লৈরিবা। সংস্কৃতি অনিগী মগুণ মাঙহন্দ্রিবনি, অনিমক্তা অশেংবা মুংশিবা অমদি ইকাইখুন্নবা উৎলিবনি হায়দুনা তশেং তশেং উৎনবা হেক হোৎনরুবদা ঈশিংগা থাউগা তিন্নবগুম তোঙান তোঙান তারিবনি। অমরোমদা অমুক, অপাবশিংনা মমুৎ তানা মুংঙাইনবনি হায়দুনা পূংশেম শেমদোক্লুরে কোক্কীগী মহাও শঙোমনা হাৎখিবগুম অশেংবা মহাও মাঙখিগদৌরিবনি। অদুনা অনুবাদ হায়বী কলা অসিদি মশক হেল্লূরে মরিন ইভাউ তাউখিদুনা থাজবা ব্রাৎনগদৌরি অদুগা চপ চানা থাজহল্লুরে মশক্তা ব্রাৎকদৌরিবীনি। অশেংবা মপোপ অদু য়ারিবমখৈ কায়হন্দনা হন্দোকদৌরিবা লোল অমদি সাহিত্য অদুগী মতা য়েংদুনা শেম্বা অসি অনুবাদকী মথৌনি। মসিগীদমক্তা মতাং খঙনা ব্রাহৈগী ব্রাহৈদা অমদি ব্রাহৈপরেংগী ব্রাহৈপরেংদা হনবগা লোয়ন-লোয়ননা তেনশিনহনবা অমদি শন্দোক্লা ভাকপা মওংদা হনবা চুম্মী।

লোল খেন্নহল্লগা অনুবাদকী মথৌ লোইরে হায়না লৌরবদি লৌমন্না থোকই; সাহিত্যদদি মনুং হকচিনবা মকম অমা চাউনা লৈরি। কুনশুবা শতাব্দীদা লৈরিবা ভাবোক ঐখোয়না মুংঙাইবা হৈনবা ড্রামা ঐখোয়না মশক খঙই। অদুগা চহি ৩০০/৪০০ গী মমাঙদা শেক্সপীয়রগুম্বা লীলা ইবা অমনা বিলাট লৈবাক্তা মহা-

য়াণী ইলিজাবেথকী ভাবোকশিংবু করম্বা য়ায়ৌগী করম্বা য়াঙাঙদা করম্না উৎলগা মুংঙাইহল্লম্বগে পেলহল্লম্বগে, হায়বা অসি মাগী অশেংবা থুংই পাদবা অমসুং থেংনদবা ঐখোয়না কমদোনা খঙ-গনি ? অশেংবা অনুবাদনা লায়না খঙহনবা ঙম্মী। হৌজিক মতমগী লীলা লেংবশিংনা সমাজগী অশোয়বা কম্নাবু তেল্লপ তেল্লপ তৌবা য়ায়ৌ অমদি য়ায়েং য়াঙাঙদা লংনদুনা মুংঙাইহল্লি। শেক্সপীয়ারগী 'জুলিয়াস সীজর' লীলাদা অহল ওইরবা সীজরবু কোম্নুংদা মাগী খ্বায়দগী চান্নরবা মরুপশিংনা শরৌ শীন্দুনা শা-ঙা হাৎপগুম হাৎকনি হায়বসি মঙফাওনরবী. মাগী মুপী কালপোর্ণী-য়ানা মঙ অসি য়াম্না মুংঙাইতে ঙসিদদি লেংথোকপিথিনু হায়জরুই। মতাং অসিদা লিংজেল অমদি থৌনাদা মশাবু চপ-চানা থাজরবা সীজরবু থুমহনখি—

পাঙদবনা হন্না হন্না শিবনি
শিদ্রিঙৈগী মমাঙদা।
থৌনাডনা শিবা মাগা শাগোন্নে।
অমুক্তগী হেন্দনা।

থুদোং থীবা নংবা য়াই হায়রুবা মতমদা থুমলকখি ;—

থুদোংথীবা মহাক্না মুন্না মশক খঙবনি
শাথি সীজরনা মঙোন্দ হেন্না থুদোংথীবনি
ইচিন্নাওনি ঐখোয়'নী পোকমিন্নবা নোংশা'নী
ময়াম্বনি ঐহাক্না হেন্না থুদোং থীরবা
অদুনা সীজরদি খোঙশানগনি।

শেক্সপীয়ারনা অসিগুম্বা থৌনাগী শৈরেংদা য়াণী ইলিজাবেথকী ভাবোকপু পেলহনখি।

হৌজিকী উপন্যাসনা মনোবিজ্ঞানগী ওইবা মরুদা থৌদোক মথং মথং লীথরুনা নুংঙাইহল্লি অদুগা বানভট্টগী 'কাদম্বরী'দনা মতম অদুগী অপাবশিংবু করিগুম্বা থেংনবা পোৎ নত্রগা দৃশ্য অমবু পাক্না চাউনা লৈশি লৈপোনবা লোন্দা বর্ণন তৌদুনা পাক্লীংখি।

থাইনগী গ্রীস লৈবাক্তা শান্নরম্বা লীলাশিংদি হোলদা শান্নরমদে, লম্পাক অমদা চাউর'ক্লা শুমাঙ লীলাগুম শান্নরম্মী। অয়াওবা মীশিং অদু মাইটাপ উন্নমী। অরা পোলোই লীলাদা অয়াওবা পাক্র অদু খুয়া য়াঙ্গা থাবা হুনীং ব্রাংবা বস্কিন (Buskin) নত্রগা কথরনস ( cothurnus ) কোবা খোঙউপ অমমম তোং-লম্মী। অদুগা নুংঙাইরিবা অমনা, লীলাদা উংলিবা পৌদোক অদুগী মতমগা পুন্সিদা থোকপা থোদোক্কা মায়ঙল্লি; হায়রবদি করিগুম্বা থোদোক অমা অশেংবা পুন্সিদা নুমিৎ হুপ্নি চঙলবদি লীলাদসু নুমিৎ হুপ্নি চঙনা উংপা তাই। কয়াদা খেন্নথ্রবনো হৌজিকীগা। মসিবু ইতিহাসকী লামায়দগী হন্দোক্তুনা উংলবদি সাহিত্যগী ইতিহাসতা থৱাই য়াওজবা ভাবোকশিংদা কয়াদ মমল লৈরগবা।

সাহিত্য খুদিংবা লৈরিবা অইবা খুদিংমক অসি মশানা মপুং ফারব হায়বদু ওইদে মীওইবনিনা। মীংয়েং খেন্নবতা নত্তনা মায়কৈ অমদ, নত্রগা অমদা হেক্তা ব্রাৎলি। মশীং নাইত্রবা মচু কয়ানা তিন্দুনা য়েক্লিবা পুন্সিনি; হায়রিবা পুন্সি অসিবু ময়েক লা-না ফোঙদোকপদা সাহিত্য পূন্নমক অমনা

অমগী মতেং ওইনরি। হেমিংবেনা মাগী 'অহল অমদি ঈপাক,' হায়বা উপন্যাসতা পাঙ্গলনা ময়েং তাব্রবা কম্লাক্তা বুরু কারবা অহল অমা পুন্নমক্কী ওইনা য়েকপা মতমদা মহাকবি কালিদাসনা কম্ব মুনিগী মচিন্দগী ফোংদোকখি :-

"ঙসি ইমোম শকুন্তলা থিল্লুরনি, চৎখ্রগনি। খল্লুবদা থম্মোয় অসি তনিক তনিকই। রা ঙাওবা য়েনা থোক্তে শিঙ্গুরকপা পিরাংতনা মায়কৈ মমখরে। ঐগুম্বা বন্দা লৈজরবা অমনফাও 'সুক নুংঙাইত্রবসিনদি মমোম কায়নবগী অহানবা মৈচাক অসি য়ুম্বানবশিংনা করম্না খাঙলিগবা।" অঙকপনি নিংঙোল পোকপী মমাশিংগী থম্মোয়। হারিবমখৈ পম্লদনা থিনখিন্নবম্ন লোংনৈ অদুগা চৎস্ত চৎহন্নীংদে। বাঙ্গলা লৈবাক্কী রবীন্দ্রনা অরাম খোরাংনা চাক্রবা জগৎ অসিদা শান্তিগী মশক ওইরবা অনৃত খীক্লি ইরোল'মীরোল নাইদনা। নুংঙাইকম খঙদ্রবা সংসার অসিগী কুরুক্ষেত্র - লানফম খুদিংদা গীতাগী থোঙদা কৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুন য়েংলদুনা পৃথিবীগী লোল অয়াম্বদা লৌশিং পীনবিরি;

"হে অর্জ্জুন, নিংথম-কালেন, অরা-নুংঙাই, মায় পাকপা মায়থীবা ফিভম পুন্নমক্তা পৃকচেল অমত্তা ওইবা লৈরবা মহাক অদুদি ঈশ্বর হকথেংনরবনি; মতম পুন্নমক্তা অশেংবা নুংঙাইবা হায়বত্রু ফংলবনি"

মতৌ অসুম্না পানিংলকপা মতমদা পৃথিবীগী করিগুম্বা লোল অমদা ইবা লাইরিক অমা ইমারোল্দদি খরা থীম্না ফং-

লবস্থ অখণ্ডবা লোল অমদা পাবা ফংহল্লি। গ্রীকীনা ইংলিশতা ইংলিশকীনা হিন্দিদা, হিন্দিগীনা বেঙ্গলীদা, বেঙ্গলীগীনা মপুণিরীদা পাবা ফংই। মহাকবিগী যক্ষনা রামগিরিদগী অল্কাপুরী তাম্না থাখিবা থম্মোয়গী পাউজেল অমংবা নোং অমনা হেক্তা পুরক্তুনা তানিংবা লোল অমদা হেক্তা তাবা ফংনরি। মৈতৈ লৈবাকী খম্বা-নোংবানগী লীলাস্থ লোল মাম্নদবা ভাবোকশিংনা মাগী মাগী মমারোন্দা য়েংবা ফংলক্লোই করি হায়নী ঙাই লৈ।

মতা চাদনা শোয়খ্রবা অনুবাদতি মাঙনবগী মশক্নি। অনু-বাদ হায়বসিমক্তুবু হন্দোকদোরিবা লাইরিক অদুগা মান্নৌ হায়বা য়াদবগী দোষ অমা মশাদা চেল্লবনি। কম্না হেক হোৎনবদা রারীগী মচাক অদু খরগী মখৈদি মাম্নবা য়াই; অদুগা খুৎই, কোক্তদোকপগী মওং, লোলদুগী মশগী ফজবা হায়বদি রাহৈ লৈতেং ছন্দনচিংবা, অদুগা অইবা অদুগী লনাইগী তোপ্তোপ তাবা মওং অদুদি মাম্নবা শুকঙম ঙম্নরোইদবনি। মচেক ওইনা খিন্দুনা উৎলম্বদি য়াই অদুগা অশেংবদুগা মাম্নগনি হায়বদ ওইথোক্কে। ডাঃ কমলগী 'মাধবী' অসি ইংলিশতা হন্দোক্লগা ইংলিশতুদগী অমুক মৈতৈরোন্দা হনবদা 'মাধবী' অনী অদু ওকথাক খেন্নগনি। মশানা মরাল শাগোম্নজরবা অসিদা অমুকা শোয়খিবা তারগদি কোকিল মশক তাকপদা কাক্লোমদা খুদোম্বী খিল্লুবগী রাকম লৈ। মসিমক্তি সাহিত্যগী মফমদা পাপ লঙলুবা ওইনা থোকনি।

মতিকচানা ফরবা অনুবাদনা লোল খেন্নখিবদগী লাপ্পনা লৈখ্রবা সাহিত্যশিং অসিবু নকশিন্নহল্লি। নকশিন্নহনবতা নত্তনা

অমত্তা ওইবা সাহিত্য হায়বদি বিশ্ব-সাহিত্য পুরক্লবগী মায়কৈদা তঙাই ফদনা চঙলবা খুৎলাই অমসু ওইরি।

[ আকাশবানী ইম্ফালনা য়াবিবদগী ]

এলাংবম দীনমণি সিংহ।

শ্রীএলাংবম দীনমণি সিংহনা 'ত্যাগ পত্র' মৈতৈরোন্দা হন্দোকপিরে। লাইরিক ওইনা অহানবা কোঙবগী থাকম ঐ হরাওনা য়াজরে। ঐগী লাইরিক অতৈসু হন্দোক্লুনা চেকোঙ-শিংদা কোঙগে হায়বসু ঐ য়াজৈ। লাইরিক ওইনা পুথোকপগী মতাংদদি অনৌবা অমুমতি পৌবিবা তাই।

শ্রীদীনমণি সিংহনা হোৎনরিবসি মহৈ য়ানবা ওইসনু।

জৈনেন্দ্র কুমার

২৩।২।৭০

## —* লাঙ্গোকচবা *—

'ত্যাগ পত্র' ময়ামগী মফমদা লাঙ্গোকচরি। 'ঋতু' পত্রিকাদা (২৮ শুবা – ৩৫ শুবা চেক্ষোঙ) মচেং মচেং ওৎনা ক্ষোঙদোকপিখে। চানবিরকপশিংনা তাকপিরকপা মতুং ইন্না রাইং-রাতা অমদি বনান্দা থজিক্কং শেমদোকচৈ। শেমজিন শাজিনবগী লোইররোইদবা কলানি; তুংওইননা রাংশিল্লক্লগদবা হন্দোকপগী থৌওংনি। মচু হাইরপ মান্নে কায়দুনা সনাগী মতুং য়াইঙংনা শিঙ্গবনি; অদুগা অইবা মশাগী থুংইদি সনাদা লৈনম চেনবনি। ডাকপিহৈবা থম্মোয়দা শিন্নজরি। নীংশিবা পূন্নমক অশেংবা লাইরিক্কীনি; শোয়খি-ডামখিবা পূন্নমক্না হন্দাকপগনি। ডাকপিফম রাংমা লানখিবা শরুক য়াওরবস্থু চুশীনবা মওং তাকপিরকউ।

মওং থুদিংদা মিথুংশিগা লেয়ননা থোগংপিরকপা শ্রীজৈনেন্দ্র কুমারবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

এ, দীনমণি সিংহ

২৬ | ১ | ৭১

# ত্যাগ-পত্র

## ১

নুংত্তে! পাপ পুন্যগী মরমদা থোইনা নৈনজরোই। ঐ বিচারপতি অমনি, অচুম-অরানগী (সের) ফালাবু মতিকচানা ইকাই পুন্নরে; অদুগা ফালা অসি কদায়দা করম্না শীজিন্নগদগে হায়বস্তু নীংথিনা খণ্ডৈ। অদুগা ঐগী রাদি, থোইদিং মথায় অমফাও খল তমদুনা ওল্লগা মাদি পাপ চেনবীনি নত্রগা পুন্য চেনবীনি হায়বা ভুম্বগী থোদাং পায়বশিং অদুনা থোকপা তৌর-সম্নু; ঐগীদি পাগল থোক্ত্রে। "ইনেতোন অদুস্ পাপচেনবী নংত্তে করম্না হায়রিবা। অদুনা অচৌকপদা ইথন্তা ভাইহাক্তং ফম্বদা ইনেতোন মহাকীদমক ঐগী থম্মোয়না কল্লি, পিরাং তন্তনা শিন্নরি।" মথল মথা অয়াম্বগী ওইবা মিংচৎ অমদি ইজ্জৎ করা তানশিনজরুবনা ঐবু ওসি সমাজনা ইকাই খুম্নবিরি। ঐবু সুংশিবিদবা য়াওদে। সমাজ অসিদা ঐগী ইকম ফনা চাউনা লৈরে। অদুবু ঐখোয়' ইনেতোন মহাকপু খজিক্তং নীংশিংলুবদা, মাগী মরমদা হাইফেন্তং খল্লুবদা, ইজ্জৎ, মিংচৎ অমদি ময়ামগী সুংশিবা পূন্নমক কাওগীং ভাক্তা ওইররি। মহাকপু নীংশিং-লুরগা ঐগী পুক্নিং অসি নৈতাবা ভুম্নগদরা? মহাক অদু সংসার

অসিদগী অত্ৰ বা কোকথরে হায়বা পাউ ফংলে। ফমদৌবা মওংদা ফংখিরমগদগে অশেংবা থওদে। কোকওম লানওমদবা, মপানগী অমদি মন্নুংগী লীশাংশিংপা অরাবা কয়াদগী কেন্নবী ইনেতোনগী মশানি; ওস্তোক্রা শিওম নাওমদনা শিরমগনি হায়বদি তশেংনা থওই। নোংমা নক্রগা নোংমা মপুন্সি অদু অসুম্বা লোইশিন্নবা ভারবা য়াই হায়না চিংনবদি কুইরবনি। অরোইবা মতম অদুদা ময়া নিপা ঐবু থল্লমগত্রা থল্লমলোইত্রা থওনীংবা পোকই। নীংশিংলম্বা থলম্বা য়াই হায়না থল্লুরগা খোওদগী তোন কাওবা তু থ্যাউ চুংখিবা থওহৌদে।

ঐখোয়গী অশেংবা হৌরকফমদি নোংচুপলোম অসোমদনি। পাজি য়াম্নমক ইকাইখুম্নরিবা মীওই অমা ওইবিরম্মী। ইমাসু য়াম্না হৈ শিংবী য়ুমগী মবেম্মা অমা ওইরম্মী ইমা অদু য়ুমগী মবেম্মা অমা ওইবদা হৈ-শিংবগী মতিক মথম্মোয় অদু খোংলমলবদি—?—'লবদি? হায়বা অসিদগী মথা তাদবনা করে; তাথরবা তারবনি ঝারী অসি মরীক চুমখিদবা য়াই। থম পল্লুরিবা অসিসু হায়দোক-খুবগী তৌরবনি। হৈ-শিংবগী মতিক খোংলম্নবদি হায়রগা অসুম্মক লোইশিনবা ফরে।

ইনেতোনবু পাজিনা য়াম্না হল্লি, ইনেতোম্দি ঐতোম্দগী চহি মরি মওাদমক হল্লবা য়াই। মাসু ঐগুম ইমানা নাওকোন-বিথি। ইমাগী চৈরাক অদু চেক্লেপাক্তে হায়বা য়ারোই। ইমাগী চৈরাক অদুনা ওসি ঐ অসি য়োরিবনি। কাম হায়বা ঐ থওদবা নত্তে।

পাক্জিগী মচিন-মনাও মখোয় মঙানি, মুপা অনী মুপী অহুম। খুরাস্তোন অমসুং ওবরসিয়ার ওইনা উত্তরপ্রদেশকী জিলা অয়াম্বদা কোইচং চত্তুনা লৈরম্বদগী ইখঙ খঙহৌদনা বর্ম্মাদা থাবক্তে হায়রদুনা চংখরে। মকম অমুদা য়ুম কৈ নীংথিনা শাদুনা লৈখরে। নৌরিবৈ চহি অমা অনী অসু চখোক চংশিন খরা ভৌনরম্মী। মমৈদদি চখোক চংশিন্দি লায়রদুনা কাউশিন্নরক্লে। ইনেস্তোনগী মচে অনী অমু লুহোং খোঙদোংলবা মতুংদা অঙাং উন্নবগী মতাংদা খুদোংথীবা ফিভম থেংনদুনা শিখরে। হৌজিক্তি পাক্জিগা ইনেস্তোনগা অনীদা মঙাইরে। অস্তোন অতাংনি হায়দুনা ইনেস্তোনবু পাক্জিনা য়াম্না লুনা চান্না তৌবি। পাম্মীদা হায়রকপদা পীখি; পীবা ওময়বা ফাওবদা পীনবা কন্না হোংনৈ। পাক্জিনা লুনা তৌবা উবদা ইমাবা অঙাং অসিমা কেথোকহনবদগী মাঙল-বা শোয়দেসে হায়না চিংনখি। অদু ঐখোয়গী ইমাদু চেকশিন লাকশিন্দবী নত্তে; ওখাক্লা কল্লি ইমাগী চৈরাক। ইনেস্তোনবু ইমানা থোইনা মুংশিরুদবা নত্তে, মুংশিখিদে হায়বা ওয়্লোই। ভারতকী আর্য্যমুপী অমগী অশেংবা মগুণশিং অদু হাপকে হায়না থৌরাংখিবগী বাতনি।

ইনেস্তোনগী নীংথিজরবা শককম অদু নীংশিংলুবদা ঐ ঙক্কবা ওমদে। মরক মরক্তা ইনেস্তোনগুম্বী কনাগুম্বীদা লোংদম্বা মহাক্লা পীনবিবসু ময়াওরকই। পীরিবা অদুমকী মতিক চাবা মমল লোননবা অচেৎ অকোমগী ভান ঙাইহনা লৈভবা নত্তে। লৌদনা তোকপসু ভৌদে। ইনেস্তোনগী ফজবা শাওং

শাবান অদু উরগা পাজিগী থম্মোয় পেনবিখি। ফরে 'সিনা নীংথিজবা থাজবগী রাফম্নি।

ঐখোয়' হৈনেত্তোন অদু ঐগদি য়াম্না চাম্নে। ঐ অসিবু মোপ্পাদা মোপ্পাদোনা ক্সুংশিনা লুনা তৌখি। মহাক শহরগী অচৌবা স্কুল অমদা লাইব্রেরিক তম্বা চংলি, শগোলগাড়ীদা কায়। হেক হল্লকপগা মখোয়না স্কুলদা ভাওশিন্নরকপা ক্লাসতা ওন্না লংনরকপা পুন্নমক ঐঙোন্দা তম্মী—"ঙসিদিনে প্রমোদ, ঐখোয়গী ওন্না মুপীদো, মদু ঐখোয়না লংনবসি অমুক্তোইনা করিনো হায়' কাম্নদে।" অসুম্না তন্নয়গা মথন্নতা নোকপসি নোকপসি; ঐদি মঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈখি। মাবু য়েংল-য়েংলগা ঐনা তাখিবা রারীশিংদা য়াওখিবী লাইরেম্নীশিংগী ওইরমগদবা শকফম মিংনা শ শং উবগুম নীংশিংসকখি।

মানা মখা অমুক তমথরকখি--"অদুদনে য়েংঙোই প্রমোদ, অঙ্কগী ওন্নাদো, ঐখোয়' অঙ্ক তম্বিবদো খঙইদনা, মাগী পেরেড থোকপদনে চৌকিদা পিন থরা য়ুংশিন্দুনা থম্মুরে শীলাননে। মাই শীলা হায়বীদুস ওন্থোক্লা ঙাওখ্রপোংনি। ওন্না অদুগী মমিত্তো, অস্। অঙকপনি, নঙনা উপ্রি তৌনি; ঐঙোনলোমদা য়েংলক্লে হায়ব'সি মানা নঙোনলোমদা হেক য়েংলক্লবা মতমদুদা খঙনরিবনি; মানা ওইরোমদা হায়ফেংকা য়েংগে হায়রবদি য়েংলোমদা শংত্রিক য়েংলক্লে। মাগী মমিং অদো জাং অমনি। মানা চঙলক্লগা চৌকিদা হেক ফমথরুবা মতমদা মাগী শকফম অদু নঙ উক্তহৌদনা পাপ চেল্লবনি প্রমোদ, পাপ চেল্লবা; অদোদিনে

মানা শাউরকপদুদি অস্। জাং অমা ওইনা তৌবা মমিং অদু ঙাংশং ঙাওশিল্লক্লে। অদুদগী মানা ঙংদুনা লাউরকপসি 'কনানা তৌবনো 'সে? অতৌব'দু লেপখংলু। লেপখত্রিব্রা! হা!!' সুপী মচা খরা য়াওরিবা অদুদি লোইরে; তুম্পক তাশিন্নখ্রে, থৌদোং অশোনবা ঈশিংদা তাব'দু মঙাইখ্রে। শীলাদি ইমাই! লোইরে লংখৈদোংগী মমাঙদা বোরা উচীদু মঙায়খ্রে। মাগী লিচৈ অদুনা মেজদা দাক-দাক কল্লগা অমুক ঙাওলকপ'দুদি— 'লেপখত্রেদনা কৈ! লোইনমক ননম তক্ত তংনবা ফংথরগে।'

*ভশেংনা মা অভকপা ফংনা শাউখ্রে। সুপীমচাশিং অদু অমগা অমগা তিঙক-তিঙক য়েংনদুনা লৈরে। ঐ সুংঙাইরক্করে। ফুক হৌগংলগা ইরাল য়াক্সবগী মওংদা হায়খি—'ওঝা ঐ লাক্লব্রে' ওঝা অদু ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা ঙাইহাক্ লৈরগা লাউরকখি—'অসিদা লাও।' ঐ চঙশিনখি। লাউরকখি— 'নখুং তিংথোকউ' ঐনা তিংথোকখি। লিচৈ অদুনা অনিরক্ শেং শেং কনখি। ঐদি ফুরকখিদৌবোই নীংদুনা পাক চিংশিন্দে। চৈ অদু থমখিবা অদুদা ঐসু চিংশিল্লে। তশেংনা হায়রবদা ঐ করিসু নাশিদে। ওঝা অদুনা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। মাসু ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈখি। ঐঙোন্দা য়েংলিবনি হায়দুনা তৌরিব'দু বদোমদা য়েংলিবনো ঐ খঙদে। নঙসু য়েংউ মতুংদা নোংমা, জাং অমনি। অদে মানা লাউরকপবু 'তৌররোইদ্রা?' ঐ হোয়সু হায়খিদে মাইসু হায়দে তুমিন্না লৈখি, থনখি—'অশেংব্বা ওইনা অমুক্তহুম তৌদুনা ময়েংলগে।' ওঝাদুনা চংলো হায়না লাউরকখি।

ঐস্থ অদুম লাক্লে। ঐনা চঙখিবা মতমদা শীলানা মনাক্তা কম্নিবা ঐবু য়েংবসি ঐদি চাদ চাথোকখ্রদোবোই নীংলুরে। ঐনা হায়খি—"কৈনো শীলা নঙবু ঙাওরবরো ? মানা ফাল মথক্তা লৈরিবা থুং অসিদা কয়া পায়শিল্লকখি। শীলাগী মমিত্তো ভরাও ভরাওই। মাস্থ ঙাওখ্রপোৎনি। ঐনা হায়খি—'কৈনো 'সে ওখা উরনি।' প্রমোদ নঙ শীলা থঙত্রা ? মবুক য়াম্না শেংবা মীতানি। মাগী হায়ববু থরা ঙাওজে। ঐখোয় অনী ইচিন ইনাওদোনা য়াম্না লুনা তিম্নৈ। স্কুল কুমলকপদা লম্বেলদা মানা করিস্থ ইভৌ ভৌদনা কোল্লগা কপ্পিবা! ঐনা মথজায়দা থুবাক্লা তপ্না থারগা 'করিনোহৈ মসিবো' হায়রুবদা য়া লাউনা কপথোকলক্লিবা। হংলুবদনা করিস্থ ভৌদে হায়না থুমলক্লিবা। প্রমোদ নঙস্থ হয়েং নোংমা শীলাখোয়দা পুখিগে চৎলুসি, কো ?"

অস্থম ঙাঙলম্বদগী করি নীংশিংলক্লবনো থঙদে মশা অদু থংপ্রেক থংবগুম করিগুম ভৌরগা হায়রকখি—"হৈ, করে চৎলো, চৎলসি। নহোয় নমা শাউরক্লনি।" ইনেত্তোননা ইমাবু ইহৈ হৈনদে। ঐগা ঙাঙনবা মতমদা ইমাবু মানা 'নহোয় নমা' হায়না শীঞ্জিম্নৈ।

ইনেত্তোন লাইরিক লাইশুদা থরায় পঙয়াও য়াওখিদে। অদুগা লাইরিক বোইনচিংবদি য়াম্না ভনান ভনান থমখি, স্কুল কাবদি থরায় য়াম্না য়াওই, ঙাঙন-শক্লবা মতমদা নোকমী নোকমীতা ভৌদুনা লৈ; মবুক মপাউ য়াম্না কৈ। য়াগা মুংঙাইনদে হায়বা

মীওই অমত্তা লৈখিদে। অদুগা ইমাগী মমাওদগি মতু ইপোন পোম্মা লৈ।

অঙাং ওইরিঙৈগী রাকম কয়ামুক নীংশিংলকই। ঐনা কুল কারমদায়দা ইফি ইয়োল শেৎচিনবিখিবা; নিঙাই খজিক ভৌক-বদা মানা থেম থেমজুনা চাক ইনবিখিবা; মানা হায়বা য়ারবদা ঐবু সুংশিনা হম্না হম্না চুপ্লিখিবা; মাগী অরোনবা পূম্নমক ঐঙোন্দা মমারবদোনা অমত্তা চিঞ্জদনা ভমখিবা- পূম্নমক ঙসাইদা থোক-খিবগুম নীংশিংলক্লি।

অসুম্না ঐথোয় অনী উশা অমত্তগী উনাগুম চাউমিন্নরকখি। মপুং মরৈ ফারকপগা লোয়ননা ইনেভোন লৌশিং অসুম অসুম ভারকখি। ঐ মাগভা লৈমিম্লে, মাগা লৈমিন্নবদা ঐ সুংঙাইজে। লৈমিন্নবা মতাংদা মানা ঐঙোন্দা ফব-ফববা পাউভাক কয়ামরুম পীখি- "ইঙো য়েংঙোই, ইথক থোংবনা হায়বা মতম পূম্নমক্তা ইনগদবনি। হায়বা ইনবা অঙাংদি অফবা অঙাং ওইবনি; অফবা অঙাংদি ভুংদা শোয়দনা অচৌবা মী ওইরকপনি। ইপাদি মরম য়াম্না ওকই। হায়যু প্রমোদ, নঙবু হয়েং য়াম্না চাউবা মী ওইরোইগ্রনে, পামজ্রো ?" ভরুম্না মানা ঐবু 'ইঙো' (ইবুংঙো) হায়না অমুক কৌই; 'ইপাদি' হায়না অমুকস্থ কৌই; অদুগা করি করিগুম্বা মতাংদনা 'গধা' হায়নস্থ কৌখি, কৌদনস্থ হেক মঙাঙলকখি।

মতাং অদু ইনেভোন মাপলশুবদা ভমলিগদ্রা ভরাশুবদা ভঙ্গা অশেংবদি নীংশিংবা থোক্তে। ঐদি চাউরাক্লা চহি ভরানিথোই-

গুম্বা শুরম্বা য়ারে। ঐগী পুক্নিং অসি ইনেতোন্দা পূমচণ্ড চণ্ডখে। তশেংবসু মানা ঐবু য়াম্নমক মুংশিখি, য়াম্না নুনা তৌবিখি। হায়রিবা মতাং অসি য়োরকপদদি মাগী ঐবু মুংশিবা মওং অদু মশক অমরোমদা ওনখরে। য়াম্না ভাউলম শকলম্বা পাউত্তাক পীরম্বা অদু তোকথোকখরে। উবা উম্নবা খুদিংদা ঐবু মথ'দা চেংনা কোল্লগা মফম মরাং হৈরঙ খুঙদনা মালংদা য়েংদুনা করি কৃরিনো মানা থোকপা হন্দুনা লৈবগুম তৌখি। ঐনা হংখি— 'কৈদোরে ইনেতোন? ভসাই স্কুলদা কর তৌনরক্লে?' মানা খুমলকখি—'কৈস্থু তৌদে ইঙো; কৈস্থু তৌনরক্তে' ভাউন-ভাউনা মমায় অদু লৈথোকহ্রগা অমরোমদা য়েংখি মখুং অদু ফারগা ঐনা হায়খি - 'ইনেতোন, নঙ য়ারোই; নঙ করিনো খর লোংলে; ঐদি অদুকা য়ারোই।' ভাবদা মানা ঐগী খুং অনাসি মখুং নাংনা পূম্না পাযশিল্লগা নামনা ঐগী খঙ্গায়দা ভগ্ন থারগা হায়রকখি 'ঐখোয় প্রমোদ বাবুদি ভাওবিরেনা'।

মহাক মথন্তা অচিকপদা লৈঙ্গরগা মুংভাইজরকপগুম তৌরকখি। নুমিদাং দোলান মথক্তা কাংথোল মচা অমদা লৈংনা হিপ্লগা নোংথক্তা ওনখত্তুনা কোইপাই পাইরিব উমাইবী য়েংদুনা লৈ। করিগুম্বা মতমদা আকাশতা তেলঙ্গা থিন্দংনবা অদু মুম্না য়েংখি; তত্তুনা মফম মরাং খঙদনা পাইপ্পবা তেলঙ্গা অদু উরিবা ফাওবা লৈ লৈদুনা য়েংকৌই। নম্রগা করিগুম্বা মতমদনা কাংথোন মচা অদুদা উগ্না হিপ্লগা মৈতাল মচেং অমনা 'লৈমায়দা তিল-কাং য়েক্কুনা লৈবা থেংনখি।

নোংমত্র ঐনা প্রপ প্রপ কাখৎখিবদা মথন্নতা তুমিন্না লৈরম্মা পেংনখি। ঐ লাক্লে হায়রা মা খঙখিদে। ঐগী মতৌ য়েংদুনা ভাইপাক লৈখি। মতুংদা, তুংলোমদা ঐ লেপ্তুনা লৈরে হায়বা খঙলক্লবদা হায়রকখি—'আইমা! প্রমোদ নঙদি কদায় লৈরুই?

"অসিদা 'মুম।" "অদুগা কৌরক্লবা?

ঐ খুমখিদে, মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফমলুই। ফম্মিন্নবা মতাংদা ঐঙোনলোমদা অমুম অমুম ঙাওরক্লগা হায়রকখি—'তু তু তেলঙ্গা।'

"কদায়? অং।"

ভাইহাক লৈরগা হংলকখি—"নঙ তেলঙ্গা পাইনীংব্রা?"

"পাইনীংই।"—ঐনা খুমখি।

"পাইগেরা?"—হংলকখি মানা।

"পাজিনা চৈনি।" ঐনা হায়খি।

মানা ঐবু মতম্বাক্তা ইরেন চিংখৎপিদুনা পম্বিরগা ইচঙ থোনা হায়রকখি—"ইশাবি পাইমিন্নসি, য়াম্না ৱাংনা পাইসি; য়া-ম-না ৱাংনা, ময়ামদগী ইহেন হেন্না; কো। পাইসিরা?"

ঐনা হায়খি--"পৈশা পীরকউ, ঐ লৈরক্কে।"

মা ঐবু ফনা কুইনা য়েংদুনা লৈ। ওম্মোকপা মওংদা ঐ অসিবু ইউ-উদ্রিবগুম মুন্না য়েংলকখি। ভাইহাক য়েংলুরগা ভাব খংতা তারকপগী মওংদা মশাবু চেকশিল্লুরগা ইকাইরপ্না মোমোন তৌরগা হায়রকখি;—

—"হৈ! তেলঙ্গা পাইবদা অঙাং য়াম্না মুমথক্তগী ওম্থদুনা শিনরিব'দু তাত্রা।"

মতম অদুরাইদদি ; নোংমা ইনেত্তোন স্কুলদগী য়াম্না থেঙনা কুমলকখি। ইমানা শাউনা হং খ —

—"কদায় লৈরকই ?"

—"শীলাখোয়দা।"

ইমা মখা 'তাখিদে ভুমিন্না লৈখি।

মুমিৎ অদুদগী ইনেত্তোন তথক তথক্না উই ; মপুক্নিং অদু তয়াং তশোয়গুম উখি। মতম পূম্নমক্তা ইশুকতা শুকথদুনা লৈবগুম তৌখি। থবক অমত্তা মবুক্নিং লৈতানা, মচুত্তানা তৌবা ঙমখিদে। তথক তথকপা মওংদা মানা ঐঙোন্দা য়াফম কয়া মরুম হেঁদোকলকখি—"প্রমোদ নোংমা ডাম য়েংবা চৎলুসি। হা ? কো। নঙদি করম্বা মীঠাইনা মহৈনরে ?—ঘেবর হায়বা ? অচ্ছা ঘেবররবু মীঠাইরনে। নঙনা তেলঙ্গা পুরক্নি হায়ব'দু শুকপু পুরক্কেকো ! প্রমোদ ঐদি শীলাখোয়দা লৈথোকউরে। নহোয় নমানা করি করি খল্লিব্রা ? নঙবু মপান থোকলকউনে, লাউনে কা মমুংদা ফমজিল্লিববু করিগীনো। মুংশিৎ অশেংবা চাসি লাওনে… …" অসুন্না মরী থোইনা লৈনদবা য়াফম মথং মথং হোৌদোকলকখি। হৌজিক্তা হায়খিবা য়া'দু হে'জিক কাউই। মথন্তা ফাওবা মানা ঙাঙলিবদু করিনো হায়বা খঙজদে। মশা অদু ঙাইহাক্তা লৈতাদে, মবুক্নিং অদু তয়াং তয়াংবগুম উই ; মুংশিত্তা ইতাউ তাউবগুম চনীং ইতা তাখিদে। করিস্ত মরম লৈতনা মথন্তা ফাক ফাক নোকলকখি; হায়না—ঙাওনখিবা করিস্থ লৈতনা ঐবু খুৎ পায়দুনা কোইচিং চিংদুনা কোইরৈ

লৈ। ঐ ভাব লাম্বা ফংখিদে। গুক্লদুনা ঐনা হংখি—"নগুবু ওসি করি তৌব্রবগে ইনেত্তোন?"

খুমলকখি—"হ। ইনেত্তোন কৌনু। ইনেত্তোন ওইবা পামদে। ইচে হায়না কৌ। প্রমোদ নঙ ঐঙোন্দা 'ইচে' হায়নম কৌ; শীলাদি ঐঙোন্দা ইচে কৌই।"

—"ঐগীদি ইনেত্তোমি।" ঐনা হায়খি।

—"হ! ঐনা পামদে ঐ ইনেত্তোন ওইনীংদে। ইনেত্তোন! অচ্চা! অস্! তু য়েংউ য়েংউ উচেক মচা অসি কয়াদা ব্রাংনা পাংবিরবনো, তু তু আ-দা ঐদি উচেক মচা ওইনীংই, নঙদি?"

—"উচেক মচা হায়বা?"

—"ঐ, উচেক মচা। অপীকপা। মশা পিশক পিশক অসিনা খপ্লগা পাইনীং পাইনীংবা মায়কৈদা পাইরিবসে কয়াদা নুংঙাইরমগবা। নত্রা? মশাসু পিশক পীকই, মমৈসু পিশক পীকই; ঐদি উচেক মচা অসি ওইনীংই, নঙদি?"

মুমিৎ অদু অহিং য়াম্না থেঙবা ফাওবা ঐবু কোনশিনবিদুনা থমখি। হংলকখি—"প্রমোদ নঙ ঐবু নুংশিকো।" ঐ খুমখিদে; মথাদা মায় উপশিন্দুনা লৈখি। মানা হায়রকখি—"প্রমোদ ঐদি নঙবু য়াম্না নুংশি।"

মুমিৎ অদুগী মতুংদগীদি কয়ানিমুক স্কুলদগী থেঙনা থেঙনা কুমলকখি। নোংমদি হল্লকত্রা হল্লক্লা, লাকত্রা লাক্লা, শুকহল হল্লক্লে; মীনাই থাদুনা থিহল্লুবদা শীলাখোয়দা লৈরম্মী হায়দুনা লাকমিন্নখি।

তুম্বিৎ হুমনি মতুংনি। ঐনা শাম্নকবা হন্নকপদা ঐখোয় ইমা অদু ইমুং তম্না কা অমরোমদা হোৎচনখিবা উখি। ঐবু উবমক্তদা চপ লেপলগা মরম ইচা চাদনা—"হৈ নঙ কদায় চৎলুই?" হায়না হংনকখি। ইমাগী মথং উবদা পাক খুম্বা ঙমখিদে। ইমানা হায়রকখি—"চৎলু লিচৈ পুরকউ।"

মরম খঙদবদগী ঙাংহাক ঙকচানদুনা লৈরিবৈদা খংলাউ লাউরকখি—"মী' হায়রি'সি ননা তুক্রা।"

খংবোই লাকপোই পাজিগী কাদগী লিচৈ অদু চেনশিন্দুনা লৌরুই। মরম ইখঙ খঙদে। ইমাদা লানশিল্লি। ইমানা লাক-পোই মুনবোই তাপ লৌরগা মনীংগী কারোমদা হোৎচিনখ্রে; থোঙ অদু গম্। পুনা ক্রোক। মথংগী লিৎকুপ্পা করিগুম্বা নত্রগা কনাগুম্বা অমদা লৈজবী থা—থাদুনা কম্থবগী মখোল তারকখি। অহানবগী চৈকু অনুক অনৌবক অদুদা কনাগুম্বা অমনা চৈনাখোল খাঙবগী খোল্ল উনা লাউবকপা তাখি, ঙাইহাক লৈরগদি কপ্পা লাউবগী করিগুম্বা মওং অমত্তা তাখিদরে অদুগা শাম্থবগী চৈখোলদি ফনা কুইনা তাখি। ইনেতোনবু ওইরম-দনকো হায়না চিংনখি; অদুবু খুনক্তদি অশেংবা খঙবা ঙমখিদে। লেপলিবা মফম অদুদা মুন্নীগুম্না চপ লেপ্পুনা লৈখি; প্মক্লিং অসিদি মরাঙ ম নঙখি; থম্মোয় তনিক তনকখি ঐঙোন্দা খাঙঙমদনা থোকখি।

ঙাইহাক লৈরগা লোনশিল্লিবা থোঙ অদু হাংদোক্লগা ইমা থোকললকখি। মচিনবান অদু মুশিন মুরম্মী, মখুৎ অদু থক-থক

নিকখি। মমায়-মমিৎ অদু পুংমক মকশিনখরে; পায়রিবা লিচৈ অদুনা মশা মখস্তবু ফুদৎচরকপগুম মশা অদু ইচোক চোকথনা উখি। থোকলকপগা চপ লেপ্লি; লিচৈ অদু মাঙ্গোল্লোমদা লাক্তুনা লংশেক্রয়গা শাউনা চৎখি। চৈ অদু ইমাওদা খোঙ ময়াদা ফৈনা ভারৈ।

ঐ তৌরিবা মওং অদু ভাব তাবা ঙমখিদে। য়াম্না ঙক্না খঙ্গানদুনা লেপলম্বদগী অদু মঙাইরে য়েংলুরগে হায়না লেপলদুনা কা'দুদা চঙলুরে। ঐনা চিংনবা শোয়রমদে। ইনেতোন অদু ঐদি ইনেতোন্নি হায়বা থাজক্লদরে। মশম মনা অদু ফাজোইনরম্মে; চৈক্ষম তানা থাম্লবা মপাম্বোম অদুদা মোন থাঙলগা উপ্না, উতুপ তাবগুম তাদুনা লৈরম্মী শেৎলিবা সাড়ী অদু মক্ষম মরাং খঙখিদরে; লিৎলিবা ফুরিৎ অদুনা শাইদৎলবগুম থবৎ-থবং তৎলে। মনঙ্গল অদু অথাম্বা চৈক্ষম-কারলতনা খুরক হাঙখিদরে। শাংনা শাংনা লৈবা চৈক্ষম খরদদি নঙশিল্লক্রবা ঈখেং মরি মরি চেম্থরম্মী। হাই হুমদে, লেঙদে, নোমদে, অশিবগুম ভুম্পক তাদুনা লৈরম্মী। কুইনা য়েংদুনা লৈবা ঙমখিদে। চেনশিন্দুনা ইনেতোনবু চেৎনা কোল্লগা কপমিম্নরম্লবদি পেল্লমগদবনি। অদুবু চঙশিন্দুনা কোবা ফাওবা য়োনা ঙমলমদরে; তন্না অদুম হন্নকখি।

মুমিৎ অদুদগী হোদুনা ইনেতোনবু ঙাইহাক্তা ফাওবা হরাও-হরাও লৈবা থেংনখিদরে। থা মঙা তরুক লৈরগা মা লুহোংখরে। হোওবা মতমদা করিগুম্বা মথলগী অপনবা অথিংবা লৈতনবা

ইমানা য়াম্না কম্না লাক্লজখি। সুমিৎ অদুদগী হৌনা ইনেভোন লাইরিক লাইশু তম্বা তোক্লে ; য়ুমগী থবক ইথাংদা চিংনবা লৈতনা মায় ওনশিনখরে। য়ুমগী থবক খরা অদু নত্তুনা অতৈ করিস্থ তৌখিদ্রে। কনাগম্ব উননীংখিদরে, মাবুস্ত উহন্নীংখিদরে। ঐঙোন্দগী ফাওবা লানথোক্লবা হোৎনরকগুম তৌদ্রে। পাঞ্জিবুস্থ মানা ওস্থোকপা অমা ওইনা লৌখিবগুম তৌর্‌ক্লে। মরক মরক্তা ইনেতোনবু মথরাই সুংঙ'ইহন্নবনি হায়দুনা পাঞ্জিনা ফাগি জুগাই তৌখি। ইনেভোম্না ইথৌ থৌশাদবা উবদগী তোকথোকখরে।

অদুগা মরক অসিদা ইমাগী ফিভমদি ওস্থাকপা মওং অমা ওইশিল্লক্লে। থবক তৌরে ঙাওই, তৌদ্রে ঙাওই ; থেংন-থেংনবা মকমদা ঐঙোন্দা পংঙাঙতা ঙাওখে। মরম লৈরবস্থ লৈত্রবস্থ মীনাইশিংদা পংলাউতা লাউই, পংঙাওতা ঙাঙই। মমাঙদা ভুবৎ চৎলুবদা লাউরকখি—"করি তৌরি'গে প্রমোদ ? ননেতোন্দগী শুমজিৎ অসিদি নঙদি পায়হৈদ্রা ? করিনো মহোয় মচাশিংশিনা 'শুক শুনীংদ্রিব'সিবো" নত্রগা অস্থমস্থ লাউরকখি।—

—'মাই বংসী হায়বা ( মীনাই ) য়োং অদুনা কদায় চৎখ্রগে ? কা ? লৈরিরোইনে। কয়াদি কুইরে সুপীমচা অসিনা নোংজেন চেন্দুনা লাক্লজরিবা ! কনা'মতা হন্না য়েংদবসিবো, করম্বা জাৎনোনে মখোয়'সিবো! ফৈ, শেল লুপা অমমম কক্লে। মীনাইনি হায়দুনা খরা থম্লিবশিংসিনা থবক অসি শুরোইদবগী লৈথোকপ'-সিনা অমুক্তোইনা……।"

অস্থন্না নোংমত্তা পোত্থাদনা ঙাঙখি। ইনেত্তোন্দদি অপাননা থক ঙাঙখিদে। অস্থন্না লুহোংবগী মুমিৎ অচু য়োরকখি। হোঙলে। থিল্লমদায় মতম য়োরকপদা ঐবু মথাদা চেৎনা কোল্লগা ইনে-ত্তোন হিক্ল-হিক্লা কপলকখি। তাকলকখি—"প্রমোদ, অহল-লমন্না হায়বা ইনগদবনি; পূন্নমকপু ব্যবহার তৌগদবনি; অচুম্বা ঙাঙগদবনি। মরম ওকদবনি। হয়েং চাউরক্লগা য়াম্না চাউবা মী শোয়দনা ওইগদবনি ইনেগী প্রমোদ।"

মতম অদুদা ঐ অঙাং নৎলমদে ফনা চাউরে। অদুবু ইনেত্তোনগী মতম্বাক্তা অঙাং অপিশকী মত্তৌগুম তাদুনা লৈখি। ইনেত্তোন্না হায়রকখি— 'প্রমোদ ননেত্তোনদি, লৈত্রবনি, ঙসিদগী থল্লুরম্মু। ইঙো ইনেত্তোন চৎলে।"

চৎখিবা তারক্লবদা ঐ ইকাই ইকি থাদোক্লুনা খোঞ্জেল খোক্লা কপখি। ফিজ্জি পায়ত্নুনা য়াল্লগা ঐনা হায়খি—' ইনেত্তোন নঙ লৈত্রবদি ঐ চাক-কা অমত্তা চাররোই; স্নুকচা চারোই।" ইমারোমদা খোক ওনশিল্লগা কপঙাঙ ঙাঙদুনা হায়রুই— "থঙএ নঙ মহা ঙিংচাবীনে। লৈজরোই য়ুম অসিদা।" পাজিনা থুৎপাক্লা অমুক অনীরক থারগা ঐবু চিংখোকখি। ঐ হৌগত্তে। ফিজ্জি নাম্থোকখিবগা চেনশিন্দুনা ইনেত্তোনগী মখোঙদা চেৎনা কোল্লুই, খোঙজী পায়ত্নুনা য়াল্লি। ইনেত্তোন্না তম্না কোনখৎপি, পিরাংতনা থ্‌ মহৎলবা মমিৎ অনী'দুনা মুন্না য়েংলগা হায়রকখি—

—"প্রমোদ, ইনেত্তোন্না কায়বা ইল্লরোইদ্রনে? সে চৎলু-খিগে, থুনা লাকনি অমুক। মরম ওকলম্মু।"

মাগী মিৎলু নাপোম থূমখিবা ৱাঙাঙ তাবদা ঐগী নিঙাই মুংশাদা উনগুম ভুমখিবা খঙহৌদে। হংখি ঐনা—

—থুনা লাকেৱা অদুদি ?

—লাক্নে।

—থাজদে, ৱাশকউ।

—সত্য নৱক হেক তাগে।

ইনক নক্না ইমা লেপ্লম্মী। মমায় ম'মিৎ ইমক মকশিন্না উই। ইমাগী ঙকশমদা কোল্লগা পেন্নবা কপনীংখি। ইনেতোম্না ৱেশমগী রুমাল অদু পায়হল্লম্লগা থোকখৱে। মথংগী মিৎকুপ্তা গাড়ী থোৱখৱে।

# ২বা

ইনেতোন চৎখিবা মুমিৎ অদুদগী ঐ যুমগী মথাদা ঙাই-হাক্না ফাওবা লৈনীংখিদে। ইমানা য়াম্না থেম্মী; অদুবু ইথবাই অসিনা ইয়া য়ানীংখিদে। করি করিগুম্বা মতাংদা ঐনা ইমাদা হঙস্তুনা তাকপা অমদি থেম্বা ফাওবা য়াওখি। লুহোংবগী চরাং থোইৱাংনবা অদু লোইখিবদগী ইমুং অদু উন-ৱাইমুক চীন্না থোকখি। মরিনিশুবগী মুমিৎ অদুদা ইনেতোন লাকখি। লুহোংবা মুমিৎ অদুদা মামা অদু উখি; মকোই মৱাং খাকই চহি ওখান্না য়াম্নবা মীয়ায়নি মুপাদু। মশা মউদি ফৈ।

হন্দক্কী অসিগা মাগীদি অনিরকশুবা লুহোংবনি হায়বা ঐ কোম্ব থগুলকখি। অদুগা ঐখোয়গী ইনেতোনদি তনৌ তনৌজরিবী লৈরাংগুম খোৎলিবী. মপুং-মরৈ ফারকপদা ঙাইজরিবী লৈশাবীনি। মাগী অনৌবা য়ুম অদুদগী লাকপা মতমদা ঐগীনি হায়দুনা পোৎ কয়ামরুম পুরকখি। ঐবু তোপ্পা পুখোক্লগা হায়রকখি—

—"ঐনা পুরক্লিব'সি কৰি কৰি ওইরমগনি হায়য়ু চুম্বরা য়েংগে।"

ঐ পোৎ পামখিদে; হন্না ফাওবা য়েংনীংখিদে। ঐনা পাম্বা হায়ববু হান্নগুম মাগা ঐগতা ফম্মিন্নবা. হান্নগীগুম মাগী অরাসুংঙাই পূন্নমক অমত্তা চিথদনা তমলকপা, অনৌবা ইমুং অদুদা কৰি করম তৌবা অসিনচিংবা অসি শিৎশিৎনা তমলকপা অসিনি। অদুগা করিগীনো মানা মায়থোং ইলাং লাংশিন্না লৈরিবা? ইহৈ হৈনীংদ্রবনা করিগীনো? ইনেতোন ঐ অতৈ কনাস্থ নশে হান্নগী প্রমোদ অদুমক্লি; অঙাং নৎলক্ত্রবনি। থাজদ্রগা ঙাঙন-শরুদুনা য়েংউ নঙগী অরাবা মুঙাইবা পূন্নমক থঙবা ওন্নগনি। অদুগা ইপাঙলস্ত ফরবনি ইনেতোন ঐসে। নঙবু সুংঙাইহন্দ্রিবা, রাহল্লিবা মহাক অদু খুদক্তা ঠীক তৌবা, লোইখোকপা ওন্নবা জাৎনি। শান্নপোৎ মীহোৌগদবা মতাং নত্ত্রে। নঙনা পুরকলমগদবা পোৎশিং অদু ঐ পামদে। অদুগী শরুক্তা নঙগী অরা সুংঙাই পূন্নমক তম্মু, তাগে, হায়য়ু. শেংদোকউ—অস্থুন্না মঙোন্দা থঙহনবা পামখি। ঐনা তুমিন্না লৈবা উবদা হংলকখি—"করি তৌরে প্রমোদ? পামদ্রবরো ননেতোম্না পুরকপা নঙগী শান্নপোৎশিংসে।"

—"কদায় ?" হংদবা হৌনদে মভাগুম হংখি।

ইনেতোম্বা ঙক্লপ হংলকখি—"অদুম হায়না খুম্নিবদি করিগীনো করি তৌরবগে নঙবো ?"

—"কৈস্ত তৌদেনা।"

—"অদুগা কৈদৌরিবা ?"

—"ইনেতোন নঙ ঐবু হান্নগী প্রমোদ ওইনা খল্লে।" ঐগী রাফম অদু মঙোন্দা পানখি। হায়রকখি—

—"অঙাওবা। করিনে'গে অদুদি হান্নগী প্রমোদ ওইনা খন্দ্রবদি করি ওইনা খল্লিবা ?"

—"অতোপ্পা লমলানবা মী ওইনা।"

তাবদা ইনেতোন ভাইহাক রা ঙাঙখিদে, ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। ভাইহাক লৈরগা ঐবু চিংশিন্দুনা চেৎনা কোনবিরগা হায়রকখি—

—"লমলানবী ওইখিবদি ঐনি প্রমোদ, নখোয় পুন্নমক্তুগী থাগোকপ্রবীনি ; নহোয় নমানা ঐবুদি তোঙাম্না ইম্মোকলবনি। অদুগা প্রমোদ ঐগী পুক্নিং অসিদি ঐনা লৈগদৌরিবা ইফম্নি হায়রিবা অদুদা মিৎকুপ অমা ফাওবা লৈতাদে। নঙ থবক অমা তৌবিগেরা ?"

লাংতক্লনা য়েংখি ঐনা। ইনেতোন নঙনা হায়বা থবকপু তৌদ্রবদি প্রমোদ ওইনা পোকলুবগী করি কান্নগনি হায়না মঙোন্দা হায়নীংখি—

—"হা ? তৌবিগেরা ?"

অনীরক হংলক্পা অদুদা ফুক হৌগৎলগা ঐনা হায়খি—

—"হায়দি ইহায় হায়দে, করি তৌগদবনো?"

ঐঙোন্দা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরুরগা মথন্নতা ইকাইজরকপনা মোমোন তৌখি ; হায়রকখি—"তোক-ওদা ।"

মখুৎ অদু পায়রগা ঐনা হায়খি—

—"হায়দা হায়মু তৌগে ঐ ।"

—"শীলাংখোয়দা চৎলুগেরা ?"

—"চৎলুগে, চৎলে ।"

—"হায়, ঙাইখোনে । চৎলগা করি তৌরুগদবনো খঙ-লব্রো ?"

ঐনা ভাব অমা তাদদুনা লৈরিবৈদা হায়রকখি—"হ। তোক্লোদা, ঐনা ফাগী তৌবনি, তোক্লে। থবক করিস্থু লৈতে ।"

অসুম্না হায়রম্লগা মানা পুরকপা পোংশিং অদু ঐঙোন্দা নম নমদুনা য়েংহনখি । নোংমৈ অমত্ত য়াওরমী ; নোংমৈদি ঐনা পাম্বা কুইরবনি । মানা হংলকখি—"নোংমৈ'সি পামদ্রো?" ঐনা খুমখি—"পাম্মী । নোংমৈনা ক্বাক হাৎপা য়াই । ক্বাক হায়বা জাৎ অসি ওন্থোক্না মুংশিখিদ্রে ।"

—"নোংমৈ অশেংবদি মীস্থু শিবা য়াবনি । অদুনা মরু চত্তবা ওইনা পুরকপনি । শিবা হায়বদি করিনো খঙব্রা?"

—"খঙইনা করি' খঙদনি ।"

—"কৈনো হায়মু 'দুদি ।"

—"শিবা হায়বদি ....... মী শিবনিদনা ।"

মা খজিক নোকখি। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা হায়রকখি —"অদু—ঐ শিখ্রবদি নগু কমদৌনি ?

ঐ খুমখিদে, মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। শিবা খোৎপগী ফাগি ঐ পামদে ; অঙাং নক্রবনি পূন্নমক ভাব নীংথিনা তারবনি হায়বা মওং অসি মঙোন্দা খঙহন্নীংখি। মানা শিবা ঙমলবদি ঐদি করিগী ঙমদনি ? ঐস্ত য়াম্না লায়না শিবা ঙমগনি। মানদি মসি খঙলমখিবোই। মা লৈত্রবদা ঐ ইথম্তা লৈহৌব পামদে হায়বা মা খঙলমলোই। লৈবা ঙম্লোই ; অদুগা ঐনা হিংলিঙৈ অসিদা ইনেতোনবু হাৎকদৌবা মী অদু কনানো। মন্নুম্না মতম অদুদা খনখি।

মথংগী সুমিৎ অদুদা চে অমা পীরগা ঐবু শীলাখোয়দা থারম্মী। শীলাবুদি ঐ হান্না খঙই ; অদুগা মাগী মবুঙ অমা লৈ হায়বদি সুমিৎ অদুতদা খঙখি। চে 'দু মঙোন্দা পীয়ু শিন্নরকখি ইনেতোননা। পীরুই ঐনস্ত। মবুঙ অদুনা ঐবু য়াম্না লুনা ত্তৌরম্মী। ঐনা পীরুবা চে'দু পাবদা ঐ অসি মনাক্তা লেপ্লী হায়বা য়েৌনা কাউথোকখি। ঐবু থওইদবা, সুংশিদবা নৎখিদে পাবা হেক লোইবগা ঐবু পমখত্তুনা চুপখি, মরেংবান্দা থাক্তুনা কমহনখি। অচা অথক কয়া অমস্ত পীরকখি। শীলানস্ত ঐবু মৌপ্দা মৌপ্গুম লুনা তৌখি। সুমিৎ অদুদগী হৌনা করিগুম্বা মরম অমমম হায়ত্তিল্লগা সুতিগী লাকসিন্না হায়না খনখি। শীলাগী মবুঙ অদুনা চে-মচেৎ অমা অমুক ইরগা ঐগী ফুরিৎখাওদা হাপচিনবিরে। হায়রকখি নমিংদি করি কৌই ? প্রবোদ হায়বা ?

য়াম্না ফজে; থোৌনানা ফরিবা। ঐবু অমুক পমখৎলগা চুপ্নীখি,
হায়রকখি — "চে'সে ননেত্তোন্দা পীয়কো।"

ইমাদা পীদবা য়াদে হায়রম্নবা ফাওবদা ইনেত্তোন্দা হান্না পাহল্লমগদবনি। থুম্বদি থুমলমখিদে। মবুঙ অচুনা ঐনা চারুনবা চোকোলেত য়াম্না ফুরিৎখাওদা হাপচিনবিরকখি। হংলকখি অমুক — "মরম্না মরম ওক্লিবা; কয়াশুবদা ভম্মী?"

"তরেৎশুবদা।"

— "তরেৎ। য়াম্না ভম্নপোংবিনা। অচুগনে ননেত্তোন্দা ঐ' সিদা থামুক লৈখিনি হায়য়, খঙলত্রা?"

ঐ ভাব তাখ্রবনি; মামা অমুক হংলকখি —

—"করি হায়বনো, খঙলদ্রা?"

—"খঙঙনি।"

—"করি হায়বনো হায়য় য়েংগে।"

—"ঐ থামুক 'সিদা লৈখিনি।"

মবুঙ অচুনা ইশি-শিনা নোক্লগা হায়রকখি—

"মঙ নত্তে, ঐনি, ঐ হায়য়, ঐ কো?"

মামা পীরকপা চে-মচেৎ অচু চেখাওদকা হাপলকখিদে। ইনেত্তোনগীস্থ ইচম চম্না থুম্নগা হেক্তা পীরকখি। লম্বেলদা চৎনা চৎনা মবুঙ অচুগী ফজবা নীংখিবা মওং-মতৌ অচু খল্লুরগা মাগী মথুৎস্থ কয়া ফজবগে য়েংনীংলকখি। লোথোক্তুনা য়েংখি। য়াগ্নমক ফজরম্মী। মামা ইরিবা অচুগুম্না ঐস্থ ইবা হৈনীংখি। চিঠী অচুগী অহৌবদা ইরম্নিবা My dear হায়বা অচুদং চপ মান্না

ইবা হৈহনবা সুমিৎ কয়ানিমুক চঙনা হোৎনখি।

য়ুম হেক য়োবগা চেদু ইনেত্তোন্দা পীখি। তাপ লৌরগা ফাক্কুনা পাখি। পঙশাং শাংবা নত্তে, অদুব মুম্না রাখল য়াম্না ত্তৌনা পাখি। পাংখিদৈঙে অদুদা প্রমোদ কনানো কদায়দা লেপ্লি হায়বা খঙখিদে। ফনা কুইনা পারুরবা মতুংদা তপ্না তপ্না থুপচিল্লগা ঐঙোনলোমদা, ঐ অসিবু অমুক্তা উখিদ্রিবা অমগুম্না মুম্না য়েংলকখি। মাগী মিৎয়েং অদুদা হৌখিবা, নৈরিবা অমদি ওইরক্কদবা, মতম তম্মগী মগুন কয়িস্ত নৈতনা উখি। করিগুম্বা অকক্লবা পোৎশক অমদা য়েংখিদবগুম অহাঙবদা মরম নৈতনা য়েংলগা চিঠী অদু মচেৎ মচেৎ শেগায়রকখি ভাইহাক রাখলদা তাউচৎনরুরগা ভাব তারক্লবা, মীশক মীশা খঙলক্লবগুম তৌরকপা মতাং অদুদা হায়রকখি—

—"প্রমোদ, হয়েং 'থৈ মহোয়দা চৎলুরগে। পাৎখুম পীরকউ হায়বদি কনানা হায়রিবা। হয়েং 'থৈ মীগী চিঠীবা পুরক্কনু। ভাব তারব্রা?"

ঐ ভাব তাখিদে। শাউরংনরপ তৌরগা হায়রকখি—"প্রমোদ. নঙনা অদুক পঙলিববু করিগীনো! ঐ অসি লুহোংলবী, কনাগুম্বা অমগী ওইখ্রবীনি হায়বা ফাৎবা খঙদ্রবো?"

—"ঐ খঙইনা।"

—"সুকখঙ খঙদে নঙ। করিস্ত খঙদে, নঙ গধানি। ঐগী থমোয়দা চাক্লিবা মৈ অসিদি অৎকপনি।"

ঐ রা ঙাঙখিদে। মানা অমুক হংলকখি—

"থম্মোয়দা হৌবা মৈ হায়বদি করিনো খঙত্রা ?"

মতম অদুদা ঐ থমোয়দা মৈ হৌবা হায়বসি করিনো, করম তৌবনো হায়বা খঙলমদে অদুগা ইনেতোনগী মওং উরুরগা মাগী তৌদবা য়াদে হায়বগী মওংদা শেমদুনা নোকপা মোমোন মীনোক্নী মওং উরুরগা ঐগী থমোয় পুবা য়াখিদে। ঙম্বা থোক্লগা মাগী অরাবা পূম্নমক করিগুম্বা মওং অমদা কোকহনগে, নত্রগা মথাদা মায় অসি উপশিন্দুনা হিক্লা হিক্লা কপমিন্নগে অসিনি ঐনা পামখিবা। শকফম হক্তিল্লগা মানা হায়রকখি —"প্রমোদ, য়েংউ ; শীলাখোয়গী মবুঙদগী পাউ হেক পুরকপদনে ঐদি দলান্দগী চোংথদুনা শিঙখিদোবা জাংনি। মানা ঐবু করিনি হায়না খল্লিবনো।"

মবুঙ অদু মবুক য়াম্না ফৈ ; মা থামুক লৈখিগনি হায়গে তৌবনি, ঙমখিদে। চে-মচেং অমম্বুক পীরগা হায়রকখি—"সে 'সি শীলাদা পীরুচো। অদুগা হায়বিরিব 'সিনি ঐদি শিঙখি-দৌনি, মৃনালদি ওইদবা ঙাঙদে খঙলবরা ?" রাকম অসি চুম্না 'সুম হায়বতনা পেল্লক্লবা, থবক ওইনা তৌদুনা উংনীংলকপগী কিভম অমা উরকখি।

ইনেতোননা লৈগদবদু সুমিং মঙানিরোমদনি । মামা অদু লাক্লগা পুশ্রগদবনি। রাকম অসি হোদোকলুবা অমদি চংখি-গদবনি হায়না হেক নীংশিংলুবদা ইনেতোন মথন্নতা ফুম্বংনৈ, মশা অদু ইহৈ হৈনীংখিদে। চংলমদায়গী নকশিন্নকপা মতাং অদুদা মা মমিং-মনা ইতুক তুকথরকখি। ওনখিবা মায়কৈ অমদা

মিত্তাঙবনা অরেম্বদা য়েংবগুম মঙলান্দা য়েংদুনা লৈখিবগুম তৌখি। অদুগা মানা য়েংথোকখিবা খুদিংদা নোংদম্বা মাগী অকীবগী মশক ফংলবা শকফম্না থোইনা হেন্না কিহ্‌ঙবগুম উখি। মিৎয়েংগী পুম্মম মন্নবা মরক অদুদা মাগী ময়াই চন্নবা থমোয়না ফংলরোই-দবা পাউথুম অমা হন্না হন্না থিখি— "ঐবু করম থোক্লগবা ?"

হয়েংদি মামা অদু লাক্লগনি, চৎলসি হায়ররগনি হায়বগী ঙসিগুম্বগী মুমিদাংৱাই অদুদা মশা অদু শাবুং শাবুং তৌখি। মাগী কা অদুদা নীংথি মুংঙাইনা থাদ্রবা ফমুং অমদা তুমিন্না হিপ্তুনা লৈরম্মী; ঐঙোন্দা তপ্না হায়রকখি—"প্রমোদ, ঐ হয়েংদি য়ৌখ্‌গে।" ঐ খুমখিদে, চিক্লি চিক্লি তৌই হায়বা মকোক অদু নম্বিদুনা লৈখি। হায়রকখি— "ফরে নম্মনু তোক্লো।"

"মীনা হিদাক খর চাশিল্লু, হায়বদি য়াদ্রগা, অদুগা ·· ·····"
তাবদা ঐঙোন্দা হঙ্গত্তুনা য়েংলকখি, হায়রকখি— "ৱা'মা হায়গে তৌবীগেরা ? শীলাগী মবুঙদো ডাক্তর তম্বনি, ঐ হীদাক অমা ইগে নঙ খরা লৌবিরুগেরা ?"

ঐনা লৌরুরোইদৌবগী মরম লৈতে। ইংলিশতা ইবা হীদাক মমিং অদু পুরগা শীলাগী মবুংদা পীরুই। পাদুনা য়েংলগা ঐবু ফ্‌গদৌবগুম তৌরকখি। শাউরপ তৌবা খোমফমদা হংলকখি— "সিদি কৈনো ?"

—"হিদাক; ইনেতোম্না পীরকউ হায়।"

—"হীদাক ?"

—"ও, মকোক চীকই হায়য়ে।"

মা করিস্থ হায়রক্তে; কা অদুদা কাতু-কারল চৎলি। চে মচেৎ অদু শূরূ শূরূ নৈশিল্লগা লৈজবী থাডুনা কন্না পায়শীনখি। কন্না পায়শীনবগী মথুৎ অদুদা হৌরকপা শিংলি অদু উরুরগা ঐদি কিরপ্পা ঐ চৎলগে।" হায়খি। তাবদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলম্বদগী চপ লেপ্পগা ঐভোন্দা য়েংলক্লগা হায়রকখি—"চৎসি, ঐস্থ চৎকে; ঐ য়েঙ্গে।" ঐনা হায়খি—" হা। অদুদি ইনেতোন্দি চোংথদুনা শিগ্রনি।" মা তুমিন লৈখি। ঐনা হায়খি—

—"হীদাক। পীররোইদ্রা?"

—"হীদাক। করি হীদাক?" শাউরপ্পা লাউরকখি।

—"পীরোই হায়রগা চৎলগে।"

পায়শীল্লবা চে অদু ফাক্তোক্লুনা শিংকুপ শানা শেগায়রগা অমুক শূরূ-শূরূ তাশীল্লগা ঐভোনলোমদা কন্না লংশিল্লক্লগা হায়রকখি—"সে. তু হীদাক্নি, পুশ্নো চৎলো, পীরুরো।"

অসিগী তুংদা মরুওইবা থৌদোক করি করি থোকখিবগে ঐ নীংশিংবা থোক্তরে। নোংঙাল্লকপগী অদুদা মামা অদু লাকখি। ঐ মামা অদুবু হৈনখিদে; মাস্থ ঐঙোন্দা ঙাঙ শক্লুনা থোইবা তৌখিদে। ইনেভোন থরা হেশ্লিনবগুম তৌখি, য়াম্নমক কন্না ঙমখিদবা হায়বতুদি নত্তে। অদুগীস্থ মথক্তা মামা অদুনা চৎখিবদা থুদোং চানবা গাড়ী লৈরে; মাইল চহুমলোম অদু ইবা য়াদনা চৎপা য়াগনি; থুদোং চাদ-চারক্তবস্থ লম্বেলদা পোখানবা থৌরাং তৌরম্লে, থোইনা মুংশা থীবিগনু হায়রে। অদুদদি পাজিস্থ পাক হেক থিংলুবা ঙমখিদে, অদুবু হায়রকখি-"অদুগীদি করে; অদুদা।"

মামা অদুনা মরূক থৎলগা খুমলকখি—“অদুগীদি করিস্ন চিংনবীরণু। মঙোন্দা নুংঙাইতবা করিস্ন লৈরোই।” পাজিনা হায়খি—“অদুদা মাগী মশা ঙমদবা ....।” মামনা তাকলকখি—“চুম্মী হোয়। মফম ’সিগী ক্লাইমেট (ঈশিং নুংশিৎ) অসিনা মতা অমা তৌবা অসিদা হায়জরিবা—, হায়বদি খরস্ন ওস্থোক-ওনশিন তৌরগা মতা চাগত্রা হায়জরিবা। সেপ্তেম্বর হৌরকপগী অস্বায়দা কাশ্মীর চৎচগে। সেপ্তেম্বর, অক্টোবর অসিদদি কাশ্মীরগী ক্লাইমেট অসিদি পূরা আইডিয়লনি (ওমজফমনি)। অদুগা গুলমার্গগী অসিদি খর—”

মথংগী অয়ুক অদুদা চৎনবা শেম শাখ্রে। ইনেতোনবু য়াম্নমক নুংশিবা মঙংদা পুবিখি।

## ৩

মুতম খরা লৈরগা ঐখোয়গী য়ুম হোংখি। অনৌবা মফম অদুদা স্কুল অমদা ঐ ক্লাস অমা কান্নপা মিং চনখি। ইনেতোম্না ঐবু কাউড্রি হায়রবা মানা হেক হেক থারকপা চিঠী ফংবদগী খঙখি। য়াম্না শন্না শন্না ইরকখি। ইমানদি মা নুংঙাই য়াইফনা পাম্নি হায় অদুগা মাগী চিঠীদদি অরা-নুংঙাইগী রা করিস্ন ইরম্ভে। ইনেতোনগী রা হেক হৌদোকলুবদা পাজিদি অয়াম্বা মতমদা তুমিন্নতা লৈখি। মথরাই ইনুং-নুঙাইতনা উখি। মরমদি খোইনা খঙলুখিদে। মোংমা ঐনা পাজিদা হায়খি

—"পাজি ঐ চৎলুগে, ইনেতোন লৌরুগে ?"

—"চৎলুয়গেয়নে ?" পাজিনা য়াম্লমক হৈনিংনা হায়রকখি ; অদুবু মথংগী মিৎকুপ্তা নীংবা কায়খ্রবগী মওংদা মখা তায়রকখি—"কদাইদগী লৌরুরা য়ারগদগে ? ননেতোন, চুনালমি মীগী ওই-খ্রবনি, মাগী ময়ুমদা লৈজখ্রবনি । মীগী মুংভাইবদা ঐখোয় য়াওরুবা য়াবা নক্তে।"

লুহোংখিবা মতুং থা মাপল তরা শুরকপগী অদুদা নোংমা ইনেতোন পাউকা ইপী পীরকনা মীনাই অমত্তংগা লোয়নরগা লাকখি। পাজিদি ইনেতোন লাকপা অদুদা থোইনা মুভাইখিদে। হরাওফম থোক্তবা ওইরমাল্লে। ইমানা থোইনা ভাওলুবা শকলুবা তেঁখিদে, ইনেতোনগী মমাওদদনি খওদে, ইমানা মামা অদুগী মফমদা অশাউবা উৎখি।

ইনেতোন লাকপদি ঐগীদি হৌখিবা মতমগী মুভাইবা পুন্নমক অমুক নৌহৌনা হল্লকখিবগুম্বনি। অদুবু ইনেতোন হান্নগী ইনেতোন নংলমদরে, পুমহোং হোংখিরল্লে। মশা অদু শোন্দম-নাদম্নখি। কুচু-কুমেন ইথোক থোকখিরমদে, মশাম্থ ৱাই শংদ্রে। করিগুম্বা থবক অমদা পুক্নিং ইচঙ চঙখিদে। মপুক্নিং অদু ইলৈ লৈতাদবগুম, ভাউফিং ভাউফিং, হাপোই হাপোইবগুম তৌখি। অমম্বা কা অমদা মথমতা তুমিন্না হিপ্তুনতা লৈখি। থুদিংমক্তা হয়াও হয়াও ভৌরম্বা অদু তৌখিদরে। হৌজিক্তা হরাও হয়াও ভৌরম্বা অদুনা মথংগী মিৎকুপ্তা শকফম হঙ্গিন্দুনা লৈখি। হয়াও মীনোক উখি-রম্বা তায়বম্থ মদুদা মশাগী নত্তনা শেম-শাদুনা নোকে লাকুবা মওং

অমা ময়েক লা-না উখি। করিগুম্বা রাকম অমত্তদা খোয়জওখিদে। ঐখোয় অনিদা ঙাইরবা মতাংদা ঐনা হংখি—"নঙ 'সিদ'স্তুম লৈরদৌ নত্রা ইনেতোন? অমুক চৎলুখিদরো? য়াম্বা থুনা চৎকদরনে, হা ?"

—"চৎখিরোইনে। করিগী নওনা ঐবু পানখিরিবো, লাইরিক লাইশু তোগেদি হায়ত্রদনা।" —অসিদং হায়বদা মখোঙ্গেল অদু তনিক তনিকখি। মখিৎ মনা ইলং ল.খৎখি। ঐনা হায়খি—"কৈ শুকচৎ চৎহল্লরোই হন্দক্তি।"

—"করিগী চৎহল্লোইদৌরিবা?"

—"খঙদে অমত্তা, চৎহল্লোই হায়রিবসিনি, য়াদে চৎপা।"

ইনেতোম্বা কেম্বরগা নোক্লগা হায়রকখি—"চৎহল্লোই হায়বা লৈরগা নহালরাইনা খামহৌবা য়াদ্রে! হৌজিক্তি কদায়দগী য়ারনি?"

মতৌ উবদা ঐনা ইচঙ থোনা হায়খি—"করি' য়াদনি. য়ানি। অদুনা লৌবদা লাকখিসনু মামা।"

—"নথোনাদি করে। অদু ওইরবসু ননেতোন্দদি হংলম-লোইদ্রা? ননেদি নখোয়গী ওইদ্রবনি, মখোয়গী ওইখ্রবনি। মাগী মপোৎ পীরোই হায়বদি কনানা য়াগনি, মুল্লুগদৌরিবা নঙবু কনানো?"

মানা ঙাঙলিবা অদু করিনো হায়বা ঐ খঙখিদে। অদুবু মাগী ঙাঙবগী মওং অমদি মথম্মোয় শোকপা মতৌ উকুরগা ঐগী থম্মোয় পুবা য়াখিদে। অসোমগী য়ুম অদুগী রা হেক নীংশিংলুবদা মা

য়াম্নমক নুংনাংঙি হায়বা খঙখি। অদুবু ঐনা হায়বদি মতুদা করি অমুক খল্লকম লৈবগে ? হৈনত্রবা. লৈনীংত্রবা মফম অদুদি থোক হেক থাদোক্লগা চৎলুদ্রগা হেক লোইরে।

অদুবু 'হেক লোইরে' হায়বা অদুনা লোইরমদরে। হায়বদা লায়জরবস্মু পাঙথোকপা তারবদি তরাই-তরাইরমদরে হায়বা ঐ ঙসিদি ফজনা খঙলে। "লুকো'বদ' পুনশিনখিবা কিশি অদু ইচম চম্বা নংলমদরে ; মসিগী মনু দা সমাজগী চৎনবী কয়া অমা চেৎনা ফি; পুনশিনখিবা ওইরম্রে। হৈনরক্তরে হায়দুনা থদৎলুবা ক্ষোয়-দৎলুবা য়াদ্রি মসিদা পুক্লিং অনিগী অপাম-পামদগী রাকমদা নত্তে সমাজগী ওইবা রাকম কয়া অমসু লৈরি সমাজ অসিদা লৈবা মী অমনা রাকম অসিবু ইচম চম্বা লৌফম থোকপ্রা ? পুনশিনখ্রবা কিশিনি ; অমুক থোকলুবা য়াদ্রবনি থদৎকে হায়বগী রাফম্না তোঙানবনি ; অদুগা তৎপা কায়বা হায়ব'সিমক্তবু ফজদে।"

অদুবু মতম অদুদা পুম্নমক অসি ি পানশুবা তম্লিবা ঐনা খঙলমদে। অদুনা ঐনা য়াম্না থাজনা অমদি পামজনা ইনেতোনবু খঙজবা মওংদা শেম্লিবনি হায়দুনা হায়খি — "ঐখোয়দা 'স্নুম লৈরগদবনি ইনেতোন। মামা লাক্তুনা লৌরবা-কা য়ারোই কো ; লৈরোকো ? ঐনা চাউরক্লগা পৈশা য়াম্না তানগনি, নঙগী সেবা ফজনা তৌগনি ; করি অমত্তা শূংহল্লোই। চিংনগম্নু ইনেতোন ঐ লৈরি।" ঐগী রাঙাঙ ভাবদা মা খরদি পেনখি হায়বা ঐ খঙখি. করিগীম্নু পেনবীরোই। খজিক্তং নোক্লগা হায়রকখি-"অরাবা কোজাই কোক্লগদোরিবা ইয়ানি। অদুবু নখোয়গী ক্লাসতা নঙবু মকোক ওইরিবরো ?"

মকোক ওইবরা, মমৈদা লৈবরা ঐ থোইনা মুংনাংলুদে; মা মথক্কায় থক্কা মুংঙাইরবরা হাম্নগী হায় অদুমঙাইবয়া অসিনি ঐনা খঙনীংলিবা। হংখি ঐনা—

"চুম্না হায়য়ু ইনেতোন, নঙবু চৎনীংলবরনে?"

—"চুম্না হায়য়ুরা?"

—"চুম্না, য়াম্না চুম্না, হায়য়ু।"

—"অশেংবা তাকউরো।" খঞ্জিক নোক্লগা হায়রকখি।

—"এ, তাক্লরোই হায়রিরো?" শাউরপ তৌখি ঐ।

—"ফরে তারো অদুদি তশেংবা হায়রগে। ঐ নঙগা লৈমিন্ননীংই। ঐবু থাকপা ঙমগদরা?"

য়াহং অসি হংবগা লোয়ননা মানা ঐঙোন্দা য়েংলকপা মঙং অদুদি ঐদি চিংনরুরে, ঐম্ব-ইকায়খি। ঐবু চিংশিন্দুনা চেৎনা কোনশিনবীরগা হায়রকখি—"প্রমোদ য়া'মা হংগে লিচৈ, চাবা হায়বসিবু মুংঙাইত্রা?"

—"লিচৈ চাবা হায়বা?"

—"ঐ ফুরকে নঙ মুংঙাইত্রা য়েংউ।"

ঐঙোন্দা ঙক্লা থোকখি, হংখি—"অচুম্বরনে?" মানা খুমলকখি--অচুম্বনি প্রমোদ। ঐ কনাদম্ব তমদবনি; ঙসি নঙোন্দা তম্লিবসিনি। ইনে চৈ খাঙবা য়ারে। নখোয়গী অসিদা লৈরে 'লচৈ, আদা লৈরে লিচৈ।"

ঐ ঙমথৈ লৈতনা ঙকখি; হংখি--"মানা ফ্‌বরনে ইনেতোন?"

—"খঞ্জিক থক্লাক্লা নত্তে প্রমোদ।"

—"লিচৈনা ?"

—' লিচৈনা ।"

—"করিগীনো অদুদি ?"

—"ঐনা ফত্তবননিদনা "

তাবদা খাঙজমদনা থোকখি । মঙোন্দা ম্লেংখৎলুবা য়ৌনা ঙমখিদে । ফাঙমত্রবা পুক্লিংগী ঈহোগা লোয়ননা মায় অসি ইনে-ত্তোনগী মথাদা লোত্তুনা থাঙখি । ইনেত্তোনবু চেৎনা কোল্লগা ইংথবা লৈত্রবা মাগী মকোক অদুদা তপ্না শিৎ-শিৎ নাম্থরগা হায়-নীংখি ঐনা—"কায়দে ইনেত্তোন, পূন্নমক অরেম্বনি । অফবা ফত্তবা পূন্নমক খল্লুরম্নু থাদোক্লো । য়াম্না পাক চাউবা সংসারনি অফবা ফত্তবা চপ মান্নবা, লিচৈগী রাফম স্নুকলৈ লৈতবা মফম শোয়দনা লৈ, মফম অদুদা চৎলসি, লৈলুরসি ঐখোয় অনি।" খনবদমক খনখি। ইনেত্তোন স্বর চাউরকখি। থমোয়গী অচাকপা মৈশাগী মনিল ফংলবা ঈরিক অনি মরিদং ঐঙোন্দা তারকপ থেংনখি।

মমা অদুগা পাজিগা করি মরোল ঙাঙনখিবগে হায়বদি অশেংবা থঙদে চিঠীদি য়াম্না তোয়না ইনখি য়াম্না তোয়না থানখি। অসুম্না থা অহুম চুপ্না ইনবা থানবা থেংনখি। মথুং অদু ইনেত্তোন ঐখোয়দা অদুম লৈখি। মমৈদা ইনেত্তোনবু লৌরবা অমদি পুখিবদা লেপ্নখি । পাজিনা মতুংদা করিগুম্বনা ইনেত্তোননা মামা অদুগী রা তাদনা অমুক লাক্লবদি ঐখোয়দা চঙহল্লোই ফাওবা হায়খিবগুম তৌখি । মমাঙদদি পাজিনা মঙোন্দা মরাল শীখি;

অদুবু সুংশিজরবী লূনা তৌজখ্রবী মচম্নি, মতুংদদি পুম্নমক ওাক-পীখি।

নোংমা ঐনা পাজিগী মনাক্তা লৈরিঙৈদা ইনেতোন তপ্না তপ্না চঙলকখি। ফমুংদা মখোঙ য়াম্থদুনা ফম্লে। পাজিনা হংখি —"মৃনাল কমদোই, নশা অদু খরদি সুংঙাইরবরা ?" "খরদি ফরে।"

"নঙ সিদা 'সুম লৈবসি দুংঙাইতনা উরে।"

ইনেতোন খুমদে, পাজিনা মখা তারকখি—"মা হন্দক্কী নোংমাইজিং সুমিৎ অসিদা লাকনি হায়রকই। ঙসি য়ুমশকৈশ-কো, অদু-দি ঙসি মঙানিদা ঙায়রে। মিনী মতুংদদি তৌ লাকমু। মবুক মপাউশ্র অদুক হাক্লা ফত্তবা মীতা নত্তে; য়ান-য়ানবা—শাউনবা খৎনবা হায়ব'সিসু হোনবনি। সুপীগীদি মব্রা-মপুরোই-বগী মফম নত্তনা অতৈ অমা লৈত্রবনি, মপুরোইবনা অশেংবা ধর্ম্মনি। নঙগী নয়ুম হায়ববু মাগী ময়ুম অদুনি। নঙগী ধর্ম্ম, কর্ম্ম, মোক্ষ পুম্নমক মহাক্তনি। ভাব তারিকো মিনী ?'"

পাজিগী খোঞ্জেলদা ঐ লাপথে শাউগনু মৃনাল হায়বগী মওং উখি। ইনেতোনদি খুমদে, ঙাঙদে মরু লুকথদুনা ভুমিম্না লৈখি। ঙাইহাক লৈরুরগা পাজিনা হংখি— করিনো মৃনাল করি খল্লিবগে ?" ইনেতোম্না ওপজপ্না হায়রকখি—"হবচাং অসি কয়া সুঙাইকাল্লি, ঐ চৎখিরোই তাচো।"

—"হা ? চৎখিরোই হায়বা ?" ইনেতোন বা ঙাঙদে।

—"অদু মানদি পুরগে হায়রি।"

মা খুমখিদে।

মচন অঙোনবী অদুনা হৈনিংদবা উবদা পাজী তথক তথকখি; ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লগা হায়রকখি— "প্রমোদ লাইরিক তৌরুচো, চো।" ঐ পাক হৌগস্তে। শাউরপ লাউরকখি— "চৎলো করিনো মসিবো।"

থোকলকখি ঐ; চংপদি চস্তে থোঙদা লুমদুনা ঙাওনবা তাখি। পাজীনা হায়খি— "ঐস্ত্র চৎলু হায়নীংদবনি মৃনাল, নশক নচু অদু থোক ওনখ্রে। অদুবু করমদি তৌগনি?" ইনেতোন খুমল্লকপা তাখিদে। পাজীনা হৌগত্তুনা কাদুদা ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলগা হায়খি —

—"করিনো কৈদৌরগে হায়য়ুদনা।"

ইনেতোম্মা খুমলক্তুবদা অমুক কোয়চৎ চৎখি, চপ লেপ্লগা অমুক হায়রকখি— "নঙ মুংঙাইত্রে হায়বা ঐ খঙলেনে। অদুবু করিগীনো, করি তৌনরবনো হায়রুনে; নঙনা হায়ত্রবদি ঐবু করম্না খঙউ হায়রিবনো? করিনো নঙনা পাম্লিবা? পাজীনা পাশক পীক্লা হন্দে ক্লম্লবা ইমা মশক খঙহৌত্রবী নঙগী নমা নপা শক্তুনা পা পমদুনা হোৎনরকপনি, ঐঙোন্দা হায়ত্রবদি কনাদনো নঙনা হায়রুগদবা? কনানা তাবিগনি? করি তৌনর-বগে তম্মুনে ঐঙোন্দা।"

ইনেতোম্মা খুমখি— "করিস্ত তৌনদে চৎনীংত্রি হায়বত্তনি।"

"খঙঙেনে, অদু করিগীনো হায়বা?"

"চৎনীংদবগীনি।"

"অদু হেক য়াদেনে, নঙগী ঐগী খুসি য়াদেনে।"

"ঐদি সুকচৎ চৎলোই।"

"অদু কমদোরগে হায়'রবা ?"

"তাচৌনা চত্তবা য়াদে লৈহল্লোই হায়বা লৈ'গনা মতুং ইন্দুনা চৎচখ্রগে।"

"কনাগী, কনাগী, মতুং ইনবা"— পাজীনা শাউরপ হংখি।

"ইমাগী; পাজীগী মনাক্তা চৎচখিবা পাম্লে।" হন্দোক্লানা ইংনা খুমখি।

মসিগী মতুংদা ঙাঙনবা থোইনা তাখিদরে। মতুংদা খোঙথাং বন্না বন্না হংদুনা চৎপা তাখি। মনাক্লন্নবা থৌনাওদা হন্না হন্না খৌদেন্দা তাখি। করি অমুক ঙাঙনবগে মাগে হায়না ফনা কুইনা লেপ্লুনা লৈখি। অদুবু হন্নং হন্দা চৎপগী অমদি তোইরপ খৌদেন্দগী খোঙ্গেল নত্তনা করিস্তু তাখিদে। ঙাইহাক লৈরগা ঐ অদুম লাক্লে। ইনেতোম্না থোকললক্না মতুংদা নোনা হংলুই— "করি হায়নরে ইনেতোন ? চৎলো হায়রা ?" ইনেতোন খংশাউ শাউরকখি, হায়রকখি— "তুমিন লৈয়ু প্রমোদ, নথোংম তৌকচো।"

ঐঙোন্দবু করিগী শাউশিল্লকখিবনো, ঐ ভাব লাম্বা ফংখিদে। সুমিৎ অদু ঐ খরা ৱারৌখি। শাউরতুনা মনাক্কা চঙলুদরে, তুমিন্না ইথন্তা লৈরে। সুমিদা য়াইদম অদু ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা তুংলোমদগী তপ্না কোনশিল্লক্লগা থেৈন্ত্রে—"শাউরবনো প্রমোদ ?" ঐ খুমদে। ঙাইহাক লৈরগা হায়রকখি—

—"পাজীনাদি চৎখ্রা হায়রি, চৎখ্রাবা ?"

ঐ খুমখিদে, করি খুমগদবগে হায়বসু খঙখিদে। ঐগী

লেংবান্দা মথুং থাঙ্গৎলক্লগা হায়রকখি—"ঐসি চৎখিবনা করমা-লেকো. কো প্রমোদ !" ঐনা খুমদ্রবদা অমুক হায়রকখি—"করে অদু মঙাইরে থোক্লবা লাকনি, হয়েং চৎখ্রগে, হয়েং ঐ লৈত্রবা মতমদা নঙ ঐবু মরক মরক্তা নীংশিংগদ্রা ?" কুইনা শাংথনা ওইনবা ঙমখিদে হায়খি ঐনা—

"হেন্তোম নঙনা চৎখিংদো ঐনা নঙবুতা খন্দুনা লৈখি।"

"ঐ শিখ্রবসু খনখিগদ্রা ?"

ভাব তারবা ঐনি, হায়খি—"অদুমাইনা হায় লাকনু ইনে-ত্তোন হায়রৈদে।"

—'করে ওায়ররোই। অদু হয়েংবাই নঙনা চাউরক্লবা, অদোবা মা ওইরক্লবা মতম অদুদা ঐ কৌরকে, লাকদ্রা ?"

—"শুদক্তা লাকনি"

—"হেক্তা লাকদ্রনে ?"

—"লাকনি।"

—"করে অদুদি তাও, রা হায়গে, নঙ ইনাক্তা সুকলাক লাক্লোই ঐনসু কৌরক্লোই। নখোয় লোইনা ঐবু কাউথোক্লো; চৎখিবা সুমিত্তুগী ননেত্তোন লৈত্রে শিরে হায়না লৌরো। নখোয়বু অমুক রাগক্লররোই, ওৎলরোই।"

তাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা য়াম্না থংনা হায়রকখি—"সুপী-গীদি মপুরোইবগী মযুম অসি করিনো খঙব্রা ?" খঙদবনিনা ঐনা খঙদে হায়না খুমখি।

"স্বর্গ, স্বর্গ অশেংবনি প্রমোদ।"

ঐস্থু য়াখি। ঐনা ইল্যায় লায়না য়াবা উবদা মা পেন-খিদবা মাল্লি। হায়রকখি—"স্বর্গনি প্রমোদ অদুগা মাগী দমন্তা স্বর্গ ওইবদা বা-না থোক্লবী সুপী অদুদি মরাইবক ওন্থোক্লা থীরবনি; স্বর্গ হায়বদি করিনো খঙলব্রা? —স্বর্গ হায়বদি অরা-অনা লৈতবা য়াম্না নুঙাইবা লাই ময়ামগী লৈফম্নি।"

মথংগী অয়ুক্তা মশা অদু ইডেক তেকখৎনা উখি। পুংফ-কবা হায়বা অদু ওইরমাল্লে থনখি। ইমাদা মানা লহাল থোবীদা শুহন-খিবা ফিরোল অদু নোংমাইজিং ফাওবগী মন্থুংদা পুহন বিরক-ও, মা চৎলগনি হায়খি। মপোৎ-মচৈ মবুক্তিং চঙনা লোইশিন খোৎচিনবা হৌখি। কৈথেলদগী অপাম্বা পোৎ থরা অমম্ভ লৈহল্লুরে হন্দক্তি পাক্লনবা লাইরিক পুরবোই 'মানা, য়াদে, মঙম কান্নদবদা মাঙ-হল্লি' হায় হায়দুনা হায়রে। মানা পামজখ্রবা হৈনজখ্রগদবা অনৌবা লাইরিক অদু ফাওবা হাপচিনখো হায়বা য়াখিদে। অয়ুক য়েন্দা অহানবদগী সুমিৎ চপ য়ুংবা ফাওবা কোয়নোম নোম্মখি। চাক চারগা মুংখিল ঙাইহাক পোথারুবা হৌগৎলকপদদি মকোক অদু য়াম্না কম্না চীক্লে হায়খি। মনাক্তা ফম্মগা ঐনা হংখি—

—"ইনেঙোন লুখম নখিয়ুরা?"

—"নমগন্থু য়াগনি।"

—"মলম পুরকে থরা তৈয়ু।"

—"তৈরোই ফরে।"

—"বুডি-কোলোন পুরকে।"

—"মীনা য়ারে হায়রিমক্তদা, লাঙগন্থু, তুকিস্না ফম্মুনে।"

সুমিৎ নীনি হন্নি অদু মখোঙ হাপ্পা য়াক্তে হায়ন্ত্রনা মুকহাম হামদবদগী মবুক অদু ন্‌ংমুক কনখ্রে। ঐনা হায়খি—

—"ইংেতোন ডাক্তর অমা — ?"

"কায়রোই।"

"অদু করি তৌসি হায়বগে ?"

"করিস্ত তৌগুমসি, ফরনি, ফরে।"

ফখিবগী বা লৈখিদে খরদুম হেঞ্জিল্লকখি। সুমিদাংবাইরম অদুদদি ফর-ফর হেক্তা হায়খরে। মথন্তা খরো খরো ওন্দুনা লৈখি কনাবুস্ত কৌদে, কনাদস্ত তাকলুদে ১কোক অদু চীকপদা নত্তনা মবুক থিনবা অমস্ত লাইথেৎ ওইনা য়াওশিন্নক্লে · কুচু-কুমেন খোক ওনখ্রে। অদু ফাওবদা খাঙখি, মখা চিক্লুনা; তাকউ য়াখিদে, হায়রুগে হায়বস্ত য়াখিদে। পাজীদা হায়রুগে তৌরুবদা মানা চৈরকখি—

"নশিল করি লৈদুনা তাকউগদৌরিবনো। পাপ্পা পাপ চাজবনি।"

—"অদুগা করম হায়না তৌগদৌরিবনো ?"—হংখি ঐনা।

—"পুক খরা সুংঙাইতে হায়বগী বানি কক্সখ্রগদো জাৎনি; নত্তনা তৌবিগে হায়রগা জমালগোটা মনা খরা লৈরকউ। কাউ-রকস্ত।" মানা হায়রকখি।

"করিনো অদুদি কৈদোনদৌরিবা ?"—মাবু য়াম্নমক চিংনংরম্লনা ঐনা হংখি। চৈনাখোল মরক অদুদা খজিক মোমোন তৌরগা হায়রকখি।

"চাউরক্লবা হায়বসে জ্ঞান তারে ইয়াদি; মতু চারগা শিগদবা জাৎ নত্তে পুরকউ, লৈরকউ।"

—"শোয়দনা ফগদরো?"

—"ফগনি, চৎলুগেরা ভ'ইহাক্কং?"

মানা খঙজবা হিদাক অদু চাতনা যেংলে। কাহবা লৈখিদে। ইমাগা পাজীগদি থরক চনগংখরে। ঐস্থ কিরুবে, গভগী অভাং অদু শোয়গদ্রা হায়নস্থ চিংনরুরে। অদুব অভাং অংনি ক'রস্থ তৌদ্রে, ইনেতোংদি শিন-শিরবা মীতৃ মঙাইখরে। নীনি হুমিদুগী মনুংদা ময়াঙ অদু খুবীমুক্তা মঙাইখরে, মনা হশাম শামনা উখে। মতৌ অদুদা শাউনীংবা অমা যাওখতনা ঐনা মংভান্দা চৈখি। ঐনা চৈবা অদু মা তুমিন্না তাপি মমৈদা তপলগা হায়রকখি—

—"নঙস্থ ঐভোন্দা শাউরগেরা প্রমোদ?"

—"শাউদদি নঙংা নক্রা 'সে।"

—"কৈ হায়রো অদুমঙাইরে।"

তাবদা অমদি মতৌ উবদা নখা তানা শাউবা ঙমখিদে হায়খি—

—"ইনেতোন করি মওংনো নঙনা তৌরিব'সিবো?"

—"করি তৌরবগে ঐনা?"

—"নশানা তৌজবা ভাক্তনি পুম্নমকসি।"

লৈথোকলক্লনা ঐভোন্দা তিঙক তিঙক য়েংলক্লগা হায়রকখি

—"অশেংবদি প্রমোদ ঐনা তৌবা নত্তে; ঐনা খঙত্রনা তৌরুবা নত্তে; বুদ্ধি লৌশিং ইমাঙ মাঙলে। করি তৌরিবনো

হায়বা ঐ সুখঙ খঙদ্রে, কংলুপদবস্থু কনাদনো, কনাস্থু লৈতে। ঐ ভাব অমা তাদ্রে, বুদ্ধি লৌশিং পোক্তে। মসিদা নঙ ফাওবা ঐবু দোষ তৌরক্লবদা ঐদি কমদোনি ?”

মানা হায়রবা অদু ঐ অর্থ খঙখিদে। মতৌ উরুরগদি অমোয় পোক্তা সুংডাইখিদে। ঐনা হংখি—

—“নঙনা পাম্বিবসি করিনো হনেতোন ?”

—“করিনি হায়রুগে ?”

“নশা অদু মা ওইদ্রে, য়েংবা য়াশিল্লক্তে। হকচাং মাঙহল্লগা করি কান্নবগে ?”

—“ঐদা খঙদ্রে প্রমোদ। হকচাংগীদমক করি তৌ হায়বগে ঐবু ?”

ঐ থরাই থোক্না সুডাইখিদে ; মরমস্থু খঙলুখিদে। হায়খি—“পাজাদা অশেং অশেংবা হায়দোকপা য়াদ্রে, কনাবু কিরিবনো ? নম-তাড়না তৌববু য়ানরদ্রে ? করি করিনো অপাম্বা অদু হেক্তা হায়দোকউ।” ভাবদা মানা ঐঙোন্দা ঙকলপ য়েংলকখি, হায়রকখি—“পাজীদা করি হায়রুগে ? অদুগা নম-হাড়না তৌবা হায়বদি করিনো ? নঙনা হায়রিবনা করিনো ? প্রমোদ নঙনা খঙবা রা নদ্রে, নৌরি, অঙাং খরা ওইরি নঙদি।”

ঐবু অঙাংনি হায়খিবা অদুদি ঐ খরা সুংঙাইখিদে। ঐনা হায়খি—“ফরেনে ঐবুদি অঙাংনি করিস্থু খঙদবনি, অদু পাজীদি অহল ওইরেদনা। পাজীদা ইফোং ফোংনা ঐ চৎনীংদরে হায়না হেক্তা হায়রো। হায়দা হায়য়ু, কনাগী মামানা লৌরবা

ভঘগে য়েংসি। ঐবু করিনু ওম্মোই খংত্রো।"

মতাং অদুদা করি খল্লুরবনো খঙদে, ঐঙোন্দা চিংনরূপ য়েংলকখি। হায়রকখি—"অদুম হায়না ঙাঙবা হৌনদে ; নিঙোল হায়বা অসিদি মপাবগী নত্তবনি ; ঐস্নু নিঙোল অমনি। ইপাগী ময়ুম, ইপাম হায়বা অদুম্ন ঐগীদি কদায় ? পাজী লৈরম্নবদবু— ।"

তাবদা ঐ খুংঙাইখিদে, হায়খি—

—"পাজী করিগী লৈত্তনি. ঐখোয় পাজী লৈরিবা অসিদি, ইনা লৈরি, ঐস্নু লৈরি, লৈত্রবরো ?"

—"লৈত্রে, কনাস্নু লৈত্রে।" খুমলকখি মানা।

—"ঐবু লৈত্রবা ? লৈরি ইনেতোন প্রমোদ লৈরি ; অদুম হায়না ঙাঙগদবগী শরুক—"

ঐবু চেংনা কোনখিরগা হায়রকখি "ইয়া লৈরি। ইনে-তোনগী প্রমোদ লৈরি। নত্রবদবু খুমৌ চেল্লবা গর্ভ অসি পুদুনা করিগী হিংলুখিগনি।"

নোংমাইজিং মুমিত্তা মামা অদু লাকখি। ইনেতোনবু হেক উবদা মাঙকখি, হায়রকখি—"কৈনোনে লম অসিগী ঊশিং মুংশিং অসিনোঁ মাগা মুকপক পরুত্রবা জাৎনি ; মশা অসি কয়াদা শোকচিল্লবনো য়েংবিয়ু। মুমিৎ হুম্নি চুপ্পা হাম্বগা হন্দোকপগা—তৌববু ডাক্তর অমত্তম্ন ...... ? ওন্থোকপা লম হায়বদুনি অফবা ডাক্তর অমকাওবা কংদবা ! —অদু সিবিল সার্জন—?"

মামা অদু ইনেতোনগীদমক্তনি হায়দুনা মপুক্তিং ইয়াং লাঙখি, মুংঙাইতবা অমদি মুংনাংবা তোয়না কোঙদোকখি।

ইনেহোনগী যিহল্লা অদু মৌরবদা মতোম্দা টেঙ্গিগ্রাম তৌরক্লবা কৃষ্ণগীনো হায়না য়ারৌখি। মখোয়গী লম অদুদদি করু-কয়বা ডাক্তর য়াম্বা লৈ, নুংনুংবা লায়না কয়া ইরায় লায়না কহৈ হায়রম্ব হায়খি। পাঞ্জীনা থোইনা খুমখিদে। মৌনা স্বীকৃতি কনম—খুমত্রবদি য়ারে—হায়বগী মওংনি। পাজীনা হায়খিবা হায়বু ইনেহোনগী মশা অসি হঙত্রিবা ফাওবদি অসিদা লৈজ-খিনমু অসিনি। অদুবু মামা অদুনা ইনেহোনবু ফিভম অসিদা থমজন্না চুমদে অদুগা পাঞ্জীগী ভৌষম থোকপদগী মাগী থৌদাংনা হেন্না চাউই হায়বা মখং উৎখি। মখোয়গী অদু হেক মৌবদা লোংবদা কয়া য়াম্না ফগৎলকপগে হায়ব'দু উবিগনি হায়নসু চাউ-থোকলপ হায়খি। ওপেংবদি চেকশিন্দবা অসিনা খাইদগী চাউবা লায়নানি, হিদাক কাংথক্তি লায়বু লায়, চেকশিনবা অমদি সেবা ভৌবা হায়বা অসিনি য়াম্না হেক লুরিবদি। অদুনা চেকশিনহৌবনা লায়য়েংবদগী শরুক য়াম্না হেন্না কৈ হায়বা অসিনা মাগী লেংত্রবা মত ওইনা কোওদোকখি।

অমুকসু হায়রকখি—"হকচাংনা মরুনি হায়বা অসি মওোম্দসু ভাকপীবা ফবা জাৎনি। মুপী অঙাং হায়বা অসিদি মখোয়গী ভোঙানবা লোনচৎ অমদা ভাউন্ননা লৈজরিবা জাৎনি, শাগৈ অমগা শাগৈ অমগা লোনচত্তা মান্নদে; য়ুম অমগী হৌন-লোনচৎকা অতোপ্পা অমগী লোনচৎকা মান্নদে; পুন্নমক অসি থঙহনবিবা চুম্মি। ঐনবুদি ফনা ভাক-থোক্তুনা ভৌই হায়ববু মপায়লোমগী অহল লমন্না হায়বনা লৌরিয়ে অঙাংশিংসিনসু।"

নিপানশুবদা তম্নিবা ঐনি, মামা ভাগুলিবা অদু করিনো হায়বা খণ্ডখিদে। খণ্ডদেদি হায়রগা ভাবদদি সুংভাইতনা থোকখি। শাউদুম শাউনীংখি। অাং-অাং ভোরসিন্না ঐবো হায়বা কাওবা খনখি। পাজীসু কয়া সুংভাইতে হায়বা ঐ খণ্ডখি। অদুবু পুন্নমক খাণ্ডদুনা, ভাণ্ডলকপা খুদিংদা "চুম্মী" "হোয়" "মান্নি" হায়না খুমখি। ভাণ্ডগদবা মখৈ ভাণ্ডলুরগা ঐবু উবদা ওনশিন্নরুগা হায়রকখি—

—"অ ... ... নণ্ডবু নমিং করি হায়রে ... ... প্রমোদ ? ও—প্রমোদ হায়বা নত্রো ?"

প্রমোদ কৌই নঙ' নথৌ করি লৈ। কয়া সুংশি হায়দুনা খুমলুনি, খুম্মোই—খনখি মতম অদুদা।

—"কয়া শুবা পায়রে ?" হংলকখি মামা।

—"হন্দকী এলাও পরীক্ষাদা ফেল ওইরে।"

—"হাই ! ফেল ওইবদি চুমদেনা। করি ক্লাসতা ?"

ঐ খুমখিদে, করিগী খুমজরুনি।

—"কিগনু, খুম্মু, কয়া শুবদনো ?"

—"ফেল ওইববু করিগী কিরুনি।"

—"হাই ! ফেলদি কিফম থোকই। কিয়ু। অদুগা লাই-ব্রিক তম্বদা ভল্লোইদবনি, নবুন্নিং চণ্ডনা তম্মু। লাইব্রিক হৈরবদি হয়েংবাই চাউররুগনে অক-অকবা থবক য়াম্না তৌবা য়াগনি। কো। লাও'জিদা চণ্ডশিন্নকউ।"

ঐ চণ্ডশিন্নুখিদে। পাজীনা খুম্মদনা করিনো চণ্ডশিন্নু হায়রবা অদুদা ফজত্রমাম্নে হায়দুনা লেপলুরে। মামা ঐগী লেংবান

পায়রগা মওক অদু মৈথরক্লুনা হংলকখি— "ভারৎশুবদরো নিপালশুবদরো ? হা ?"

—"নিপালশুবা ।"

'কেল ওইবদি চুমদেকো থওলত্রা ? অদুগা পৈশাময়ি পীয়ুরা অনা পীয়ুরা হায়রো ?' —ক্লুরিংথাওদা মথুং হুযক্লিল্লগা হংলকখি ঐঙোন্দা । মতম অদুদা, ঐগী ফগুবা অমনা, অনা পীয় পৈশাময়ি পীয় হায়রুবদি লায়রদুনা থদাংগী কোই অদি নায়নায়দুনা শেল লুপা মথায় অমদুথ পীদিয়া হায়না থনখি । মথুং অনৌমক থুতুম তাশীল্লুনা পুথোক্লক্লগা হায়রকখি— "সে, কয়ঘদগী লোগে হায়বগে ?" ঐ ঙাবা ঙাওখিদে, মিৎনা থারপ য়েংদুনা লৈখি ।

—"হায়হৌরো প্র—প্রপ, অনৌমক স্বাই মাওথিরমদনা হোয়েন ভকশি....শোলহৌদুনা তোকনি ।"

—"ঐঙোন্দগী অনা অমা লৌবা য়াগনি ।"

ঐগী পাউথুম তাবদা মা য়মায় অদু ঙাওলপ তৌখি ; নোকপবুদি হো..হো হায়দুনা নোকপা শাই । মানা ইকায়বা উরগা ঐ সুংঙাইখি, চাউথোকলপ তৌখি । মথা তানা ঐনা হায়খি— "ঐ নিপালশুবদনি তম্লিবা ; হন্দক্তা পথোকাদা মকোক ওইবনি ।" হায়গী মীনোক্তা মামা অদু নোকখি । মা হায়কেং সুংঙাইতে হায়বা ঐ খওখি । মানা পেন্দয়া উরগা ওসাই মানা পাক্তোদা হায়খিবা থয়া অদুগী লমন থুবা ওয় হায়না থনখি ; থনবদা ইথক্তা সুংঙাইজখি ।

মথংগী সুমিৎ অদুদা চৎখিনবা শেম শাখি । চৎলঘদাইদা

ইনেতোম্মা চত্তশিল্লক্কুনা ঐংোন্দা হায়রকখি --"প্রমোদ, ইনেতোম্মা হায়খিবা ত্তাওখিবা পুম্নমক নত্ত শাউম্নুকো, অমুক উম্নবা উম্নদবা খত্ত্ তমজ্রে।"

ইনেতোনগী ম্নাইকনবনি খাংবা ম্নাবা মখৈ খাওনগে থম্মোয় অসি নুংশুম কলহল্লগে লেপখ্রবনি অদুবু মাগী মমাঙদা হেক লেপ্পু-বদা পুম্নমক উত্তা ঘা হৈবগুম থোকখি। বিদায়গী বাকম অদু ত্তাবদা ঐগী পুক্নিং অসি মরাত্ত মরাত্ত তোখি। করিগুম্বা খরদি ঐম্নু হায়কম থোকই হায়বগী মওংদা হায়খি —"চিঠী হেক হেক থারকউকো ইনেতোন।"

"চিঠী হায়বা অদুগীদি—।"

"শোয়দনা থারকউ। ইনেতোন নত্তনবু কৌরক্লবদি ঐ হেক্তা চেন্নকনি। অদুগা ঐদি রেলদা ইথস্তা চৎপম্নু ত্তম্নবনি কো, কৌরকউকো, হা। কৌরকেরা?"

"ইনেতোম্মা ইয়া প্রমোদপু কৌরক্লনা কনা কৌরকউনি? নথম্তা অা—তাম্না লাকপা ত্তমগদরনে?"

"ত্তমগনি। কৌদা কৌরকউ, লোইনা থাদোক্লগা পাইরকে।"

মানা 'অত্তাওবা' হায়দুনা ঐগী খজাইদা থুবাক্লা তপ্না থারকখি।

হন্দক্তি চৎলমদায়দা ইনেতোম্মা ইমাগী মখোত্তদা লাইমক কৎলগা কনা কুইনা কপ্পুনা লৈখি। করি অমত্তা ত্তাত্তবা থোক-খিদে। ইমানা চেংনা কোনখিরগা হায়রকখি —"মিনী, চৎলুখো,

য়াম্না খুনা অয়ুক লাকউ হায়রক্কে। য়ুখ - কৈ নীংখিনা পাঙ্খা ভো। মাবু হয়াও হয়াও ভো।" অসিদা নত্তনা পাউতাক অতৈ কয়াম্র পীখি। বয় ওইনা কয়া অমম্ব পীবিখি। ইনেভোনমা মরু লুৎথন্থনা তাখি।

পাঞ্জীগী মমাঙদদি ইনেভোন খোঙ্গেল খোক্লা কপলকখি, পাঞ্জীম্র নায়োনদা মপি তৈথোকপগুম ভোখি। অদুবু মমৈদা করিম্র খোশাদবা, থবক য়াম্না চিনবা শায়দুনা হায়রকখি "করিনো কপ্লিবসিবো হৌনদে সে, তুমিন লৈয়ু" অস্নম্না হায়রক্লগা পোৎ-চৈ মশীং থীজীল্লগা পুখোকদবা মীশিং অদুদা খোনকৎলি। ইনেভোনলোমদা মায় ওনশিল্লবা য়োনা শংখিদবা মওংনি।

ঐ কপ্লরোই, সুকপ কপ্লরোই। রাশকখ্রবনি। লাউ খোংদুনা য়া য়া ভোরমথ্রিবা করিগীনো খনবদা ঐ মম্মী। মফম মরাং ঙখঙ খঙদনা ঐগী খোয়দৌ অসি পঙশাউদা শাউগংখি। করিগীনো কনা অমস্তনা ঐঙোন্দা খৎনবা হৌরকখিরমদবা! কনাগনো অমস্তগদি লাউননীংইদ্রা ! ইনেভোন চৎনীংলগা চৎচখো! মা চৎখ্রগা ঐঙোন্দা কৈদৌজরনি। মপা কনানা করি ভৌজরনি লৈনীংদ্রগা চৎচখিবদুমগাই, ইথম্বা লৈহৌগে। করিগী গুমদনি। ঐঙোন্দা কনঃ অমস্তনা করিগুম্বা অমগা ঙাঙলক শক্লকপা য়ারোই। ঐনা খোকপা ভোনীংবা ভোগনি। মাবুম্র খল্লরোই কাউথোক্লগে; খল্লরোই, সুকখল খল্লরোই। মাবু কনানা চৎচখা হায়রগে? করিগীনো মানা চৎখিগদৌরিববো? ঐ অমা লৈবা লৈনা। মাই মামা হায়রবা অসিনা কনানা পুখ্রা হায়দুনা পুরিগদৌরিবা?

পুনিং' পুজবো ঐগী করিস্থ কায়দে। কনানা কদৌজয়নি।

অপু-নবা অমনা পুখিদুনা ঐ অসি মফম-মরাঃ ইথঙ থঙদনা পঙশাউদা শাউখি। কপ্পা লাউথদি থোইনা তৌনীংখিদে। অদুগা থোয়দৌদি শাউগৎলি; থুম শাউনা-লক, থুম শাউনীংলক মমৈদদি করি থল্লুরবনো থঙদে ইনেত্তোয়া লৈরম্বা কা অত্রদা। চেনশিল্লগা থোঙ চেৎনা লোনশিল্লগা মিৎ-না চেক্লেৎ উইশিন্দুনা চপ লেপ্লুরে। স্বর হোনব-কা লেপ্লগা ঐ অদি ঐ ওইরগুমসিরা হায়বা য়ৌনা থল্লকখি। ঙাংহাক লৈরগা ইমানা কৌরকপা তাখি। ঐ থুমখিদে। থুঃ মাই। থুকথম থুম্মোই। প্রমোদ কনাগী প্রমোদ? করিগী প্রমোদ? ঐ থঙদে, মপক থঙদে, থুকথঙ থঙদে।

—"প্রমোদ। হায় প্রমোদ, কদায়' লৈঃগনে?"

—"কৈনো! তাদে ঐ, কম্বিনো?"

—"কদায়দনো নঙবো? ননেত্তোয়া লাউ হায়রিনে।"

অহুতবা থোকলুই ঐ। থোঙ তায়া চৎলুই, কনাস্থ করিস্থ হায়নরকখিদে। শেম-পাবা পুমলোই লোইরমলে। মামা অহুনা থেঙলে, চৎলদি, থীল্লে হায়না তকশিল্লমা। ইনেত্তোন লেপ্তুনা লৈরম্মী। কিরু-কিরাং থুম থ্মজিল্লদুনা ঐবু ঙাংদুনা লৈরম্মী। চঙশিল্লগা হংলুই—"কৈনো ইনেত্তোন?"

মানা ঐবু কোল্লগা থোঙ্গেল হৌনা কপখি। মামা অহুনা য়েল মতম য়ৌরে হায়রকখি। ঐনা মাবু কোল্লগা কার তায়া খিল্লি। মামা অহু পাজীবু থুকম্নগা গাড়ীদা কাথঙুনা কমথরে।

গাড়ী থারমদায়দা মামা অদুনা হায়রকখি—"প্রমোদ সাহেব, য়োজরে, নমস্তে।"

মতম অদুদা ঐ অশাউবা পুন্নমক কাজিন্দুনা লেপহৌই।

## ৪

বারী অসি ওখাক্লা শাংনা চত্থরক্লে। অবাবা রাথলতনা ঐগী থরায় অসি তনিক-তনিক্লে; য়ামত্রবদা ভাইহাক্তুংদি পোত্থানীংবনি। অদুবু হৌজিল্লুরবনি, লোইথোকপা করে। পুন্সি অসিদা খোঙফম নামা হেক থাংজিনবা হৌরুরবদি মৈতাম্না লেপ্তুনা চৎপা তাবনি। ভাইহাক্তা ফাওবা পোত্থারুকম লৈতে; অদুবু ভাইহাক্তুংদি পোত্থানীংবনি।

সংসার অসিদা মখল মথা অয়াম্বগী ওইবা থৌদোক কয়ামরুম থোক্লি। করি করম্না থোক্লিবনো? কনানা খুদ্বিরকনি? পাউথুম কংবা কংদবা হায়বা অসি মী মীগী লাইবক্তা লৈরব্বা তাই। নোংদম্বা মাগী কলম কনানা থৈদোকলুবা ওমগনি? অদুগা নোংদম্বা হায়রিবা অসিনা কনানো? করিগীদমক মানা মীগী লাইবক্তা ইরিবা? খঙনীংবা পোকই। —খঙবা য়াদবা জাৎলা? য়ারমদবা য়াই। মরৌশিং চাউবা মীওইশিংনা হায়বা য়াই পুন্নমক ঈশ্বর মাগী খুৎশেম্নি হায়না। মসি ঐস্মু য়াবা তাবনি; নত্রগদি হিংদুনা লৈবা ওয়োইদবগী মওং অমা লাকদৌরি। অদুবু

খুৎশেমগী মপু ওইরিবা ঈশ্বর মাগী মফমদা কৌদ্রুনা হংনীংই—হে ঈশ্বর নঙগী খুশিল অসি ঐ ভাব অমা তাবা ঙমদরে। ম্যায়কৈ পুন্নমক্তগী লাকপা মীকপ মীয়াওখোলতনা নাকোং অসি শীংজা য়েব্রে। হে জগৎকী মপী-মপা ওইরিবা নঙগী খুৎশেমগী ফিজং মরুমদা নাহে খোঙ্গেল তত্তনা তায়রিবা অসিবু করিগীনো?

লীলানা নঙগীনি; হিংবা শিবা অসিনা ঐখোয়গী, অদুগা' মীওইবনা হিংদুনা লৈরিবা অসিনা করিগীনো? শিরিবনা করিগী? শুন-নোম্নরিব'সিনা করিগীনো? হংবগীদি পঙহংদা হংবা য়ারে, পাউথুমদবু ফংলরোই হায়বগী য়ানি। কনানো খুম্বিরকদবা?

তশেংবমক্তি হংলুবা য়াহং খুনিংমকী পাউথুম মতিক চা না চা-না পীরি খোঙ্গেল থোক্ত্রবা খোম্থাংদা— কনাগুম্বা অমগী মচিন্দগী। থিরুবা পামলুবা অখঙ-অহৈশিংনা খঙনীংবা মওংদা খঙজবা য়ানবা হায়দুনা মনুং মপান ফাওনা মকম পুন্নমক্তা, মতম পুন্নমক্তা ময়েক লা-না ইরি, য়েক্রি অমদি খোংলি। পাউথুম পীবদা ঙাইহাক্তা ফাওরা লেপ্লক্তি। মাগী খুৎশেম অসিনক পাউথুন্নি - য়াহং পুন্নমকী অশুপ্পা পাউথুম।

ফরে, পাংথরয়োই কায়দে। মানা মানা পাম্বা মওংদা উন্নসনু হায়জসনু। মানা মানা তৌরবা পুন্নমক অদুগী ফলনি হায়গে হায়রবসু হায়জসনু। মাগী মাগী মত হায়বা অচনি। ঐ অসি লল অমনুং মীংচৎকী ফম্বালদা ফম্লি, অদুবু পুন্নমক অরেম্বনি, মীৎকুপ থরদংগীনি। পূরিং অসি ঙাইহাক্তা পোথাবা লৈত্রি। ঐগী নাক য়েৎকী ফিভমসিনা ঐবু য়াম্না য়াংনা থাজৎপিরি।

মতম কুইরা মিং চৎলবাময়াম্না য়ানরবা উকিল অমা ওইরম্লে ; হোউজিক্না হুজ কারে। সমাজ অসিদা ঐগী ইকম অসি হায়রকেৎ চাউনা লৈরে। জেল তাহনবা কাঁসী পীবা অসি ঐগী ইথৌনি। পূম্নমক অসি ঐনা ভৌজরুবা কর্মগী মহৈনি হায়রসি ; অদুবু কমবা কর্মগী ফলনো ঐ ভাব নীংথিনা তাবা ঙম্মী। মতিক চায়বা উকিল, হোউজিক্না বিচারপতি ওইরবা নোয় পেল্লবা ঐগী বকচাং অসিগী মনুংদা, থোইদিং মথায়মুক্তা চাউবা ওইরবস্তু, আত্মা অমা য়াওরিগদ্রা ঐ চিংনৈ। ইশাগী "ঐ" হায়বা অহু মরু ফংনা মাংহনখ্রবতদা উকিল অমদি জজ ওইরক্লিবনি। অদুগা ঐখোয় ইনেভোন অদুনা—মতাং চারিরৈঙে পল্লুরিঙৈ অসিদা মাগী বারী চপ্থনবা তৌহৌরগে।

মরক মরক্তা ঐগী মুংঙাইতবা অসি 'স্নম 'স্নম চাউখৎলক-পনা পুঙমদনা থোকপা য়াওরকই। সমাজগী চৎনবী মরক অসিদা ঐগুম্বগী ইফম অসি করম্না কদায়দগী বাংখৎলকলিবা, করি থাদোক্লগা করি ফংউরিবনো হায়বা অসি খল্লুরগা মুংঙাই-তবা হঙ্গোইজবা পোকই। অদুবু করিদি তৌরুগনি ? লৈরিবা সমাজ অসিগী য়ুমফম অসি তৌথায় য়ানথায়রুরগা কায়বা করি ফংলকনি ? ফংলোই। কায়বা করিস্ত ফংলোই, অহোইনদুম য়ুমফম অসি মখোঙ চেৎলক্তনবগী মরম ওইরকনি। খঙদবা নত্তে, সমাজ অসি মথক্তা তোংদ্রুনা নমথরুবগী মথৌদি ঙমনৈ অদুগা চৎনবী কয়া হৌনবী কয়া অসিবু ওস্থোকলুবা অমদি শিন্দোকলুবা হায়বদুদি ওইথোকপা বাগনি। সমাজ অসিবু মপূং ফা-না য়োক-

খংকে, মহৈ নীংথিনা য়ান্নহনগে হায়রবদি চৎনবী অমদি হৌনলোনচৎশিং অসিগী মখোঙদা মরূদা 'ঐ' ঙশা অসিবু হায়র ওইনা হাপলুবা ভাই, ঈশিং ওইনা চাটরুবা ভাই।, পংতক গুদক থিংলগা অচুম্বা শাবা, ওইদবা ঙাঙদুনা মিংচৎ ভানবা অসিদা কায়রিবা অসিবু করিনো? অসিগুম্বা মখলগী মিংচৎ অসিদি উৎপুংগুম্বনি। আত্মা মাঙজলগা নিংশৌরেল খুভম ফংলুবগী অর্থ করিনো? কোর্ফু কাযথোক্লগা ভুম্বা লেপশিনবগুম্বনি।

পুন্সিগী রাফম অসি অনী-মরিদা নত্তে. ওস্থোক্লা য়ামখে; মশাং শীরুবা ওম্বগী রা লৈত্তে। অদুগা থমোয় শোকখ্রবা রাফম অদুদি কাউবা স্রুপয়া য়াদে, মিৎ উইশিনবনকা উরোই হায়বা য়াদে। করি করিগুম্বা মতাংদা মপা চারুদুনা থমোয় মনুংদা চাউরবা মৈত্তাও অমা হৌরকপা য়াওই। মৈত্তাও অসিগী য়াক্লা শাবরা অঙানবা মঙাল অদুদা 'অচুম্বা' হায়বা অদু মরেক লা-না ভশেং-ভশেং উরকই। মতম অদুদা অচুম-অরান রায়েল-লিবা ক্লজগী ফম অসি ভচুম্বনি হায়বা মচেৎ অমা ফাওবা য়াওত্রবা শাপকুম্বা, অকিবগী মশক ফংলবা অমম্বা শরুক অমা ওইরকই। ঐনা মতোল্লে, ঐদি করিগ নৈতবনি হায়দুনা পিকথরবতদা অশেংবা অচুম্বা চৎপা হায়বা অদু ওইরকই। কনা য়াম্বা পারুরে, ওখাক্লা থিজিল্লে, খঙলে; অদুবু পুন্নমক অসি রারক্তী ভঞালঙাক্তা ওইরম্রে। কাওশিং ওইরয়ে—লোনম নত্তনা অত্তে করিগ্ন নৎলমখ্রে। মনুং অসিদা, মুংশিবগী পোৎলুমত্তনা থজিক রায়ক্লবা মতাংদা পুন্সিগী উরুমদা তাইহাক পোত্থাজবা ওমলিবা

মহাক অতুদি য়াইফরবনি। অতুগা ঐ মঙাইরে মতাঙুম ওকচাউথেক্তুনা হাইদোকলক্লিবা মহাক অতুনা লম্মাংনরবনি। কায়দবদা মতম য়াম্না লৌরুবা অরেম্বনি। হায়দোক্লগা তমথোক্লগা থমোয়গী অরাবা চাং থরদি হন্থবা য়াই হায়ববু চৈনাখোলগী মঙুণ অদুহ হন্থরকপা শোয়দবনি।

খঙনীংলিবা অমনা—পুন্সিগী খোঙচৎ অসিবু তশেংনমক মথিৎ তাঙখা জাৎলা? খিংঙম ফাওমদে হায়বনি অতুগা মথিৎ তাঙই হায়রুবদি য়ানীংবা ওম্দে। চেন্থরি পুন্সিগী চৈচেল লেপ্তুনা; অদুগা লম্বেলদা লৈরম্বা অরাবগী ঊরিক পূম্নমক লৌশিন্দুনা অমত্তা ওইমিন্নরি। মসিনি পুন্সিগী মচি। খোমজিনজরুবা অরাবা ময়াম অসিনি মীওইবগী মরল—মনিমুক্তানি, হায়রিবা মনিমুক্তা অসিগী মঙালদা ময়েক লানা উরি পুন্সিগী লম্বেল। নত্রবদি অয়াম-খোয়াং কয়ক মীহোগী শুক্লা মম্নবা উমং-রামং মরক অসিদা মায়কৈ থঙদ-দুনা কোইঙাওনরমগদবনি। তশেংবদি, মীওইবা অসি থাওশুঙ-কোয়্লুদা পুন্নবা থগী মতৌশুম মফমদি ইহেন হেন্দোকপা লৈতনা কোয়না পংচবা চৎলি।

চহি কয়া হোৎরে। কয়া অমা শিখ্রে, কয়া অমা হিংলি। পুম্নমক উরু-থঙলুরবা মতুং অসিদা অপাম্বা অমা থনবা তারথদি থমোয়মী ওইবা চৈনা অসি থল্লুরে। থন পামদে, ললম্ব অরেম্বনি; থমোয়না থমোয়তবু পাম্মী। থন, লল হায়বা অসিদি হকচাংদা পুকপা মুমোৎপা মুয়াওম্বনি অদুগা চৈনা অসিদি অমুত্তগী নশ্রুক্তি। অচুম্বা হায়বা অহ চৈরেবা তারবদি অতৈ অয়দা লৈরোই;

থমোয়গী ওইবা চৈনা অসিনা থৈখ্রবা লৌশিংগী মঙাক্‌দা উবা ফংগদবনি। নত্রগা জ্ঞান পুম্নমক উত্রোও অথোবা করিস্ত, য়াংদবা পোৎ অমা ওইখিবা শোয়দবনি, অচুম্বা থিরুবদা ফংবগী বা লৈতে।

ওইরিবা ফিভম অসিগীদমক কনাদা দোষ পীরুগনি? নোংদম্বা বিধি মঙোন্দা পীসিন্না? করিগুম্বা মওং অমদা থাগৎ-লুবা ওমখিদবা ঐথোক্তনা দোষ পীকফম্ন থোক্তে। করিগীস্ত ব্রায়োফম কৈরুগনি? য়ায়োদবা য়াদতুনা লৌবা ভারবদি ঐ ইশাদা তাই। (হিংলিবৈ মতমদা জগৎকী পোৎলুম পুম্নমক মশানা য়ানা, কনাদস্ত য়াকৎলুবা তৌদনা ওন্থমখৈ পুরমলগা, মতাংমা য়ারক্ত্রবদা পোৎলূম অচুবু পৃথিমাতাদা শিন্নরম্নগা অবা পোথা-থিবা মথোয় অচুম্বী মফমদা ইকোক অসি নোন্দবা ওমদে) মথোয়বু মরাইবক পীরবনি হায়গনি, মতাংনা য়ারক্ত্রবদা চিংনবা লৈহনা পাপীনি হায়নস্ত হায়গনি; অচুগা মথোয়গী মমাঙদা কোক অসি নোন্দরবদি ওম্মোই।

খুংশিজরবী ঐগী ইনেতোন অচ্চ ওসিদি অয়োইবা য়াহিপ ভানথরে। হৌজিক মাগী মরুদা খল্লগদবা করিনো? খল্লনীংদরে। শিজখিবনা ফরে হায়বা তাবনি, মরমদি ফত্তে হায়দুনা মাবু অমুক হিংহল্লবা ওম্বা নত্রে। অচুবু মসিমদি খন্দবা ওমদে—"মঙোন্দগী ফংখিবা প্রেম অসিবু করিগুম্বা মওং অমদা কাউথোকপা ওম-রিগত্রা? মাগী মক্তবা প্রেম অচুগীদমক স্বর্গগী নথেল শোয়দনা হাংহোকেলম্লোইত্রা?" খৎলুবদি ওমদে; স্বর্গ হায়বনা করিনো

নরক হায়বনা করি— খঙলুবা রা নত্তে। নোংদম্বা মাগী নিয়ম্বা করি করম তৌরিবনো হায়বা খঙবা ঙমত্রে। ঐনা খঙজবা হায়ববু ঐ অসি থমোয় চাংদবা মী অমা ওইহনদি ঙম্বা মরৈখিত্রে। ঙমলম্বা থোক্লমলবদি ঙসি কাওরবা উকিল ওইরবা মতুংদা বিচারপতিগী চৌকি অসি লাইবক্তা ওয়্লোইদবা অশেংবনি।

মামা অদুনা ইনেতোনবু পুখিবা সুমিৎ অতুদগী মাংগা তোয়না উহবা ফংলিদরে। মাপকশুবা কারে, মেট্রিক থারে, কোলেজ কারে, আই-এ থারে। অনৌ অনৌবা ফিভমদা অনৌবা মরুপ মপাং কয়ামরুম ফংখি। লোয়ননা রাখল অমদি মিথয়েং অশুম'শুম পাকপোকলকখি। পুন্সিদা অনৌ অনৌবা আশা মথং মথং লাকখি ফংখি, থেংনখি লাকখি। অসুমনা ইনেতোনবু কাউন্সিলকপা হায়বতু ওইরকখি। অহানবা নৌরিঙ্গে অতুদা ইমা অমসুং পাকৌদা ইনেতোনগী পাউ ফত্তনা হংখি। সুংঙাই য়াইফনা পাল্লি হায়রকখি। সুংঙাই য়াইফনা লৈবা হায়বসিবু কররম্বা লৈরিবা তাংরো হায়না ইথন্তা থমখি। অশেংনমক মাবু সুংঙাইনা লৈরমগত্রবে? অসোমদা মানা সুংঙাইনা লৈরগা 'সোমদা ঐনা রানা লৈরিবনা করিগী? খরা লৈরগা ইনেতোন মচানুপী অমা পোক্লে হায়বা প্যাউ তাখি। অঙাং অদুনা শিনা তারকখি অদুগা মমাসু অশিবগা মায়না লৈখি হায়বসু তাখি। লায়না য়োকপা মীওইশিং অসিদি ইরায়-লায়না পাক হেক শিবা য়াদমাল্লে। ইনেতোন হিংলকখি। ঈশ্বরগী থৌজালনি। থৌজালনি হায়বদা লকক তৌই অদুবু থৌজাল নত্তে হায়বদি ঙমদে।

নোংমদি ইমাদা ইবেত্তোনগী পাউ অসিবু করি করম তারি-বগে হায়না হংখি। মথংগী ছুটি অশংবা অমা লাকদোরিবা অদুদা ঐ ইনেত্তোনগী মনাক্তা চৎলুগে হায়রুই। তাবদা ইমা না ওাওখিদে ঐত্তোন্দা মুম্না য়েংদুনা নৈখি। ওকলপ তৌনা ঐনা হংখি—

—"পাউ তা-লাকখিদ্রবরো ইমা ?"

—"তাদে"— ইথৌ থৌশাদনা খুমলকখি।

—"অমফাওবা লাক্তবা ?"

—"লাক্তে হায়বনি। কৈনো পংহংদা হংলিব'সিবো।"

—"করিনো শাউগৎলকলিব'সিবো, করি তাবগে হায়বদনি ?"

—"অদু তাদে খওদে হায়রেদনা। পুংওাইরমগনি মী কৈনো। লাইরিক-লাইশুদি পাগে হায়ব্রদনা ননেত্তোন্দা লাইনিং ওইরিববু —চৎলুনে নও পরীক্ষা খজিক্তা ওাইরবা নক্রো। ননেত্তোম্নি হায়বা মহা অদুগী মরমদা খওক-লাকচদে হংবিরকনু ঐত্তোন্দা"

—"আইমা, করম তৌরি' তাবগে হংবদনি।"

—"খওদে হায়রেদমা। লাইরিক তৌরুচো চো।"

ইমাদগী করিস্থ খওবা ওমলকখিদে, তাকলকখিদে। পাজীদা অমুক হংলুই, খুমলক্তে। অমুকস্থ হংলুই ঐনা— "পাজী ইনেত্তোনবু শিখ্রবা জাৎলো, হা ?"

—"কমানা শিরে হায়বগে ?"

—"কনানস্থ হায়দে ; শিপ্রবা জাৎলা হংবনি।"

—"করি বানো, করিগী শিক্রদগে।"

—"অদু কমদোৱৱবগে ?"

—"করি কমদোরুগদগে অদুম লৈব'সিমঙাইদনা; নখোই ঙোগেদি হায়ৱদনা—।"

ফনা কুইনা অমুক হৌখি। তাকলক্লবা ৱাকম অদু অদুম খল্লবা ঙমখিদরে। ইমু' অসিদা ইনেতোন পনবা কাওবা য়েংমৌনবগুম ঙোখরে। মাগী ৱা খজিকং হেক পল্লবদা পূম্নমক তুমিন তুমিন লৈনখি। পাজৌম্না হায়গা ইমান মায়ৱক্লবগুম্বা অমওইনা ঙোখি— ঝিখি-কিরুম ঙোবগুম উখি। অদুগা ইমাদি হায়দগী কায়াত অমা হেন্না শাউগনবী চৌনগনবী অমা ওইরকখি।

থৱা লৈবগা ইনেতোনবু মাগী মপুরোইবনা থাদোকখরে হায়বা তারকখি মামা অদুনা ইনেতোন্‌বু ওক্লবীনি; হায়দগী ওকলক্লবনি হায়না খাজখরে হায়বসু তারে। অহানবদি 'থাদোকখ্রে' হায়বা ৱা অসি ঐ ভাব অমা তাখিরমদে। কম-দোনা থাদোকপা ঙাংনো, মথম্নতা চংচখিবা ঙাংলা নত্রগা হৌদোং থাদোকপদোনা কদায়ৱাইদনো অমা পূৱগা থাদোক-উরিবা ওইরিত্রা, নত্রগা, য়ুম অদুদা লৈনা লৈনা মরি কক্লবা ঙাং ওইরিত্রা ? করম্বা মওং ওইরিদোনো খঙবা ঙমলমদে। মমৈথংদা শহর অদুমক্তদা অপিকপা য়ুম অমা লোৱগা থমখিবনি হায়বা খঙলকখি। য়ুম মচা অদুদা করম্বা মওংদা লৈরিবা ঙাংনো ? চানীং'দা চা; থকমীংদা থক মুংঙাইনা লৈরিবৱা ? করি কমদোনা চারিবা ? শেংপনা কদায়দগী ? মামা অদুনা ইনেতোন্দা নপাম চংলো হায়খি হায়; ইনেতোমা য়াখিদে; ঙু-চৈচ্ছনা

তৌরবা কিহল্লবা ফাওবদা ঐদি শিরবস্থ অদু মঙাইরে ইপাবদদি সুকচৎ চৎলোই হায়না চপ্ লেপ্তুনা লৈখি হায়বস্থ তারক্লে। অদুদগী মামা অহুনা য়ুম মচা অদুমা লোয়রগা মণ্ডদা থম্বনি হায়বা অসিমস্থ তশেংনা খঙলকখি।

পূম্নমক অসি ঐঙোম্বা শাজিনবা বারীগুম থোকখি। মতম থরদি থাজবা ওমলুবরে অহুবু মথৈদদি য়াম্না। লায়বা মঙংদা ইচম চম্না থল্লোকপা ফাওবা ওমখি। মীওইবগী পুন্সি অসি চাইহাক্তা ফাওবা লেপ্পা লৈতনা চত্থব্রি। অশিবা কাঙবুনা শিখি; হিংকম থোকপা কাঙবুনা হিংনব্রি, মতম ওইরক্লি বনিন। শিখিবশিং অত্তগা লোয়ননা চংথিন্নখিগে হায়বা য়াদে। লম্বথাঙদা তুজহোবা কাঙবু অদুগা লোয়নমা তুমিন্নহোগে হায়বা য়াদে। মথোয়বু শোগৎলুগে হায়রবস্থ ময়ামদগী শোথহোগদৌরি) অদুনদি চৎপা হায়বা অসিনা থর্মনি। অসিগুম্নবা পুন্সগী থোঙচৎ অসিদা ইথঙ্ খঙহৌদনা ইবেত্তোন চৎথরে হায়বা অসিমস্থ খঙলকখি। মামদুগী মনাক্তগী কদায়দনোমা চৎথরে। কোয়দা য়োনবা দুকান্দার অমগীদা লৈমিন্নবম্মী হায়নদি তাখি। অদুদগী অমুক কদায়দা চৎথ্রবনো থঙদে— শহরগী কাচিন অমদা লৈরম্বা য়াই। —পূম্নমক অসি ঐঙোম্দা মঙগুম্না থোকখি।

থরা লৈরগা পাজী লৈখিদরে। হায়গুম পূক্লিং মকা লাম্না লৈবা হায়বদু থোকশিল্লক্তরে। ইমাস্থ থবাই য়াম্না সুংঙাইখিদে। মরক অসিদা ঐ একঃএঃ লোইরদুনা কোলেজদা অহমগুবা চহিদা ষ্টেশন মমিং অমা থেংনবমক্তদা কুমথনিংখি। অদুবু য়ুম হল্লকপা

লাকপদা ইথত্তা কোম্না চঙলগে হায়না লেপখি। ইনেত্তোনবু কোইথি থিগে; থেংনবা মফমদা হায়গে— 'ইনেত্তোন, কৈদৌরি অসিদা? লাউ চৎসি, ঐখোয় চৎসি।' অহুম্না পুক্লিংদা চপ লেপখি।

বিশ্ববিদ্যালয়গী য়াম্না শাংনা থাবা ছুটি অমদা ইমানা য়াম্না থুনা পম্বা ত্তৌদনা, হেক থাবগা চেন্নকউ, নহান নোংমা ঙাঙনখিনা লুহোংবগী বা অদু লৈখায় অমা ত্তাম্নদবা য়াত্রে হায়দুনা কৌথোকলকখি। হন্নকপদা চঙগে খল্লম্বা অদুনি ফনমক থুবা লৈদুনস্ত ঐ কুমথদবা ঙমখিদে। শহর মনুং অদুদা চঙদুনা ইনেত্তোনবু কোইথি থিখি। কাচিন কোয়া য়ৌনা চঙ চঙদুনা থিবনি; মমৈদা থেংনখি। ইনেত্তোন ঐগা উন্নখি।

৫

ইনেত্তোম্না নৈ হায়রিবা কাচিন অদোমদা চঙলকপদা পুক মথক মখা ওল্লি, থুক-থুক লাওই। মোৎথুবা নমথাওহানৈ মরক অসিদা ইনেত্তোম্না—? লৈরম্লিবা কাঙলুপ অদু সমাজদা হুম্নুনা খম্নরবা মীওই ঙাক্নগী ওইনা ত্তোই। খুৎথবা লম্বেল অমদা য়াম্না শাংনা চঙলগা লৈরম্মী, ইনেত্তোম্না নৈ হায়রিবা মচা অমগী য়ুম অদু। মুপা অদু মপান্দা কমদুনা কোয়লা য়োল্লি। হৈনত্রদুনা ঐ থোঙদা ফনা কুইনা লেপ্তুনা লৈখি। মংুংদা থোং অদু ত্তপ্না ইন্নগা মনুং চঙখি।

লৈরম্মী ঐখোয়গী ইনেতোন অদু। কিভম অদুবু ইনে-তোল্লনে? মানি; মামক্লি। মনখরবা কৈজোম অমা শেম শাদুনা সাড়ী ওইনা শেৎলি। মৈক্তু অমগী মনাক্তা ফম্প্রেক্লনা ফমল-হুনা তল হৌদুনা লৈরম্মী। মী চঙলকপগী মওং খঙবদা মকোক অদু তপ্পা থুমজিংখি। লৈঠুনা য়েংখোক্লকপদা ঐ লেপ্তুনা লৈরম্বা উবদা মহাক পুমঙক ঙকখি। মসিৎ কুপ্তুনা ঐঙোন্দা মুম্না ঙাইহাক য়েংদুনা লৈখি—। ঐবু কাউথোক্লবা জাৎলা—? খঙলিবা জাৎলা—? ঐসু রা ঙাঙবা পাক্লা ঙমখিদে। ঙাই-হাক য়েংদুনা লৈখি। ওংম্বাকপা মফম অংদা লাকলুইদকো হায়দুনা হৈশা ইথম্বু নিন্দা তৌজখি। অসুম্না ঙাইহাক য়েং লমংগা ইথৌ থৌশাদবা শাবগী মওংদা কৈফুরোমদা মমায় ঙনশিনখরে।

ইংখোনগী কিভম অদু উরুবগা ঐ ঙকবা ঙমশিদে। লৈংথিজখরবা শকফম্রি; অদুবু ময়াঙ অদু খুদংমুক্তা, শরুদা ইমুনা থুপখ্রে; মমায় অদু তাইক্লেৎ তাইখরে। মশাম্ম রাইশংদ্রে। কৈজোম অমত্তুনা মশাপুম্বা থুংনবা শেৎলম্মী; মরেক মহাও য়াওদ্রবা মাগী মায়খোঙ অদুদা ইকায়রপ তৌবা মওং উখি। চিশক পিকপা কানি। মপান্দা শুমাঙ মচা অমা লৈ; মসিং-ঙগী ওইনা তৌই। শুমাঙ'দুদ কি অম'নি কৌরম্মী। মথুং অদুদা মোৎপনা কোয়লানি ফিনি খঙদ্রবা কি থরম্ম য়াল্লি। মনাকমক্তদা তুরং উপু অ ন অমম্ব লৈ, মথক্তা রা অম'নি কৈরগা পোল্লিংখরম্ম থম্বা উই। মতুংলোমদা কোকঙৌগী টিন অমী,

চফু মচা মচা অহুম-মরী লৈপাক্কী কম্বী অহুম মরি কৌতা মচা মরিমতাসু লৈ। পিথ্রাই অমদি সিলভোর (এল্যুমিনিয়ম) গী পাত্র মচা অনীমরি ইনেত্তোনগী নাকল ওইরম্বা তাদুনা লৈ। বালটি অমা ঈশিং পূর্ণ অ গসু খম্বী থাচিন্দা মৈতাল বোরা অমসু ফৈনা তাদুনা লৈ।

পুম্নমক অসি য়েদুনা লৈখি। ঐনসু ডাক্তরুদে মাবসু কৌরক্তে; কম্মূসু হায়দে চংলেসু হায়দে, ঐ অসি লাক্লবতু মহাই মৈফুগী মৈতাল অদু ওংথায় ওংথায়দুনা তল য়াইদুনা লৈ। ঐনা খল্লা হায়—'ইনেত্তোন ঐ প্রণামদনি।' মা করিসু খুমলকখিদে। ডাক্তাক লৈরগা চমুক হায়খি—'চংলোর'?' মমায় হাইগংদুনা খক্তিক্কুং য়েংলকখি ডাওদি ডাক্তলাক্তে। ঐ থোক-লকপা ওমখিদে, হায়খি—"চংলোই। অদু ফমকম অমতংদি পীয়ুদনা ফমনবা।"

হন্দক্তি ডাক্তরক্লগদ্রা খনবনি, ডাক্তলক্তে মতাং অদুদা মপাললোমদগী কনানো অমা লাকপগী মখোল তায় 'তল লোই-রবরো?'—মপান্দগী হংলকখি সুপা অদু চওলকই; ঐবু উবমক্ত ওক্লা য়েংলকখি। ইনেত্তোন্না মমায় ইথাক হাইগত্তনা হায়-রকখি—'তারিবা, চংখরো হায়দু থরা, কৈদৌ'লাকইনো।'

সুপা অদু অমুক্তা ওম্না ওকখরে। সুট-টাই তৌদুনা লাক-লমত্রবসু ফগদবা, অদুসু তৌহৌদ্রে। সুপাদু ডাইথাক ওকচানদুনা লৈখি, রাদি ডাক্তলক্তে। এনা হায়খি—

—"ইনেত্তোন, ঐবু তশেংনা চংলো হায়ব্রা?" খুমলক্তে

তুমিন্না লৈ। অমুকা হায়খি ঐনা "করে ঐ চংখ্রগে। ওরাং-দগীনি চরা হেল্লক্লিবা; চাক লাম্বনা অমুক্তোইনা, অদুবু করে—" অসি হায়রুলগা চংলগে তোরুই। মতাং অসিদা হন্‌তোন কনাদসু য়েংথোক্লক্তুনা হায়রকখি—"তারিবা, সে দহৌ পৈশামরিগী লৈরুচো, থুরকউ বোরাসু খরা য়াওরকউ।"

সুপা অদু থিম্বুরমদ্রে চেনখ্রে। খোঙউপ লোৎথোকলগা পৈদুনা থমলিবা পোম্ভি মথক অদুদা কম্মুরে। ইনেতোনগা মায়য়োক্লে। ঐনা হায়খি—"ওরাংদগীনি ঐনা চারক্লিবা ইনে-তোন" তাবদা মমায় হঙস্তুনা য়েংলকখি, করি খল্লিবনো খঙদে, তপ্না হায়রকখি—"সিরাইদা 'সুম হাবিরগদ্রা...... ?"

থুমখি ঐনা—"হাবরা হাদবরা, হেক্তা পীরক্লো য়াম্না লাম-ম'ক্লাংনি"

মরু লুকথখি। অমুন অমুনবা তল অদু লোৎথোক্তুনা থম্মী। ঙাঙলকখিদে, থুমলকখিদে য়েংবা কাওবা য়েংলকখিদরে। পাকনা য়েংলক্লোই হায়বা ঐ খঙই। ঐ প্রমোদনি, হান্নগী প্রমোদ অদুমক্নি, মানা ঐগী ইনেতোন; রাকম অসি মঙোন্দা নীংশিংখি— কৌখি—'ইনেতোন

ঐনা কোবা মা তাদবা নত্তে। ঐনা হায়খি—"পাঙ্গীসু লৈখিদরে; নঙবু য়াম্না শোল্লম্মী ইনেতোন। হৌজিক্তি ঐগী হায়ববু নঙগা ইমাগতা ঙায়রে।"

মা করিসু থুমলকখিদে, ঙাঙলকখিদে। ঐঙোন্দা ঙাঙলক্লবা ঐবু মমাঙ অদুদা শৎ হিপথসিরা হায়বা য়ৌনা খল্লকখি।

করিগী থুমদবনো মানা, ঐনা কব্বি লানখিবা য়াওরবগে ? ঐনা হায়খি·

"ইনেতোন ! ঐ বি, এ, পায়রে। ইমানদি য়ুম-কৈ পায়বা তৌরসি হায়রি— নঙ তারিকো ইনেতোন— হন্দকী চহি অসিদা হোঙনবা তৌরসি হায়রি। বি, এ. অসিমক্তং লোইথোক্তি্রমখৈ-দি থম্নীংত্রি ঐদি। চুমদ্রবা ? হা ? নঙ থুমগে থুম্মু থুম্মোই তোকউ ঐগীদি হোঙবা য়ুকঙম ঙমখিরোই হায়রিবসিনি। ঐগী বা হায়বিনবা অা-দা কনামত্তা লৈতে। ঙাঙবিনবা লৈতবনা 'য়ুমম্নুম লাকশিল্লক্লি। নম-হাডুনা হোঙখিবা তারবদি ঐদি নঙোন্দা দোষ তৌগনি, ইনেতোন ; ঐদি করিমত্তা খঙদে হায়বিরিবসিনি, হয়েং হায়দে হায়নি।"

ইনেতোনগী তল তক্লিবা মখুৎ অদু তরেক তরেক তৌরক-পগুম তৌরকখি, মৈথক্তা লৈরিবা তল অদু কাবা হৌরকখি পোৎ লৈবা চৎখিবা মুপা অদু হল্লকপগী মখোল তাবদগী ভাব খংতা তারক্লনা তল অদু মথক মখা খংওন ওল্লি। মমাঙগী তল অদু তকপা হোই। মুপা অদুনা দহীগা বোরাগা পুরক্লনা ইনেতোনগী মমাঙদা থৈয়ে। ইনেতোম্না হায়খি— "ডুকান্দা লৈরুখো, তারিবরা ঙাইহাক লৈরগা চাররাও, খঙলব্রা ?" মুপা অদু ঐঙোন্দা হাইরপ য়েংলম্লগা থোকখরে। ইনেতোম্না খরিক য়েংখৎলক্লগা হায়রকখি—

—"সে, চাবা হৌরো।"

—"নঙগা চামিম্ননি।" — থুমখি ঐনা।

—"নত্ত হৌরো সে।"

—"হ! চামিন্নসি।"

—"ঐ চাখিরোই।"

—"করিগী?"

—"কোন্না চাগে।"

—"কোন্না হায়'বু কৈনো চাংন্নরনি।"

—"মা পীজ্নরগা চারগে।"

ঐ মখা তাখিদে। হৌগংলগা খোডমোজ্না লৌথোক্লে, কোট লৌথোক্লুনা য়ানশিল্লে; কদায়রাইদা কমদৌনা ফমসিগে খন্দুনা লেপ্লিবৈভদা মানা হায়রকখি— "অদৈ দরা অমা লৌরগ ফম্মো।" লৌরগা থাদুনা ফম্মে, চাবা হৌরে; চারিবৈভদা ইনেতোন্না হংলকখি

—"ইমাদি না য়েক তৌদেদনা?"

—"থোইদোকপা তৌদে।"

—"সিদদি কদায়দা থংলিবা?"

—"ষ্টেশনগী রেটিংরুমদা পোংচে থম্লম্মী।"

—"কৈদৌড়ৈ পংলৈ? ভরাং?"

—"ভরাং।"

—"মদা লৈ হায়বদি কনানা হায়' খত্তই?"

—"তেনা খংই"।

—"কেদৌড়ৈ চংক হায়বা?"

—"নত্তনা চংস হায়রা সুমিত্রা।"

মা তুংশিন লৈগ্রে, মমাগ অদু লুকথদুনা লৈখি। ঐসু বা তাক্তদে

ভাইহাক লৈরগা ঐনা হংখি—“চৎলোই হায়রিবরো ?”

—“কদায়দা ?”

—“য়ুমদনিদনা কদায়দা ওইনি।”

—“ইমানা হায়রকপরা ?”

—“ঐনা হায়রিবসিনি, ইমানা হায়বগা অক্মানি।”

য়াম্না লুনা খল্লম্বা মওং অদু খংয়াং য়াংলকপগুম্না উই, হায়রকখি—“নয়ুম নকৈ পাম্বা তৌখো ; অদুগা নঙনা হায়বা পূরমক খন্নবা য়াবগী মতম লাকখিনি।”

“য়ুম অদু ঐগীনি কনাগীসু নত্তেনা।”

য়াম্না ইংথবা মওংদা লেংলক্তুনা মাগী মত পীরকখি, ঐনা হংখি—“অদু চৎলোই হায়রিবরো ?”

খজিক মোমোন তৌরগা হায়রকখি—“বি-এ তমলেদি হায় অগা লৌশিংদি ইভা তাদ্রি প্রমোদ।”

“লৌশিং তাবা তাদবা চংমিন্নখিদবা য়াদে।”

“চাদ চাখোকখো।”

“ঐ চৎি কুন হেল্লবনি, জ্ঞান মেন নীংথিনা তারবা মীনি, য়ুমগী মপু ওইরবনি। ইমানা ইমানি। মফম অসিদবু কমদৌনা লৈহৌগদৌরিবনো!”

“নঙনবু শোয়দনা পুবিগদরনে ?”

“পুবা হায়ববু হেক্তা চংমিন্নখিদৌনি।”

ভাইহাক খল্লরগা হায়রকখি—

“নঙনা শোয়দনা পুবিগে হায়রবদি ঐ হায়রগে তাও।

ননেতোন্দি চৎলোই। চৎপা য়াদ্রে। ঐ অসি কনানো করি ওইরি নঙ খঙত্রমাল্লে প্রমোদ। ইয়ুম থাদোক্কুম্না লাক্লবীনি; ইপুরোইবা লৈনা লৈনা অতোপ্পা মুপা'মগী মনাক্তা লৈরিব'সিনি, মাগা লৈমিন্নরম্লিবা অসিনি। নঙদি খঙলমদবা য়াই, ঐদি য়াদে। নমিৎ উইশিন্দুনা খল্লু. ঐ অসি মওং অমা ওইখ্রবীনি, পাপ্তুনা ভুল ওইনা তাখ্রবীনি। ঐনা লঙজরুবা পাপকী ফল অসি নঙোন্দা থোনগৎলুবা ঐ পামদে। অদুগীসু মথক্তা হৌজিক ঐগা লোয়ননা লৈমিন্নরিবা মী অসিবুসু করম্না থাদোকনি? ঙম্মোই। ঐগীদমক্তনি হায়দুনা মানা রাখিবা ঐ কাউফম থোক্তে। মহাক অসিগী মিন্নুংশিতনা ঐ হিংলক্লিবনি, শিখিরম্বা য়াবনি, শিজখিরম্বা শোয়দবনি অদুবু পোকঙমদবা মপোক্লি, হৌনদে তৌহৈদে খল্লবদগী ঙসি ফাওবা হিংলক্লিবনি। কনাগী মতেংনা লৌশিং অসি লাকখিব্রনো নঙ খঙব্রা? মহাক অসিগী মতেংনা হিংলক্লবী ঐনি, মাবু থাদোক্লম্বদি ইথরাইনা য়ানীংদরে—ঙম্মোই প্রমোদ। পাপ তৌরুবা ঐ চিংনদে অদুগা তৌবিমল খঙদবী অমদি ওইরুবা ঙম্মোই-হৌনদে। প্রমোদ নখোয়না ঐবু শিখ্রে হায়না লৌরমত্রিবা করিগীনো। 'সুক য়াম্না ওৎলিবা নৈরিবা করিগীনো?"

অসিগুম্বা কল্লবা রাঙাও মমাঙথক্তা অমুক্তা তাখিত্রি। থমোইদা অনৌবা থোনা অমা লাকখিবগুম উই। নত্রবদি মপূন্সি অদু লম্মখাঙদা লোইশিংনজখিরম্বা য়ারক্কী রা লৈ। ঐ চাবা থকপা লোইরে। কোল্লিক বাইরম শেংবা লোইরগা

মানা হায়রকখি।

—"৩ ৰৌক্তিকমক্তি চংখিরোইদবা নত্রা?"

—"চংখিরোই।"

—"অদুদি মপান্দা তুকান ঙাইহাক্তা শণ্ডলুচো। মঙোন্দা চায়রো হায়য়ু। কুইরোই। ঙাইহাক পোথায়গা মুংশা য়েমলবা মতমদা চংলু। ঙাইহাক পোথাখো।"

মুপা অদু থাজিনখে। তুকান অদুদা ঐনা কমগদবসি কদায়দনো! মৈতালগী মৈতাল ঙাক্তা। বোরা মচা অমা লৈরম্ব'দুম্ব মৈতাল ফৌনখরে। ঐ কন্বা তমখিদে, মমাও অদুদা ঙাহৌ ঙাহৌ চশোক্তুনা লেনখি'।

লৈরমলিবা কোরুপ অদু খণ্ডরপনি। মুখিং পওকুই কুইনা থোক্লমগনি হায়বা থাজদে। মুংখিল পোপোরা অহিং ওট, অহিংদদি কমদোরমগদগে খনবদা মম্মৈ। ঘুমনি হায়তুনা তৌরিবত্ত পিশক পিশক পিকপা কা মচা অমমম্না লোইরে। মতুদা তুকানম্ব ওই, চাকম্ব থোংই, তুমম্ব তুমই। য়োম্লিবা পোংম্ব হোওথ, হোওবা ঙাক্তা য়োম্লি। উইহেমক্তা য়োম্লবম্ব কমলা, থুইরবা ঙাক্তা ওইমা তৌই। কোরুপ অদুদা লৈরিবা মীওইম্ব খোঙউপ ফোংপা, শম ককপা, ফুরিং অমল-অকায় তুবা মীওই ওইমা তৌই। মফম অদুদা 'স্বগ' হায়বা অসি কাওবা অথুবা লখেল অমগী মখিং ওইরমগদৌবোই নীংনৈ; মুংখিলবুদি অহিংনা মমল য়াম্না লৌনরমগদৌবোই নীংই। অমুম্না ইমে· তোয়া লৈরিবা অদুগী নাক-য়েং য়েংদুনা লৈরিউ মতম অদুদা

ঐবু চঙলক্লো হায়না কৌহল্লৈ। চঙলগে তৌরকপা মতাং অদুদা লুপা অদুনা পাম্বোম পায়দুনা থাম্লগা ঙাইহাক্তা ঙাইবিরম্মু, হায়রম্মী অদুগা হৌদুনা চেনখ্রে। হল্লকপদা খা মতম অমা চেনা রোমদুনা পুরক্লুনা পীরে, ঐস্লু লৌই। মানা হংলকখি—

—"হিদাকমনা?"

—"য়ারনি, ওকচরে।"

কোইনবা হায়বসি লাপথোক্লবা মতৌনি হায়বগী-মওংনি, ফুরিৎখাওদগী কৌতা মচা অমা লৌথোক্লগা হাংদোক্লুনা লাবশিল্লকই; হায়রকখি——

—"বিনারসকী (বনারস) মনানি তৌবিয়ু বাবু।"

—"অ..................ঐ— "

—"বাবু সেরদা লুপা (অমুক) তাবা অশেংবা বিনারস মনানি, মহাও য়েংবিয়ু।"

সেরদা লুপা কয়া পীবনো অশেংবদি নীংশিংবা থোক্লে। হিদাকমনা অদু ওথাক্লা ফরম্বা য়াই। মানা হায়মল্লবা অদুদা ঐস্লু লৌদবা ইকাইশল্লক্লে। চাদে ঐ লৌররোই হায়রবা অদুদা মানা হে হে হায়না নোকখি।

ঐনা চঙখিবদা ইনেতোম্না ফি খরা অদুনা কমুত মচা অমা শেল্লদুনা কম থারম্মী। ফিপ্পদা মোননা থোক্লবা হায়দুনা পোম্ফি খরা অদুনা থারম্মী। থারপ থারম্মী। ঐ চঙলকপা উবদা হায়রকখি—

"লাও, ঙাইহাক পোথাররো।"

"চাক চারবরা ?"

"চাত্রি, চারনি, ভাইহাক তিংথোক্লরো।"

"চাথোক্লো।"

"চারনি, হিপ্লরো লাও।"

ফম্মুরে। মোন অনিথক পীরম্মী, হায়রকখি— "সে পোশ্বারো।"

"পোশ্বাগেনে।"

কোল লুথাক অদু ফেঙদোক্লগা লৈহৌবা লেমহৌবা থর অদু থিদোকখি। ঐনা মত্তোম্দা মুম্না য়েংবা উবদা হায়রকখি—

—'য়াওখিসি লাওদনা।"

—"ঐগীদদি য়াওখিদে নঙদি।"

—'ফরে অদুদি—"

—"তো! ঐগা চামিন্ননীঙদে হায়বা নঙ।"

—"চামিন্নবা য়াবা শকওই নত্রে—" হায়রন্নগা পুখম মচা অদু পুন্থনা কাচিন অমদা ফমপ্লে। চাবা হেক লোইবগা ফম্না ফম্না কোল ফেঙবা হৌরকই। ঐনা হংখি—"কোননা ফেঙবা য়াত্রো তৌরিব'দুবো ?"

"লোইরে, ভাইহাক্তনি।" খুমলকখি মানা।

হিপথরে। মায় অসি মোম্দা চেপ্পপ উপশিন্নগা ভাইহাক উরোরোল তৌগে খল্লি ওবমথৈহু হোৎনখি। মতম অদুদা ঐ ইশাযকপু অমদি ইশাগী ইশাগী অশেংবা ফিডম পুমকাউ কাউ-থোকখি। মফম অদুদা কুইনা লৈগদবা নত্তে হায়বা খল্লুঅসিবা

য়ৌনা ওযবিদে। মকম অহুদা লৈরক্রবা মীদা মীওয থনখি। কোলেজগী য়াকম, মুহোং—থোওদোংবগী বাথল ঐগা করিওবা মরি অযস্তা লৈনম্রবগুম কাউংথোকথরে। লৈরিবা ফিভম অহুদা পেল্লবা তুংগী করিসু খনুম্রবা মওংগুম ঐ লৈখি। অহুম্না মীত্তি উইশিল্লগা পুংতুম তুমথখিবসু নত্তনা, জ্ঞান তাবমকসু নত্তবা, মরক্তা তাউহুনা লৈরিবৈ অহুদা ইনেতোম্না কোয়কখি—

"তুম্বররা ?"

"তুমদে।"--হন্নহুনা য়েংখিবদা মা লৈপাক্তা য়াম্না নক্না ফম্লমী।

"ওাইহাক উরোরোল তৌ।"

"খবক লোইরবরা ? অতৈ লৈরবরা ?"

"ঐগীবো ?"

"লৈরগনা— ।"

"খবক্রবু বাৎপা অমুক লৈবরনে, কোম্না লোইশল্লগে, অহুদা নওগী—"

"কোম্না তৌরো ওাইহাকসু লৈতানা ফম্মিন্নসি।"

"কোম্না তৌরগে হায়হুনা কম্নরিব'সিনি।"

বাহং কয়ামুক হংনীংখি। মানা ওসি ফিভম অসি মা মশানা শেমজখিবা নত্তে হায়বা অসি ঐ য়ানীংখিদে। অহুবু য়াম্না মুংওাইনা পামজনা হায় হায়গী মওংগুম লৈরম্বা উবদা ঐগী মিথুংশি থোইদোক্না কায়খিদে। করিদি তেক্লগনি— ? খরদি তৌরগে হায়রগে হায়বগী মওংদা ঐনা হায়খি—

"ইনেভোন।"

"কৈনো তাম্বিনে।"

"ইনেতোন ঐ .ভাব অমা তাবা ওমদরে, নওনা লৈম্বিবা মফম অসি জুংগাৎ কম্না চাদমালেদা।"

"কনানা চায় হায়বগনে? অদুবু থম্না ফংলিব'সি য়াম্না ফম্বিবা ঙাংনি।"

"ফংনদবস্থ কোঙ্গায়নি। কম্বিনো নওনা ভাব তাম্রিবনা?" —বাহং অসিগা লোয়ননা মামা ইবোন্দা ঐনা হৈনদবা থিৎ-য়েংদা য়েংলকখি। ঐনা হংখি—"'সিদা 'স্থম লৈরগম্রবে। কয়া কুইনা লৈবা ওমগদৌম্বিবনো ফিভম মতঃ অসিদা?"

"ওসি ফাওবদি লৈম্বিদনা। থম্না লৈরগা ঐ লৈম্নদবা য়াই. অতোপ্পা অমা লাক্কুনা লৈরগনি। অমা লৈরম্মী লৈ-খিদরে কনানো কম্বিগীনো কনায়' চংখ্রে হায়না কনাবস্থ হংল-য়োই। মফম অসিদা লৈবা য়াবা লৈংগে হায়ম্বিবা মীওই অসি ওস্থোক্না য়ামথুবা ঙাংনি। তুংগী বা হায়বদি ওমদে অদুগা কুইনা লৈবা য়াগনি হায়বদি থাঙ্গদে।"

"কম্বিগী, কদায় চংকদৌম্বিবা?"

"কনানা খঙগনি।"

"কম্বিগীনো চংকদৌম্বিবনা?"

থজিক মোমোন তোমগা হায়রকখি —"মুপা অসিনা কয়াবু কুইনা থম্না ওমগদগে? কুইরোই। নোংমদি থাদোক্রম্বনি শোয়দনা। অতৈভদি ঐগীস্থ লোইরেদনা।"

"অদুদগীদি কৈদোবা তারবা?"

"কৈদোবা তারবা কনানা খঙগনি। হোৎনরুদুনবু খঙবা ঙমনব্রনে? অদুগা ঐনা খঙজবা অমদি লৈ।"—হায়রদলগা তুমিন লৈখে। ঐনা চিংনরূপ হংখি—"করিনো?"

"লমচৎ থাদোক্তুনা পৈশা তানগে হায়বদি হোৎনরোই সিদি থাজো।"

তাবদা মীপাইদবা ঙমখিদে। ইনেতোম্না মথা চপ্থরকখি—"হকচাং পীরুরবা মী অদুদগী শেল লৌরুবা হোনদে; করিগী লৌনরিবনো খল্লুবদা মম্মী। মতাংনা য়ারক্তুবদা ঐন্দ্র পীবা ঙমগনি অদুগা লৌরুবদি থব্রাইনা য়াদে। দান তৌবা হায়বসি সুপীগী ধর্ম্মনি। ধর্ম্ম অতৈ করি লৈরমখিগদগে। থমোয় পাম্লিবা মী অদুনা হকচাংস্থ শোয়দনা পামগনি। মতৌগী ধর্ম্ম হায়ববু অতৈ করি অমুক লৈরিবগে? অদুগা ধর্ম্ম অদুবু মমল লৌদুনা য়োনবদি—ঙস্মোই, ঐদি সুকঙম ঙস্মোই। অদুগী শরুক্তা ঐনা পাম্বদি, ঐদি -।"

পুম্নমক অসি মশা মথস্তুদা ঙাওজবা ওইনা তৌই। ঐনা কায়খি—"ইনেতোন নঙ শাউদি শাউপ্ত ঐ য়া'মা হংগে। অসিগুম্বা মওং অসিদা লৈবা তাররিব'সি করিগীনো? মামা অদুবু থাদোক্তুনা লাক্লিবা করিগীনো?"

ইনেতোম্না শকফম থজিক হঙ্গিল্লগা য়াম্না জংনা হায়রকখি—"নঙোন্দবু ঐনা করিগী শাউরগনি। ঐনা থাদোক্লম্বা নত্তে মানা থাদোক্লরবনি। সুপীগীদি মপুরোইবনা লোইরে হায়বসি

ঐগী বাখলনি মুপীগী ধর্ম্ম হায়ববু মহাক্তি। অদুগুম্বা মপুরোইবা অদুনা পাম্বিরক্ত্রবা, খজিক্তা ফাওবা খনবিরক্ত্রবা, ফজা ফাওবা য়েংনীংলক্ত্রবা মতাংদা পুঙমচ্রবা পোৎলুম অমা ওইদুনা লৈরুবা অসিবু মপুরোইবা নীংবী মুপী অমগী ধর্ম্মনে প্রমোদ, নঙস্ম খল্লু। ঐবু উবদা মগাকী মমিৎ নারে। মহাকী মুংঙাইনবগীদমক মঙোন্দা থাপ্তোক্লা লৈবা হায়বসি ঐনস্ম য়ারে। মানা হায়খি— 'ঐ নঙগী নপুরোইবা নত্রে।' অসি য়োৎববদা মনাক্তা লৈদুনা ওৎলুবগী করি অধিকার লৈবগে। মপুরোইবা নীংবী মহাকী মুংঙাই য়াইফনবতা খনবী মুপী অমনা—।"

"করিগীনো অদুদি করি তৌনবদগীনো?"

"করি তৌনবা হায়ববু সুমদোবনি - লুহোংলে। হোলঙবা মতুংদা মমাঙথক্তা তৌখিবা পুন্নমক য়াম্না মুন্না খল্লে। মীনম্বা হায়বা অসিদি পাপকী মশক্তি হায়নাখল্লে, পাপ অসি অমুক হন্না তৌররোই হায়না চপ লেপ্লে। লৈশারিঙৈগী বানা লৈশাঙৈগীনি, দোষ পাইনা লৈতে; অদুগা লুহোংলবা মতুং অসিদদি মহাক নত্তনা অতৈ অমা খল্লুবা তৌহেত্রে হায়না খল্লে। হৌজিক্তি মঙোন্দা পুমকং কংথোক্লে হায়না লেপ্লবনি। মঙোন্দা ঐ অসিবু পুমকং কংথোক্লপা য়ামবগীদমক থমোয় শেংবা তাবনি, শেংহন্নবা শেংদোকপা তাবনি।— প্রমোদ নঙ শীলাগী মবুং অদু খঙইদনা-?"

ঐ থুমখিদে, য়েংবতমক য়েংখি। ইনেত্তোম্না মখা চথরকখি।

"মানা চিঠি অমা থারকখি —ঐনা নঙ মামগীদা লৈররবা মতুংদা। করিস্ন থোইদোকপা ইরকপা নত্তে, ইচম চম্বনি— 'ঐ হেজিক

সিঙ্গিল সার্জন ওইরে। লুহোংত্রি, হোঙবস্তু হোঙনীংত্রে। নঙ লুহোংলে হায়বা পাউ ভারে ; মুংঙাইরে। মুংঙাইনা পাল্লু। ঐনা ভৌবা য়াগদবা থবক ইথাং নৈয়বস্তু মহায়রকউ”—’সিদনি ইয়ক-খিবা। চিঠি’দু পারুরগা মওল মওল খল্লুই। পাউথুম ওইনা ঐনস্তু অমা ইখি ‘চিঠী ফংজরে। মতুংদা অমুক থাবিয়ক্লবশু য়ারনি মুংঙাইনা নৈবা হেন্নবা হোৎনজরি।’ থাক্রিবৈগী মমাংদা চিঠি অনীমক নঙগী মামদা য়েংহনবা চুম্মী, খন্নবা ভাম্ন-বা হায়ব’সি তেৎনফম থোকপনি। হংলুরে, ঢা-নরুরে। অতুবু মাদি ইহৈ হৈনীংদনা উই। ‘ভাম-ফম থোক্কে, ভাহককস্তু ‘শুমাইনা ভৌগদবা নৈরবদি ঐঙোন্দা করিগী হোঙলক্লিবনো?’ — হায়না শাউনা চৈরকখি। ঐ করিশু থোইদোকপা খুমলমদে। সুমিৎ অদুদগী হৌরে মানা ঐবু ঙাৎ অমা ওইনা খনখিবা। ঐনা মঙোন্দা হঙ্গত্তুনা শাউরুবশু শুমখিদে শাউরুফমশু থোক্তমান্নে। ঐবু থওইনা ভৌবিরক্তে। ভৌবগীদি মদুনশু মতিক হেক চাবনি। থৌওইবিদবা য়াদে করম্না হঙ্গত্তুনা হায়রুনি? মওং অমদা ওইনা ঐবু ইংস্নোক্লে। মতম খরাদ ইথুৎনা নোমজরগা ফংনকপা থর’দুনা লেপ্পরম্মী। মদু ফাওবদা ঐ অসিবু শুকউ উনীংদবা, ঐ নৈরগা মঙোন্দা য়াম্না মুংঙাইহবা মওং কয়া উরক্লে। নোংমা হায়রুই —‘ঐ নৈবা অসিনা মুংঙাইরোইদবা নৈরগা ঐবু কদায়-দনোমা চৎচখে্র হায়……।’ লোইকাক্লিবৈদা খুমলকখি— ‘অং, চৎখে্র, নংগাংদা চৎখে্র।’ ঐনা খুমখি— ইপামদগীদি পুমলোই লোইনদুনা থোক্লরবনি ; নহাক্লা য়ানা চৎপদি ঙম্মী অদুগা

য়াবিত্রবনিনা ইপামদসু লৈকম লৈত্রে। থুমলকখি হানা 'অদু ওইরগা নত্ত' থোকপা চংখ্রে।' ঐনা অমুক হংখি —'কদায়দা কমদৌরুগদৌবনো ?' হায়রকখি —'থঙদে ঐ। চক-চক ভাঙলমু।' নীনি হুপ্পি মতুংদদি ঐ অসি মাগী কাংথদা চঙবা লিল'হু মঙাইখ্রে। নোংমদি য়াম্না ফিংনা শাউরংননা চঙলক্লগা হায়ররে— 'লাক-ও ; চংলসি থোরক্লো।' মহাক্না হায়বতা ইনথ্রগে হায়দুনা লেপখ্রবনি। মানা ঐবু পুবিরে অত্তগা শহরগী কাচিন অমদা কা মচা অমদা থম্বীরম্মে। চত্তদবা য়াদবা পোং অহুম মরিদং পীরম্মী অসিনি বারী হায়ববু।"

ঐ ইনেত্তোনগী মমায়দা মিং কুপ্তুনা য়েংতুনা লৈ। বারী অদু তম্বদা থোইনা রাবসু তৌদে, মুঙাইবসু তৌদে, হান্ন-হান্নগীদু মঙাই। থোকখিব্রা থোদোকশিং অমদি ওইখিব্রা ফিভমশিং অদুদা করিসু মুংনাংখিদবগুম তৌখি। ঐদি ভাবদা য়াম্না মুঙাইখিদে, হায়খি—"য়ুমলোমদা লাক্লিব্রা করিগীনো, মুপা'সিগা মফম'সিদনা করিগী লাক্লিবা।"

ইনেত্তোম্না ভাইহাক থল্লগা হায়রকখি—"করিগীনি হায়সি-গে প্রমোদ? য়ুমদা লাকপদি ঙমদরে। অমুক লাকখিবা অদুনা অদুম ওক্লে। মুপাময়ুম্না য়ারিবমথৈ ইপাম্নসু য়াই; য়ারক্তবা মুমিত্তগীদি ইপামগী মরিসু কক্লবনি, চুমদবরনে ?"

ভাবদা ঐঙোন্দা ওক্লা থোকখি। করি হায়রিবনো হায়বা ঐ মুম্না থঙবা ঙমখিদে ; শাউদুম শাউনীংখি। হায়খি—"করি বানো অদুদি ? নয়ুমদা লাকপদি য়াদবা অতোপ্পা নিপা অমগা 'শিদা লৈমিন্নরবদি য়াবা—করি নিয়ম্নো ?"

"যাই। করি নিয়ম্নো হায়বদি ঐস্ম ভাব তাদ্রি অদুগা মুপা অসি লমলানবদি নত্তে।"

"করি নত্তনি।"

"নত্তে ঐনা লৈমিন্নরিবা মও' অসিবু অতে'প্পা ওইনা উত্রনে ?"

"অদুদি নপুরোইবরা ?"

"মানি খঙদে, নত্তে খঙদে হৌজিক হৌজিকমক লৈরি-ব'সিদি মাগী সেবা তৌননবগীনি।"

"সেবা তৌননবগী ?"

"সেবা তৌননবগীদমক নি। হূই হৌদোং থাদোক্লম্বদোনা খূনা মমুবা কা মচা-অমদা হুন্দোক্লম্লবী ঐনা ঙসি ফাওবা কিংদুনা লৈরম্লিবা অসি কনাগী মত্তেংননো নঙ খঙদ্রে প্রসাদ। হিকলুদুনা কাম্লদ্রে. পুন্সি অসি লোইশিল্লগে হায়না চপ য়ুংলুরবনি। পোক-ঙমদনা পোকপা জীবনি পীবা ঙম্লদ্রব থল্লাই লোজবগী অধিকার অসি কনাদস্ত লৈতে হায়বা বাখল অমা শল্লকখি, লোবা তারদুনা লৌখিবা তারবস্ত পীনবিরম্ব' মহাক অদুত্তনা লৌগদবনি। লৌগে থৌরাংলুবী ঐবু কনানো। লৌফম থোক্তে। চাদ-থক্তবনা অরাম থৌরাংহদগী শিজত্রবদি খঙদে অদুগা ইথম্নত্তা অত্মাঘাত তৌবদি তৌথুরোই হায়না লেপ্লে। মুমিৎ হুম্নি চুপ্পা চাদ-থক্তনা তাদুনা লৈখি। হুম্নিশুবা মুমিত্তা, কনানস্থ হল্লা য়েংবিদ্রবদা মুপা অসিনা চঙলক্তুনা করি করম তৌরিবনো

হংলখি। 'সিদা অকায়বা করি লৈবগে? ঐগী ইশক ইত্তৌ উবদা মাদি মীহৌখ্রবনি অদুবু মতোন্দা মরাল শীরুবদি ভমদে। অপনবা খুদোংথীবা কোঙ্গাই মায়োক য়াদুনা ইনাক্তা চঙলক্ল-বনি। মাগীস্তু হাম্নগী মুপা অঙাং লৈজরিবনি। মুংশিরবা মাগী মুপী অঙাং ওই ওইনরম্লগা ঐগীদা লাকখ্রবনি। লোম্না কয়া, ফোংবা কয়া অঙম্বা মতেং পীরকখি। মুংঙাইনা লৈজরম্বা মাগী ইমুং নোংমা নোংমগী মাঙ তাকশিল্লক্লে। হূরান্দুনা মতেং ওইনা পী'র হায়রিবা পোৎ অসি অতৈ করিস্তু নত্তে. মৈতালনি। বোরা বোরা পুরক্তুনা ইনাক্তা থম্লে, ব্রা অনী মরি ভাঙলম্লগা চংখি। মমৈদদি ইনাক্তা লৈররে।

"তশেংনবক ঐ শিজরম্রোই হায়না লেপখ্রবনি। হিংনাংবগী আশা থজিক তৌরকপা মতাং অদুমক্তদা মুপা অসি ঐগী ইমাঙদা লৌপ্ল। নঙস্তু খল্ল্ প্রমোদ. মুপা অসিদা মায় ওনশিল্লোইদবা করি লৈবগে? মানা পা'রবা মতেং ঐ লোদবা ভমখি'দ নঙ উরেদনা মুপা অসে, ঐগী ইশক ইত্তৌদা পুমঙাও ঙাওখ্রবনি. ঐনা হেক হায়রিবমখৈ য়ারবনি। ময়াই কাখ্রবনি। মতৌ উরগা মীচংশি পোকই। নঙ নহা ওইরি করম্না ভমগনি। শম্না হায়রবদা মহাক ঐঙোন্দা পুমঙাও ঙাওখ্রবনি। মথৌ কাউখ্রে ইমুং কাউথো'ক্লম্লে ঐবু ফংনবা লাক্লবদা পুম্নমক থাদোক্লম্বদা করিস্তু চি'নবা লৈখিদরে। নোংমা হায়রৈ—'চেল্লসি লাকও।' মতাং অদুদা ঐনা ভোগদবসি করিনো, করি হায়রুগনি? জ্ঞান তানবনি হায়দুনা তাক্ল.বা তারবদি মহাক মওং মওং তৌরকপগী ব্রা লৈ ঐবা

তপ্না হংখি—'কদায়দা চৎসিগে ?' খুমলকখি মানা 'নঙনা পাম্বা মফম অমদা হেক্তা য়াই মুংশিবী ; ঐগী হায়ববু •ঙনা হায়রগা লোইরে পাম্বী।' ঐ অসি মাগী মুংশিবী ওইখি পাম্মুবী ওইগ্নি হৌজিকসু মানা মুংশিবনি হায়দুনা তৌরিব'দু মুংশিবা নত্তে মীহৌবনি, কামগী ইরাংনি হায়বা .মাদি খঙজদে, ঐদি খঙই। ঐনা মাবু মুংশিরুবদি হায়রুমু ; কি-তুক্কৈচে। অদুবু পৃম্নমক ঐনা শিঙ্গরুবনি। মাবু থোক হেক ইস্তোকলুবা য়াখিদে—হেক য়ারু-দবদা মা ওস্তোক ওস্তোকপা মওংদা মাঙন ভারুবা তৌরকপা য়াই ; মশা মথন্তা শিঙ্খিবা য়াই ; মথৌনা লৈরগা ঐবুসু খুদক্তা লোইশিল্লম্বা য়াই। মতৌ উবদা মীমুংশি পোকখি ; কয়া য়াম্না পোকখিবগে হায়বদি ঐতনা খঙই। ঐগী খজিক্তুং লৈজবা পৃম্নমক মঙোন্দা পীথোক্লে, শিম্নরে। অদুদগী লৈরিবা লম অ'সদা চৎলসি হায়না ঐনা হায়বদগী লৈরম্লিবা অ'সিনি। মফম অসিদা লৈরগা নঙগা খরদি নকশিল্লে ; নোংমা নত্রগা নোংমদি নঙবু উবা ফংলবা য়াই হায়না খনখি।"

ঐগাক ইনেহোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। পৃক্লিং অসি মরাং মরাংখি, মওং মওং খল্লকখি। ঐনা খনখিবশিং'দু করি করিনো খঙখিদে। ইমাগদা ফম্লিবা লমচৎ নাইত্রেবী মুপী অদুবু মুংশি-সিরা হঙ্গোইসিরা ......... ঐ খঙখিদে। কল্লবা থমোয়গী ওইবা মিৎয়েংদা য়েংলক্লগা মথা চপ্পক্কখি—

"অদুগা নঙনা ঐবু কোইথি থিরক্লুনা উম্নরগনি হায়ব'সিমদি মঙদকাও খল্লুদে। ঐনা খল্লবদি নঙবু অমুক্তং উগে ; মতম

ঙাইগে; উদ উনীঃলক্লবা মতাংদা কন্না হোংনরগা অরাপ্পদগী অমুক্তুংদি উনবা লাক্লগে হায়ব'সিনি। প্রমোদ নঙদি ঐবু তুকচরম্লবা য়াই। অদুবু ননেত্তোম্নি খন্দুনা.........।"

ঐ থাঙবা ঙমলক্খিদে; চেনকম লৈরবদি ঐবু ফুক হোগত্নুনা চেনখ্ সিরা হায়বা ফাওবা খনখি অদুবু ফুম্বংনরক্তুনা লেঙদনা ফমদুনা লৈ। য়াম্না শাউনীংখি অদুবু লাউবা খোংবা, কপ খোংপদি ত্তৌরুদে। মানা মখা অমুক চত্থরকখি—

"..... প্রমোদ, ঐগী ফিভম নঙ উরেদনা। নঙোন্দা করি থুপলুগনি. গর্ভগী অঙাং অসি নুপা অসিগীনি।"

ঐ মায় অসি হঙ্গংপা ঙমদে, মোন্দা উপশিন্দুনা খাঙখি হায়রকখি —

"নঙ হঙ্গোইরবরা? হঙ্গোইনিঙাইনি। অদুগা অমনা, নুপাসিনা ঐবু থৌওইরক্তবা হেংবে, মাগী হান্নগী নুপী অঙাংশিংদু নাংশিংলকপা তৌরক্লে। ঐবু থৌওইরক্লোই, নোংমা নত্রগা নোংমা থাদোক্লমগনি হায়বসিদি মানা ঐবু ফংননবগীদমক্তনি হায়দুনা পুম্নমক থাদোক্তুনা ঙাওরকপা মতমদুদগী হৌনা খঙলবনি। ফরে চৎচখ্রসনু। মাগী নুপী অঙাংশিংদু লৈফম চাফম খঙলম্নরোই খল্লুবদা নুংঙাইতে। ঐনস্থ চৎখিনবা হোৎনরবনি। ইশা ব্লাইশংদ্রবনি ঐ; অদুবু ঐগীতা ঙাকস্ত খনবা চুমদে। মাগী হান্নগী নুপী অঙাংশিংগা শোয়দনা উন্নহল্লমখিগনি। মাস্থ ঙাওবা খর খর ফরক্লে—জ্ঞান তারক্লে। ঐ অসিবু মাগী পুম্নমক্কি হায়না খল্লঘত্তু তোক্লক্লে, লমচৎ নাইদবী ওক্তবীনি হায়না লৌবা হৌরক্লে।"

মোন্দা মায়'সি শুক্সিন্দুনা খাওলগা পূন্নমক তাখি। অচুক থরাই নুংঙাইতবা নুমিৎ য়াওখিদ্রে। রাথলগী ওইবা ঈহৌ কয়ানা থরাই অসি থক-থক নিকখি. নুংঙাইমনখিদবনা পি মরিক অমা ফাওবা তারকউ হায়বা য়াখিদে। অদুবু পূন্নমক তানবদি য়াখিদে।

……"থা অমনী মঙাইরে মানা নৈগে হায়না লৈরবদা; চৎখ্রগনি শোয়দনা। করিস্থ থয়ম্মোই, পাই অমফাওবা পীরম-লোই হায়ব খঙই। পৈশাগী সংসারনি হায়বা মা খঙই এনা তুংশিঙ্গহৌবা থরা অসিনদি নোং-নীনি মঙাই চৎনরবদা। মহাগী নুপীনি মানা থোকপা তৌদুনা হিংজহৌগনি হায়না খান্দাক-খিগনি। পূন্নমক ঐ খঙই। মতাং অদুদা ঐ করি তৌগদগে হায়বস্থ ঐ মুন্না খঙই। অদুদা গর্ভগী অঙাং অসিগী খনবদা·"

স্বর শাংনা অমুকুং হেন্থররল্লগা অমুক হায়রকখি। "থোক্লবা লাকনি। ঈশ্বর লৈরিদনা; পূন্নমক মগাক্লা শাম্লিবা তাংলিবা ঙাক্তনি। ঈশ্বর মহাক লৈনা লৈনা ফনাদা চঙজরুগনি হায়বগে।"

ফনা কুইনা তুমিন্না লৈরুরে, ঐস্থ মোন্দা মায়সি উপশিন্দুনা য়াম্না তন্না লৈখি। মতুংদা ইনেতোম্না হায়রকখি

"প্রমোদ, অসিন'ন ইনেতোম্না হায়বদি, ইনাক্তা লৈরিবা মথৈদি নুপা হসি অতোপ্পা লমলানবা নত্তে। ঐগী হায়ববু মানি মাগী সেবা তৌবা মতাংদা শোয়খি লাকখিদনবা কম্না হোৎনরি—'সিবু নত্তনে পতিব্রত হায়ববো?"

ফনা কুইনা অমুক তুমিন লৈখি রা ঙাওনখিদে। উন-রাই-মুক চিক্লবা মওঃ অদু থ্রগাইদুনা ইনেতোম্না হায়রকখি—

"প্রমোদ, নঙ তূম্বা য়ারম্নরোই। হায়বা হৌনদবা কয়াম্থু হায়দোকখরে। হৌজিক্তা ঐগীনি হায়দুনা লৈরিব'সি নঙদা মঙাইরে অদুগা নঙোন্দদি পূম্নমক হায়দোক্লোই হায়বা ঙমদে। ফরে, অদুদি পোত্থারো ঙাইহাক। ঐ অবাংথংবদা অঙাং অমত্তা য়েংবিরুখগে. ঙাইহাক উরোরোন তৌ।"

ঐ লেঙদে, হাইদে-হুমদে, ঙাঙদে ; ইনেত্তোন হৌগত্তুনা থোকখি।

## ৬

ঐ তূমথবা য়াবদি হায়রুম্নু মিপাইবা অমা য়াওরক্লে। মাগী ব্রাম্নী'গু তাক্লরগা ঐ তপথবা ঙমখিদে। মফম অদু য়ারিবমখৈ থুনা থাদোক্তুনা হান্নগী নাখোঙ শাদবা, ইশাবু হন্না হন্না খিরুবগী দরকার লৈতবা মফম অদুদা চৎলবতদা ব্রাই শংগনি হায়না খল্লক্লে। ব্রাহং ময়ামগী পাউথুম থিবদা কোক অসি চিংথাইরকখ্রবোই নীংলকখি।

হৌজিক্তা ঐনা তৌরুগদবা অসি করিনো। মোৎলবা কাথু অমদা মরমচৎ মফম মরাং খঙদ্রবী মপুরোইবা থাদোক্তুনা লাক্লবী অমনা পতিব্রতগী মরমদা লিশাংশিংনা ঙাঙলি ; অদুগা লাইরিক লাইশু ঙৈরবা মুপা অমনা য়াম্না ভাব তানা তারি। মাবু হঙ্গোলগে, মাঙোন্দগী থাপতোকে হায়নদি হোৎনত্রদুনা মঙোনলোমদা থয়াই হকচাং লূপথখিবগুম, মঙোনলোমদ চিংশিনখিবগুম তৌরি। অঙকপা খাঙ্ঙমদবা ব্রাকমনি।

হ! চুমজ্রে। মফম অসিদা পল্বুবা চুমদে, চৎথিবনা করে। মা মুমদা চৎসি হায়বা য়াজ্রে। ঐনা নমদুনা পুরুবসু ওবা নত্তে ওম্মোই খোঙকম-অমা কাওবা চুমথোকপা ওমগনি হায়বা থাজজ্রে। য়ারয়োই, মুপয়া য়ারয়োই. করিসু তৌরুবা য়ারয়োই। মাগী য়াখল অদু শেয়ায়খরে। শেমদোকপসু পামখিদরে। মসিদা করিনো ঐনা শেমদোকলুগদবা? শেমদোকদৌরিবা অসিবু মারা, ঐরা কয়ম্বনো ভাব অমা তাশিল্লক্লরে। ঐ বী. এ, পাশ তৌর-গদৌবা, মী অমা ওইরগদৌরবা মীনি, য়াখল য়াংনা খনগদবা গুন য়াম্না চেলহনগদবা, মী অমা ওইগদৌরিবনি। ঐনা অনেম্বনি অতোনবনি হায়না খনবা মফম অদুদগী অচুম্বা ফংগনি হায়বা থাজখিদে, অচুম্বা লৈরম্বা তারবসু ঐনা য়ানীংদে। ঐদি য়াম্না চাউগদৌরিবা মীনি।

হীপলম্বদগী ফুক শৌগৎলে। থারম্বা ফিশিং অদু অমমম হুগত্তুনা থূপচিল্লগা ইরেন থয়ে। পীক্লবা কা মচা অসিবু তরু তরুনা মতা চানা লোইশিনবা ওম্মোইদ্রনে ঐবো? পোথী উদে, তাদুনা লৈরিবা পোৎ পূম্নমক মাগী মাগী মফমদা মতা চা না চা-না লৈবগুম উই। য়াইদংদি শিৎচিল্লমগে, করিবু তৌই হায়বগে, হায়না খন্দুনা শুমচিৎ লৌহুনা শিৎপা হৌই। লোইফাক্রিডৈদা ইনেত্তোন কোক চঙলক্লে। শুমচিৎ অদু কাচিন্দা শৎ ওাশিল্লগা মরাল লঙজক্লরবা মীওই অমগুম মাগী মমাঙদা চপ লেপ্পী। মানা হায়রকখি—

"করিনো নঙ' তৌরিসিনা প্রমোদ; চৎলগে হায়রিবরো 'াখাদনা?"

"ঐ চৎখিবনা ফরে ।"

"চৎখিবনদি ফরে। ঝাই থোইনা চাইবগু নত্রি। করিগীনো চৎলগে কায়রিবনা ?"

'ইমা না থিন্থরকনু হায়রিবনি ; লুহোংবগী ৱা খন্নরি হায়খিবদো ঐনা ।"

"লুহোংবগী কায়বা ?"

"ঐনা হায়খিব'ডুদি ।"

"ঐনা তাহোদবা ওইরম্বা য়াই, লুহোংবগী খন্নরিবা ? নঙ লুহোংবদি ঐগু য়াওনীংলম্বনি .........।"

"য়াওনীংলম্বা হায়বদি ? শোয়দনা য়াওদবা য়ারোই ।"

ইকাইরপ ত্তৌবা খোঞ্জেলনা হায়রকখি — "ইরমচৎনদি চুয়বনিনা য়াওবা য়ারনি ! করি' য়াওদনি ৱারোইপোৎ পুরবা ? য়ানরবরনে ?"

"ঐ য়াওদনা লোইশিন্নবা কদায়' য়াদগে। অদুগা ইনেতোন ঐদি লুহোংনীংদ্রেবো, হোঙলরোই হায়না".........ঐনা মথা ভাবা নংদ্রিঙৈদা ইনেতোন্না হায়রকখি —

"করমকান' চৎকে হায়বা ? হৌজিকপু গাড়ী লৈবরনে ?"

মাগী পাউখুম পীখিদে, হায়খি— "ইনেতোন নঙবু ঐ' লুহোংবা লাকওই হায়রিরো ?"

"করম্না লাকনি ?"

"করিনো করম্না লাকপা হায়ববো, লাক্লগা হেক লোইরে দনা ; অদুগা ইনেতোন ঐদি সমাজবু নাচুংদবা মীনিকো ।"

"নাচুংদবা নওদি চৎপা য়াই; ঐদি মাচংদবা ওমদে; চৌনবী, চৎনবী হায়বডু ঐদি থদৎপা ওমদে। নওসু খল্লু, ঐখোয় লৈরিবসি সমাজদা নত্রে। সমাজগী য়েংদবা য়াদে। ঐদি য়েংদবা ওমদে। ঐনা ওন্বা হায়ববু সমাজদগী থাপ্লপ লৈরগা ময়ামগী মঙ্গলগীদমক ঐ ইশাবু পুম্নমক্তগী তোপ্পা তাহনবা অসিনি। নওমক্কী লুহোংবদা ঐনা থাপ্পা লৈত্রনা পুক্নিং অসিবু নৈহৎপা মওংদা ক্কাভিন্দনা থম্লবা তারগনি হায়বসিদি মওদ-ক্কাওদা খল্লুবা ওগ্লোই। অদুবু, ফরে থোক্লবা হায়বডুনি।"

রাজী শানা শানা থল্লিবা ফি মথক অদুদা ফমথরগা ঐমা হায়খি — "হায়বদি ঐনা লাক্লিবসি করিসু কান্নদ্রে 'সিনিনে।"

করিসু সুংনাংবা তৌদনা ইকোম কোম্বা খুমলকখি— পুন্সি অসিদ ৭ কন্নবগী ওমখে লাম্থোক্তুনা কান্নদবা কয়া মসু তৌদবা য়ারক্তে প্রেমোদ; নওনা সিদা লাক্লিবসি করিসু কান্ন-দবনি। অদুবু কান্নবা কয়ানা থিংলুবা ওমখিদবদগীনি।"

"অসিদগীদি অমুক হন্না লাকপগী রা লৈত্রবনি ইনেতোন।"

"লাক্কবনা য়াম্না হেন্না ফৈ; ঐসু হায়গে খল্লিবনি। সমাজদা লৈররবদি সমাজগী চৌনবী চৎনবী পুন্নমক তাকে হায়বগী দায়িত্ব লৌফম থোকই। শেমজিনবা য়াদবা মওংদা মচোই মচোই কায়খৎবা মহাক অদুগীনা রাক্ষম অমা ওইখরে। অচুম্বা মশক মুয়া খণ্ডগে হায়ররবদি অনৌ অনৌবা ফিভম হকথেংনবা তাই; অদুগা অনৌববু খুৎ-মারুরবা মহাক অদুদি সমাজগী ওইত্রবনি...... .....।"

মতম অদুদা ঐ বী. এ, থাগদোরবনি ; অদুবু মানা হায়রিবা অদুদা ঐনা ভাব তাবা অমত্তা য়াওখিদে। ঙসিসু মানা হায়খিবা পূম্নমক নীংশিংলকই । অশেংবসু অশেংবনি, শাস্ত্র কয়ানা পীবিরমদ্রবা লৌশিং কয়া কেন্নবা আত্মাদা ময়েক লা-না ফংই । ঐনা হায়খি—

"ফরে ইনেতোন, ঐ অমুক হন্না লাক্লরোই । অঙম্বা নতেং পাঙ্গে লাকপনি । কনা'মতনা পাংহনদরে । ফরে লাকখ্রোই মতুংদা ।"

খল্লুবা হৌনবা খল্লে, হায়বা য়াবমখৈসু হায়রে পাউখুম ওইনা মানা খুমলকখিবা ৱাফম ঙসি ফাওবা নীংশিংলি—

"নতেং পামদে কনানা হায়বগে প্রমোদ ? নঙোন্দগী লৌদনবু নিরুফম কনা লৈরিবগে ? করিগুম্বদা নতেং পীগে হায়দুনা তিংথোক্লকপা নখুৎ অদুনা ননেঙোনবু অরাংবা থাক্তা চিংখৎকে হায়না খল্লমলবদি ননেবু ৱারৌগনু । ঐ মদু পামজদে । লৌপ্রিবা পুকচেল অসি চেংশিন্নবা নতেং নঙোন্দগী পাম্মী । ঐবু নমথেক্তুনা নৈহৎলবা ফাওবদা থাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল অমদি থৌনা পাম্মী ; ঐবু নৈহৎলিবা মী মহাক অদুগী পাপ পূম্নমক পুদুনা হিংবা ঙম্বগী থৌনা ঐ পাম্মী ; মাগী অমদি পূম্নমকী য়াইফনবগীদমক ঈশ্বরদা হায়জবা ঙম্বগী থৌনা ঐ পাম্মী । ঐঙোন্দা হৌজিক ইজ্জৎকী কান্নবা লৈতরে । লৈজরিবা খরা অসিদ পেঙ্গবা ঙম্বগী শক্তিদনি ঐনা পাম্লিবা — ।"

পূম্নমক তাখি হায়বতুমডাই ভাবতি তাখিরবনি । ঐনা পাউখুম ওইনা তপ্না হংখি — "ঐবু চংখ্রা হায়রা ?"

"ফরে য়ৌরগে হায়রগা য়ৌখ্রো। সুংঙাইনা পাম্রু।"

"পৈশা-সুংশাগী দরকার লৈরগম্ব ইরকউ।"- চৎলমদায়দা হায়খি ঐনা ।

"ইরক্কে।"- নোকফেৎ ভৌরগা মানা খুমলকখি ।

লেপখৎলে, কোট লৌখত্নুনা খুত্তা য়ানশিল্লে, টুপী পায়ৎরে। খোঙ থাঙলমদায় মতাংদা ঐ খঙ্গানখি— ঐবু মখোঙ শোক্লা অমুক্তং খুরুমসিরা ? খুরুম্বদি চুম্মী খনবদা খনফম খঙলক্কবগুম ভৌরকখি। খুদাংগী ঘড়ীদা অমুক্তং য়েংলমলগা য়াম্না তহা তহারবা মী অমগুম্না কোক অসি শং নোম্বরল্লগা— "অদুদি ঐ চৎলে ইনেভোন" হায়রম্লগা লাক্লে হায়হৌই ইনেভোন্না "সুংঙাইনা লৈয়ু ইবুংঙো।" তনিক তনিকপা খোঙ্গেলদা পীরকপা মঙ্গলগী বর অদুনা ঐবু খোঙথাং কম্না থাংবা তাহনখি। চৎনা চৎনা মরক্তা চপ লেপ্পগুম ভৌরুই। ষ্টেশন ত'বা লম্বেল্লে।মদ' মায় ওল্লে। মপান্দা সুপা অদু মৈতাল ওন্দুনা য়োল্লম্মী। মা উখিনি হায়দুনা মায় অসি লৈখাদা য়েংদুনা লাকখি।

---

## ৭

যমদা ইমানা।"কদায় চৎলুরে অসুপ কুইরকপদি, সতীশনদি মঙোন্দগী নোংমা হান্না চৎখি হায়রগা" হায়না হংলকখি। ঐনা তাকখি—

"ইনেভোন থিরুই, মা শহর অদুদা লৈরে।"

মতৃপানব' করিগুম্বা ভীব অমনা চীকপগুম হংলকখি—

"কনা ?"

"ইনেভোন । মাগা উম্নরকই।"

"ক-রি ?"

"মাদি চৎসি হায়বা স্নুকয়া য়াদে ইমা।"

"প্রমোদ, ননেত্তোন মহা অদো কনাস্থ নত্রবনি খগুলত্রা ? ঐগী ইমাগুদা মমিং পল্ল-লাকনুকো ।"

"ইমা ঐদি মাবু কাউবা ভমদে "

"ভমগে ভম্মু ভম্মোই তোকউ, শাগৈ মাগুহনবী মহা-শমগু অদুগী মরা মপাউ তাহল্লকনু, তাহল্লক্লবদি ঐবু ফত্তে হারজনু।"

ইনেত্তোন কেক পল্লবদা ইমাগী খনুংদা চাক্লিবা মৈরী অদুনা মৈক্লাউ হোদুনা চাকলকপগুম মমায় মমিৎ অদু পূমগাগু ভাংখিবগুম তোই । ভাগুখোকলকপা ব্রাভাগু খুদিংমক অরাবা শহিকুহিগী মৈতালগুম থোকখি । ঐ থোইনা সুংভাইখিদে মতম অদুদা। লুহোংবগী ব্রাকম অদু ঐনা য়াখিদরে। ইমা য়াম্বা শাউখি । অদুগা সংসার অসি ঐ ইথস্তা মগাইরে; কনাস্থ করিস্থ থোক্লরে, শাগৈ-নাতৈ মরিমতা পূম্নমক অরেম্বনি, থোক্লি হায়না খঞ্জবগুম তৌখি ।

ঐগী বী, এ পরিক্ষা খজিক্তা ভাইশিল্লকখি । য়াম্না মথক কা-না ভম্নীংই; অদুনা ইনেত্তোনগী কারদবা ব্রাখলদা মতম মাগুহনবা চুমত্রে হায়না খনখি । অদুবু মরূদদি খল্লিবনিনা কাউগে হায়বা ভমখিদে। করিস্থ কারদে খল্লবা ব্রাখল অসিদা সুংভাইজখি

অদুগা নুংঙাইরিবা শরুক খরা অসিমক পুন্সিগী মচংনি হায়না খনখি। অচাউরম পান্নুবা পুক্লিংগী অপান্বনা নমথখিবা মতাংনদি কাউথোকপস্থ ময়াওই। রাখলগী অসিগুম্বা, লেপ্পা নাইত্রবা ঈচেল অসিদা ঐগী ইশ! অসি কাওশিংগুম্না ককঙাওনহনবদি ঐ পামখিদবনি ..............। সুপা অদুবু চংখিররিদ্রা? করি থোক্লরিগবা? —হেরা থোকনীংবা মওংদা থোকচসনু। ঐনা করি তৌরুবা য়াগদগে। ঐনা শীল্লুবা য়াবস্থ নত্তা, মা-মানা থোকপা তৌজবা হায়ব'দুনি।

চমন্নরবা রাখল মরক অসিদা চাউরবা কিশি অমা তাখরে। থোক্কে লাক্ল লাক্লরগা হেন্নদুম চেংশিনখি। ঐ মী ওইরগে করিগুম্বা অমদি পাঙথোক্কে খনখি। অদুবু করিগুম্বা অমদা নত্রগা অমদা অকায়বা অপনবা অমা হেক্তা লাকখি। খুৎশেম অসি ওন্নবা থোক্লে, সমাজ অসিস্ত ওন্নরে পুন্সি অসিমক তাইওন্নরে করিগুম্বা অমদি তৌদবা য়াদে; অদুবু করিনো তৌগদৌরিবা অসিবো? করি তৌবা ভাবগে, লেপ্পা ঙমখিদে। পুক্লিং অসি খোয়রাংখি। মরুপ মপাং তিম্নবা খরা হনখি মখোয়না ঐবু য়াম্না শাউখি। পরীক্ষাদা ঐ কাখৎনা ঙমগদবনিকো হায়ব'সিমদি কাউখিদে। অদুবু পুন্সি অসিদা মফম মরাং খঙদবা ঈথিল অমদগী পুন্নমকপু কাউথোকখিবগুম্বা মওং অমা ওইরকখি। মরুপ মপাংশিংগা তিম্নরুদবা, চেন-চোংবা য়াওরুদবা অসিনা ঐগী পুন্সিদা অরাৎপা অহৌবা অমা লৈরে হায়ব'সিদি ঐহাক য়ানীংখিদে। তৌবদা মতিক চাবা করিগুম্বা খরা তৌরি হায়না

লৈখি। পল্লেপফম খঙদ্রবা ব্রাখলগী ঈংচেল ১ রক অদুদা নোংমদি রেল থোক ভোংখত্তুনা ইনেথোন্না লৈবা শহর অদু তান্না খোঙ-শানখি।

অদুবু কদায় মৈতালগী মোংলবা চুকান অদুদি? য়ুম অদুদা মশক খঙদবা মী খরা লৈরয়ে। হংখোস্তনা ভৌবসু খঙলখিদরে। মুপা অদুগী মরমদা খঙনবা হায়ববু মানা মাগী নুপী অদুবু ফূ চৈদুনা তৌরম্লগা কদায়দনো চেনখিবা কুইরে— অসিদনি। মুপী অদু মথম্ভা থা মখায়-মুক থামুক লৈরম্মী। মুপী'দু মবুক-মপাও য়াম্না ফৈ মচি অমদা ফি তুদুনা লৈরম্মী। হায়না ভাঙনৈ। মানা লৈরিভৈ মতম অদুদা অঙাং মরাম খোমজিল্লগা লাইরিক তম্বী খোংপীদুনা লৈরম্মী; অভোপ্পগী অরাবদা মতেং পাংগনবী মশাগী অরাবা খাঙবগী হালেংবা লৈতবী মুপীনি হায়না খরনা তমলকখি। অদুবু হৌজিক কদায়দা লৈ, করি তৌরি হায়বদি অমত্তা খঙনদে। থা শুখরে, মমিং-মমায় পাঙনবা ডাক্তরখানাদা চৎপগী রাস্থ ভাঙংনবগুম তৌরম্মী হায়না খঙহল্লকখি।

হোসপিটালশিংদা চত্তুনা থিরুই। মিশনগী হোসপিটাল অমদা থা মঙামুক্কী মমাঙদা মুনাল কৌবী মুপী অমা লাক্লম্মী মচানুপী অমা পোকখি, পোকপা মতুং মরিনি চনবদা অঙাং অদু লাই থোক্লুনা নাখি হায়বা অসি তাকলকখি। নর্সশিং, অদু মথা নীংশিংবা থোকখিদরে। অঙাং অদু থা মথায় অমগী মনুংদা করয়গনি মরমদি রেজিষ্ট্রারদা মুমিৎ অদুদগী মমিং য়াওরমদরে।

"হৌজিক কদায় চৎখে ?"

ঐগী ৱাহং অদু তাবদ। ডাক্তরম্নুপী অদুনা ঐঙোন্দা ঙক্না য়েংলকখি ; হায়রকখি —

'ৱাহং অদুগী পাউথুম ঐখোয়দগী কংবা ঙম্লাগনি খনবিব্রা ?"

ঐনা খুমখি — 'তাকপিরকপা য়াই খঙ্গবনি ।"

হায়রকখি — "অঙকপা মীনি ।"

ঐনা হংখি — "করিগুম্বা অমত্তগা হংজগে ম্নুপী অদুনা মাগী মচা অদু মিশন অসিদা থমগে খোৎকে হায়নকাদি ..... "

খুমলকখি — 'ও চুম্মে। চুম্মে নীংশিংলক্রে, থা'দু সেপ্টেম্বর ? ...অ .. সেপ্টেম্বর ওইরমল্লে, ম্নুপীদু চহি কয়ামুক্কী লেং ওইগনি ?"

"কুনমরী মঙামুক্কী "

"চুম্মে, কুচু ঙৌবা ?"

"হোয় ঙৌই ।"

"চুম্মে, চুম্মে। শোয়দ্রে। থবক অমম্ভ পীয়ু হায়রম্মী। নর্স ওইজগে হায়রম্মী । ইংলিশম্ভু নীংথিজনা খঙই, নত্রা ? ম্নুপী মচা'দু য়াম্না ফে । ঐখোয়না মঙোন্দা অম্ভুম লৈরো খৃষ্টান ওল্লো, থবকম্ভ হৈজরকনি হায়বনি । মানা য়াখিদ্রে । 'সিনি হিন্দুশিংগী ওম্ভোকপা অমনা। ম্নুপী'দু নঙগী কনানো ? প্রভু যীশু হায়ব'দুদি ঈশ্বরগী মচানি, ইবুংঙো মহাক্তবু নীংজগ-দবনি হায়না মঙোন্দা নীংথিনা অমুক্তা তাকপীয়ু, খঙলব্রা ?"

ঐনা হংখি — "অদুদগী কমদৌখে ? লৈরমদ্রবা 'দুম চৎখব্রা ?"

চৎখে অদুম, মতুংগী ৱাদি ঐখোয় খঙদব্রে ।"

ঐগী পরিক্ষা নকশিল্লক্রবনা ঐ কুইনা লৈথবা ভমখিদরে। অমুক লাক্লে।

খরা লৈরগা লাইরিক-লাইশুদা পুক্নিং অমুক চঙবা ঙল্লক্লে। সংসার অসিস্ত অঙকপা অমনি। পিশক পিক্লিঙৈদগী মাগা ঐগতা তোংনা তিল্লদুনা লৈমিল্লরক্লবা ইনেতোন অদু হল্লা হল্লা থিরুবা ফাওবদা ঙসি ফংদ্রি। ঐতবু খল্লম্মী মহাক অদুনা ঙসিদি ঐগা উল্লররোই হায়বগী মতাদা থেদোক থেদোক্কুনা চৎখি। সংসার অসিবু স্তপ্নগী কায়নবা খাইনবগীতা ওইনা তৌখ্রবা জাৎলা, উল্লবা অমদি থুংনবগী রাফম ইরৈমক লৈখিত্রবা জাৎলা? হৌরম অসিদা কয়ারক হল্লা খনখি।

লুহোং খোংদোঙবগী রা অমুক হৌদোক্লরক্লে। হন্দকী মৌ অসিমদি ইমানা য়াম্না পাম্না তৌখি। মশক মতৌ ফজে, মরম ওকই, লাইরিকস্থ হৈ হায়খি। ঐনা অমুকং চত্তুনা য়েংলুরগা পাম্বা থোক্লগা পাম্মী য়ারে হায়রগা পুমলোই লোইরবনি। অদুবু হল্লা হল্লা য়ৈথোক্কুনা লৈখি। য়ৈথোকে হায়দুনা য়ৈথোক-পনি; ইশানা ইশাবু অঙাং ওইরি মতম চাদ্রি হায়না খঞ্জখি। হৈরে, ফরে অমদি মপুঙ ফারে হায়বা অসি ঐ ইশানা য়াজদে। ঐবু থাগৎনবস্থ য়াওখি। করিগীনো হায়বদি তশেংনা খঙদে ঐনা খঙবা হায়ববু ঐগী থম্মোয়দা নীংবা কায়বগী ইহৌ অমা ছত্তনা হৌরকখি হায়বসিদনি। নোংমদি ঐ সুপী য়ৈঙ্কা চৎপা তাখি; চৎস্ত চৎলুই। ঐনা চৎলুরিবা ডাক্তর অতুদী ইমুং অদুদা ইনেতোনগা পেংনখি।

ঐনা হেক চঙখিবগী অদুদা মহাক ডাক্তরগী অঙাংমচাশিং থরা লাইরিক তম্বীদুনা লৈরম্মী— ইনেতোনমক্তি শোয়দে মহাকমক্তি। মাবু উবমক্তদা ঐ কৌবা ঙমখিদে! মাস্তু ঐব্যুঙংবা ঙম'খ'দ। ঐ মকম অদুদা কুইনা লৈবা ঙমখিদে।

মৌ অদু ঐঙোন্দা পাম্না থোক্লে: পাম্লোইদবগী মরমস্তু লৈত্তে— মশক ফত্তে, লাইমচামক মাল্লি, লাইরিক লৈ, শাগৈ জাৎ ফে, পুন্নমক করিস্তু নোংপু। মাবু হেক উবদা ঐগী পুক্নিং লেপখ্রবনি। অদুবু রারী-রাতাই শানবা মতাংদা ঐগী হৈশিংলবা রাঙাংশিংদু কদায়দা মাঙখ্রবনো ওদে. লৈ অসি খৎপা ফাওবা থোকখিদে। ঐ ইশানা ইশাবু রারীজখি। মানা ঐবু য়ানিং-লম্লোইদরা হায়না চিংনখিবনা করিস তোবা ঙমখিদে। অদুবু ঐনা চিংনরম্বা পুন্নমক অরেম্বনি হায়বা খঙলক'খ।

ঐবু উবদা ইমুং অদুগী মীশিং অদুনদি হাম্না য়ারম্বগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না য়াখি, ঐবু য়াম্না পাম্না তৌখি। ইনেম্বোক (ওইগদৌবী) অদুদি ঐবু য়াম্না পাম্না তৌখি। ইনাকমক্তদা কমদুনা লৈখি। রারি-রাতাই শাবগী মতাংদা ঐনা হংখি— 'অঙাংশিংসিদি য়ুমদা অস্তুম তয়বরা, স্কুল কাহনবিদ্রবরা?"

খুমলকখি— "কাহল্লা। চৎপনি হায়দুনা চৎলি, স্কুলনি হায়দুনা তোরিবা অসিস্তু ঙম্বিদে। য়ুমদস্তু লাঙখিবনা— মখোয়মক্তা লাউনবা ঙমদরে। ওঝা অমা থম্লিব'সিনি। মুপা অমস্তু লাকপিরি। লুপা কুস্থ্রা অসি থা খুদিংগী তোঙাম্না চৎলবনি।"

"মুপী অসিদি ফবরা কমদোই?"

"কৈ ইবুংঙো. য়াম্না কৈ। লায়রবদি পং তংপা জাংনি। মচিন মখা ওস্থোক্লা সুংশিখ্রে। অঙাং তম্ফিরস্ত য়াম্না হৈ।

—"অঙা শিংনদি য়াব্রা ?"

"মাবুদি য়াখে, মানা হায়রে'খে য়াই। থা অনীরোম কারক্লেদনা ঙসি ফাওবদা মানা হায়বনা লে ত্তোংবা লৈত্রি; মা লাকপদগী য়াম্না কান্নরে ঐখোয়দি।"

"স্কুলদস্ত ওঝা ওইরিবরা মাবো ?"

"ওইরি স্কুল মচা অমদা ঐ খায়না পীরিবা থজিকং অসিনদি চংনবা য়াবা নত্তে লুপা তরামুক্তি; 'সিনদি কৈদোননি অদুবু মতং মতংদা ওইনরবস্ত খিংকী নত্তে। খঙনোদনা কোঁহল্লুগে।"

ঐনা থুমখি— "হ। য়ানি। মরমস্ত লৈতনা।"

হায়রকখি অহল অদুনা— "অদুগী রাদি কৈস্ত লৈতে ইতং তত্তুনা কৌহল্লিবনি, হেক্তা লাকই। মথম্নতা লৈবনিনা মাগীদি য়াম্না কোমই। ঐখোয়গী থবক ইত্থাও থরা থরা য়াওবী। মাস্ত সুংঙাইজে ঐখোয়দস্ত য়াম্না কাম্নে। য়াম্না কৈবো ইবুংঙো সুপীমচা অসি। শাওবস্ত হৈতে, বারো পুক্লোবগী বাস্ত লৈতে।"

"ইমুঙ'সিগদি য়াম্না পক্লরিনে।"

"পক্লবাইবু ইমুঙ'সিগী মী ওইরবনি। হন্নকী লুহোংবা অসিস্ত মানা থরাই ওস্থোক্লা য়াওখ্রপোৎনি। মানদি অমুক্তা থেংনজিন্ত্রিবনিনা বর নওবু য়েংনীংই হায়দুনা ঙাওলিবনি। নওবু য়েংগনি হায়দুনা খিঙ'দুনা লৈজরিবনি. ঙসিদি কৈদোরবনো ওন্তানা চংখ্রে। মাগী করিগুম্বা অচিনবা অমা লৈরম্নি;

নত্রবদি নঙগা উননি হায়না লৈরম্বনি ।

"ঐগা ?"

"হোয়, নঙগা। অচোবী অসে ঐখোয় রাজনন্দিনী অসে মানা ওস্থোক্লা লুনা তৌখ্রপোংনি। মুংশিখ্রবী মুপীমচানি অদু কৌহল্লুগেনে, উনৌ খঙনৌ হায়বা ।"

"হ । ফরনি, কোম্না ......... ।"

তশেংবদি মাগা রারী শাবা অদু ঐ য়াম্না রারবনি ; ঙাঙহন্নীংদ্রবনি, ওস্থোকপনি ঙাঙববু হৌখ্রবদি পেরি-পেনা খোংবা জাৎনি। অমুক মথা তারকখি ,—

"কুইরোই য়াম্না নকপা জাৎনি. বিট্টন (অঙাং অমা) থাদুনা কৌহল্লুগে ।"

"হ, অরেম্বদা মাসু রারনি তোকপিরো ।"

"রাবগী রাদি লৈতে। মাদি কদায়দসু চস্তে, কনামতনসু কৌরদে ।"

"করিগী ?"

"মাবু কৌরনবা মী লৈতবনা। মথন্তনি হৌজিক লৈরিবা মরি-মতা খরদি কদায়দনো লৈ হায়বা তায়, 'সিদদি কনাসু লৈতে ।"

"মানা লৈরিবসি কদায়দনো, কয়াম থাপ্লী ?"

"থাপ্তে । মাইল অহুম্মুক্লাশিংদা ওইগদ্রা ।"

"কৌহনবীরুরসু, কোম্না উমজরগে ।"

"ফরে ফরে, মাসু মুংশা থীরম্বা য়াই, অদুদি পোখাহৌখো ।"

পোত্তি পোত্থানীংগি অদুগা মানা ঐবু থাদোকপিরম্ব'দুদগি ওস্লোক্লা ফখ্রে' মাগী লমন চাউনা তোল্লবনি হায়না খনখি।

মুমিৎ অদুগী মুমিদা রাগরম অদমক্তদা ইনেতোনগী মনাক্তা চৎলুই। স্কুল মনাক্তা অপিকপা য়ুম মচা অদুদা লৈরম্মী। চঙখিবদা মা রুমাল লোন্দুনা লৈরম্মী। ঐনা চঙখিবদা হৌগৎ-লগা মাগী ফমফম অদু ঐঙোন্দা পীবগী মওংদা ওকখি। ফম্মী ঐ। ফনা কুইনা মাঙোন্দা য়েংদুনা লৈ; মা মরু লুকথদুনা রুমাল লোন্দুনা লৈ। রা মচেৎ অমফাও ঙাঙলক্তে। মপান চন্দবা সাড়ী অঙৌবা অমা শেৎলি; মশম অদুনা কোমলপ পুল্লি। মমিৎ অদু তরু তরু তশেং তশেং উই। মশা অদু নোয়খক্তে, কংস্থ কংথরমদে, মশাগী থুদুমদা চপ চানা থমখ বগুং উই। য়েংখিবদা মহাক্কী শকফম অদু মহাক মশামক্তা নোংদম্বা বিখিগা অমত্তা ওইনা থুৎশম্ভরদুনা পুন্সিগী লম্বেলদা চৎমিন্নরবগী মওং মাল্লি। মুংনাংবা অমদি নুংঙাইতবগী করিগুম্বা রাখল অমত্তা লৈত্রে হায়বগী মওংনি। খাঙকম থোকপা পূন্নমক মনা মনিল নাইদনা খাঙখ্রবা মতুংদা মপুন্সি অদু মরাক য়াওদ্রবা মচি ঙাক্তা ঙাইরবা ওইনা তৌখিবা মওংনি। ঐনা তপ্না হায়খিঃ—

"ঐদি হায়গী অদুদস্থ য়ৌরুরে।"

"সিদস্থ শোয়দনা লাকনি হায়বা ঐ খঙই।"

"হোস্পিটালদকাম্ব কোয়হং হংলুরে। চিঠিকা অমত্তা থারক্রবদি কৈদৌরে?"

"করি হায়না ইরকনি?"

"ইবেম্মা অদুদি কদায় লৈখে ?

"শিখে ।

"শিখে ? কৈদৌথৈ, কমদৌনা শিখিবা ?"

"থা তরুক হায়রকপগী অদুদা ; মশাগী লায়নানা থরা, অরাম খৌরাংনা থরা লোইশিনখে ।"

ঐ ভাইহাক রা ভাভদে । ভাইহাক লৈরগা ঐনা হায়খি ;—

"মিশন্দা পীরো হায়বদু পীরম্বা য়াদ্রো ?"

ভাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা ভপ্না হায়রকখি ; –

"ঐনা লানখ্রবনি । মমা ওইরুবসিমক ঐগী ইরালনি । কনা কুইনা অমুক তুমিন্না লৈনখি । ঐনা অমুক হংখি ;—

"স্বাইদা কমদৌনা য়ৌরক্লিবা ?"

"কোয়চৎ চৎলকপদগী ।"

মথা হংলুদরে । তুমিন্না ভাইহাক ফম্রে । মহাক্না মফম অদুদা লৈরম্লিবা অদু 'স্নম কোয়চৎ চৎপদগী লাকখিবনি ; 'সিমক মপুন্সিগী খোঙচৎনি হায়খি । ঈংনা ভপ্না পোখাবা য়াবা মফম অমদি ফংলবগুম্বনি । অদুবু কয়িগুম্বা মফম অমদা পন্দুনা লৈবা পামদবগুম উখি । নোংমদোলগী লৈচিলগুম্বা অরেপ্পা মায়কৈ খঙদনা কোয়পাই পাইবা অসিমক মাগী লাইবক্কী খোঙচৎ ওইখ্রমাল্লে । নোংদম্বা মাগী খৌদা থুদিংমক কনাদম্ব বাকৎলুবা হায়রুবা ভৌদনা ইল্লবগুম্মী । থাঙবা কনবগী মুত্তিগুম উখি । ঐনা হায়খি ।

— ফরে অদুদি হৌজিক্না কমদৌবা ?

— কমদৌবা হায়ববু নঙ লুহোংলেদনা ।

—হোঙবগীদি হাঙলগনি। হোঙগদৌরিবসি ঐগনি হায়বা নঙ হান্না খঙব্রা ইনেতোন?

খঙদে রাজনন্দীনিগনি হায়বদনি খঙবা। নঙগনি হায়বা খঙলম্লংদি ঐ 'সিদা করিগী পঙ্গরুনি.

—করিগী? করিগী পঙ্গরোইদৌরিবা?

- প্রমোদ ঐ অসি মহা অমঙ্গলগী মশক্নি। ওলখানা চঙখি চঙখিবা মফম অদুদ মাঙ-তাক্তনিঙাই কৈতে। হৌজিকমক ঐ চৎখ্রসিরা খল্লম্লিবনি। পঙগনু প্রমোদ, হন্দমুক্তি চঙলক্লে, মতুংদদ ইনাক্তা স্নুকচঙ চৎলকপদি য়াদে। ঐগী য়ুম্নাক শাগে জাৎনা নঙনা খঙলিবদুনি। 'সিদা লাকপা চুমদে। হন্দকী-সমদি হোঙদবা য়াদবনি সুপীমচা অসি ঐনা মশক য়ুম্না খঙই; মশক্তা মতৌদা, মরৈদা মশিংদা; লমচত্তা নোপত্রবীনি।

— হায়বদি ঐবু য়ারো, য়াদবা তৌনু, হোংলো 'সিনিনে, নত্রা?

—মা ন অদুনি।

ফরে অদুদি য়ারে, হোঙলে। তৌবতবু নঙ অসি ঐগী ইপাগা পোকংম্নবা ইনেতোম্নি হায়বা অসিমদ তশেং-তশেং হায়বা তাই, খঙহনবা তাই।

তাবদা মা খংপ্রেক খংখি; মমিৎ মনা তথক তথকখি; হায়রকখি— মাঙলে প্রমোদ, অদুমকা তৌরুরবদি মাঙলে, তৌবা য়াদে।"

এনা হায়খি—"মীনম্বা পামদে ইনেতোন; নুহোংকৈহোঙবগী মতাংসিদদি করিগুম্বা অমত্তা লোৎপা ঙম্মোই। পুম্নিগী ওইনা তৌগদৌরিবা মঙং অাসদা মীনম্বা চুমব্রো? য়ারোই।

হায়রকখি মানা— "মীনম্লিবদি ঐ ঙসি নঙগী কনাগুম্বী অমা ওইরি হায়বসিনিনে প্রমোদ। নঙস্থ খল্লু ঐ অসিবু নঙগা কনা ওইরিবগে? করি ওইরিবগে? চুম্মী ওইরম্মী মতম অমদা, নঙগী মরি অমা ওইরম্মী; অদুগুম্বা মরি অদু ইখুং অসিনা থদংচম্রবনি। মতং-মতং তংখ্রবা মরি অদুবু নঙনা ঙসি ফাওবা করিস্থ তৌখিদবগুম লৌরিবা অসিমক মীনম্বনি। প্রমোদ ঐবু ঐনা লৈজরিবা ফিভম অসিদা থাদোক্লম্বনা খ্বায়দগী ফবা মওং ওইগনি, চংলো, 'সিদা কুইনা লৈবা চুমদে, ফজে, প্রমোদ চংলো।"

মতম অদুদা ঐ মনাক্তা কুইনা পম্বা অদু চুমদ্রমাল্লে হায়না খল্লকখি। অউবা য়াওখ্রগা করি হায়নখিগদগে হায়না খল্লি। মীওইবা হায়বা জীব অসিমক অঙকপা জীবনি। মানা খল্লিবা অমদি খঞ্জবা অদুনা মচুল্লে হায়না লৌনৈ। মশা মশাগী মরালদি লৈনদ্রবগুম থন্নে। ওস্থোকপনি তাইবং অসিস্থ।

মক্ষম অদুদা নোং-নীনি পনখি। ময়াম অদুনা ওঝা অদুগা ঐগা খঙনৈ হায়বা খঙখি। কনাস্থ করিস্থ হায়দে। ওঝা অদুবু ময়াম্না য়ানবনিনা ঐনা মাবু লুনা তৌবা উবদা পূন্নমক সুঙাইখি অমদি পেন্নখি। সুঙাইনা মতম খরা লেনখিবগুম তৌখি। মক্ষম অদুদা লাকপদগী ইনেভোন মবুক থন্না চাবা ফাওবদি কংলে খঙবদা ঐ য়ান্না সুংঙাইখি। ইমুং অদুগী মী পূন্নমক্লা ঐবু য়ান্না লুনা লাই ভারককুম তৌখিখি। ইশেলশিং অমদি ইনাওনুপীশিং অদুনা ঐবু অনৌ অনৌবা

মিঙ্গোদা কৌখি। রাজনন্দিনী অদু ঐগা অমুক অনীরক মায়োক্নরা উম্নবা য়াওখি। ইকায়খীবীনি, ইমাঙদা মমায় পুবা গুমজখিদে। হেক উনবগা হৌদুনা হেক্তা চেনখি। বা লোই-নরে; হোঙবদা লেপ্লে। অদুবু পুক্নিংগী অপাম্বা অমা কোঙ-দোক্কদবা বাৎখিবগুম তৌখিবনা বাকম অদুদা ঐ মপুং ফানা সুংঙাইবা গুমখিদে। য়ুম চৎলমদায়গী মতাংদা ডাক্তর সাহেব অদুদা শীংনবগী মওং হায়রপ চঙবা বাঙাঙদা ওবা সুপী অদু ঐগী ইনেতোম্নি হায়না হায়খি।

মদু তাবদা ডাক্তর অদু গুরূপ তোই; করিসুদি হায়রকখিদে। ঐনা ইনেতোনগী মরমদা পূম্নমক শিৎ-শিৎনা তথদুনা তাহনখি। ঐগী অরেপ্পা মতমসু ফোঙদোকখি—"মুম্না খনবিয়ু। ঐদি হৌজিক ফাওবা মাবু ইনেতোম্নি হায়না লোজরি।" ডাক্তর অদুনা তাকপিরকখি—ফরে অদু কৈদৌবগে, মসিদা অকায়বা করি লৈবগে। আই হেভ ইউ, হুরাট মোর ডু আই বাণ্ট (ঐনা পাম্বদি নঙদনি, অত্তে নত্তে।

ঐনা খঙ্গানরুরিবা বাখল অদুগীদমক ঐ ইকায়জখি। য়াম্না সুংঙাইনা বিদায় লৌরকখি। রাজনন্দিনীগসু উম্নরকখি। চৎলমদায়দা মানা ঐবু য়াম্না লুনা-তৌরকখি।

অদুবু নোংদম্বা মাগী লীলা অঙকপনি, লৈরম্বা ফিভম অদু মথক-মথা থোক ওনখিবা খঙহৌদে। ঐসু যারিবমখৈ কম্না লাকুখিবনি, অদুবু রাজনন্দিনীগী মমা অদু থাইনগী মীতা ওইনা তৌখিবা অমদি মথোয়গী শাগৈদা য়াওরকপদগী লুহোংবা অদু

কায়খি। ডাক্তর অদু ঙশেংবদি য়াম্না নুংঙাইখিদে। মানা ঐবু মচাদ মচাগুম খনবিদুনা অরোইবা মতম ফাওবদা চিঠি থারক্নুনা নুংশিবা উৎপাখ। অসিনি মরী-মতা হায়ববু। রাজ-নন্দিনীদি অতোপ্পা অমদা হোৎখ্রে। মতুংদা মাগী নুংঙাইতবা পাউ খর তাখি মরাইবক ইরাইবক্তীনি। ইনেহোনবুস্ত মাগী থবক অদু ছোৎনখিদরে, অতাং ওম্বীবগী থবক অদুস্ত থুদক্তা তোকহনখি হায়না তাখি।

মাগী পাউদু তাবদা ঐ থম্মোয় শোক্না নুঙাইখিদে, মতম খরদি রাখলনা যুম্বতনখি। চিঠি থাখি, টেলিগ্রামস্ত তৌখি। অদুবু পাউ অমত্তা হল্লকখিদে। মফম অদুদগী মা চৎখ্রে হায়বা তাখি। কদায়দা কদোমদা চৎখিব্রবনো? ঈশ্বর নহাক্তুংদি খঙলম্বা য়াই। কদায়দা কনা লৈদুনা চৎখ্রিবনো? কনাস্ত লৈতে। অমরোমদদি পূম্নমক মাগী তাত্তনি; পূম্নমক মতোম্দদি চপ মাম্নবনি।

রারী অসি ওথাক শাংনা চৎরক্লে; পুম্সি অসিমকখু রারী অমনি, অদুগা ঐখোয়' ইমেতোনগী রারী অসিদি মচৎ ইরাও য়াওদবগুম খোক্লি।

পুন্সিগী থৌদোকশিং অসি মথং মথং থোকই অদুগা মরি-মরি চংবি। ঐ:খোয় মাওঙমতৌ হিংবনি হায়দুনা হিংনরি; নোংমা নত্রগা নোংমদি পুন্সিগী চেংজেল লোইখিবনা চৎখিবা হায়বসি লৈপাক্তা খুদুম্না শুবগুম্বনি। পুন্সিগী অহানবা খোঙথাং কয়াদা হয়াওনা হৌনরিবা অদুগা লমথুংফম য়োরকপগী মতাংদা কয়াদা হৈনদনা থোক্লিবা! চয়াংনবা অমদি থয়াইনবগী বাখলদা থমোয় অসি ঙাইহাক্তা ফাওবা পোত্থাবা ফংদ্রিবা। পুরমক অসিগী মরিদা লেপ্তুনা থল্লি; অদুবু তাংদাংবা ফল ফংবদি ওম'ত্র অথুপ্পা অদু থজিক্ত ফাওগা থঙলুবা ওমদ্রি।

(পাক্লবা ঈপাক্লি। মসিদা ঐ:খোয় পুরমক্লা চেপী পীক্ল-পীক্লবা হিনাও কয়ানরুম হোল্লদুনা সুংডাইগনি হায়বগী অশাদা খোঙশাম্নরক্লি। মতাই ওইরপ লৈরিবৈ ফরম্মী। চৈঙাক মরেপ ফংলক্লবগী অদুবাইদগী হৌরক্লে মওং কায়রকপা। মথৌনা লৈরবা কয়ানা ঈরাক্লরি ঈয়ায়রদা, কয়া অমনা মখোঙ-মথুং হোত্তুনা ঈরোইনরি) অদুগা অয়াম্বদি লৈরাই মপান্দা ক্রক-ক্রক ইমদুনা থুরক হাঙদনা লৈনরি। মর কাওবা চনিঙ তানা হোনবা ওমনদ্রি) মফম মুমবগী অমগা অমগা মুক্লরি, থংনরি অমদি লাউনরি, থৎন-থৎনা, চৈন-চৈনা মাগী মাগী ওমথৈদা কোইরৈ লৈনদুনা হিংনবা হোৎনবা নত্তনা করিদি তোগনি! ঈপাক অসিদা মায়কৈ অছুমদগী ঈথক্লা লৈন-লৈনা হাইজিল্লক্লে — ঈথকী অঙকপা জগোয়নি। শাসন্থ ঈথকী জগোয়— ইথৌনা নম্ফুনা লৈথুবা ঐখোয়নি; জগোয় য়েংলুবা শংত্রি।

করম্না য়েংলুগনি ? ঈথকী ঈপোমশিং অসি কদায়দা লোইরি-দৌবনো। ভোর্ব্বাম্না কদায়দা লৈরিগবা। অসোমথংবদা লৈরমগ-দবা ভোর্ব্বান অদুস্থ উবা ফংদে। মিৎনা উবা ঙম্বগী রা লৈতে। য়েংথোক য়েংথোকখিবা মায়কৈদা ঈপাক অসিগা নোংমদোনগা অমত্তা ওইশিন্নখিবগুম উরি। মুনা শংলবা ঙমখৈতমক উবগুম ভৌরি। কদায়রাইদা লৈরিগদগে ভোর্ব্বাম্না লৈরিবা অসিবো? কনানা খঙলুবা ঙমগনি? ঙমখৈ হায়বা অসিদি ঐখোয়গী মীশুগী ওইবা রাফম্নি।

অসোমদস্ন চঙসিল্লুগুমসি। মসিরাইসি লপ ফংবগী রা লৈতে। ঈপাক অসি লাম্থোকপা ঙম্লুবগী রাস্ন লৈতে। সে গা মায়-গা তাম্নরুগদবা কনাদনো! ঐগী মীগী অমদি অনক-অরাপকী রাথন্দা পুম্নমক চমম্নদুনা লৈনরি। অচিকপগী ঙমখৈস্ন লৈতে। হ! মসোমদা চঙলুবা চুমদে।

খোঙনা-খুৎনা লাম্বা যংব লৈরাই মপান অসিদা অস্তম্নক মরেপসি। কংফালদনা হেম্না শাফগদবা মওং লৈ। কংফালদা লেপ্লগা চাংজৌ নাইদ্রবা ঈপাকলোমদা য়েংথোকসি, মসিদদি অকায়বা রা থোইনা লৈতে। কুমথরুবদি লায়বু লায়রদুনা য়েংদা য়েংলুবদা থমোয় অসি তনিক তনিকই, রাখল চোইজাইনগে ভৌই, কোক অসি হাইরং হাইরং ভৌই— হকচাং অসি হাপোই হাপোই ভৌই। খাঙকম খঙদে। য়ারিমখৈ খাঙলগা লৈরাই অসিদা পুম্নমকা তোৎনা ভিম্নদুনা স্নম হিংমিন্নসি। 'সিমঙাই মীওইনগী পুক্তি হায়রবু।

অদুগা হায়রিমক্তদা ইনেতোম্না ঈপাক অসোমদা থগাইমুক লমমুক কূমথথ্রিবসিনা করিগীনো? খোঙথাকমসু লৈতে; খুৎপায়ফম পাম্বেসু য়াওদে। করম্বা থৌনাদা তৌরুরিবা মওং-নো? ঐনা লৈরাইদা লেপ্লগা লাউখি—

"হো ইনেতোন কদায়দনো? 'সোমদা লৈরে ঐদি। নঙনা লু না চান্না সুংশিবিরিবা নয়া প্রমোদ সোমদা লৈরে। সোমদা হল্লকখো, অমুক্তা হল্লকখো। নঙনা পাম্বা পূম্বমক ফংগনি ইনে-তোন। নেৎপদা পুথরোইদবা লৈমায়নি ঐনা লৈরিবা মফমসে। চিংনগসু ইনেতোন খুদোংথীবা করিসু লৈরোই। নিঙাইবা লৈতনা লৈবা য়াবা মফমনি। ঈথক ঈপোমনা ফূজিল্লকনি হায়বগী অকিবা করিসু লৈত্রবা মফম্নি, হল্লকখো।"

ঐনা লাউখিবা অদু ইনেতোম্না তাখিদে হায়বা ঙমদে। ঈথক মরক অদুদা ঈরোইরদুনা খরা খরা অসুম লাপথোকখরে। ঈরোইবনা কদায়দগী কমদৌনা হৈরমলিবা, ঙকই। ঐদি থরক হুনগৎলে। ইমেতোম্না লাউরকখি;—

"ইনেতোনগী ইবুংঙো প্রমোদ, য়াররোই। নঙবু কাউবা করম্না ঙমগদগে ইনেনা। অদুবু প্রমোদ, ননেদি তোর্বান থাদোক্লন্নবীনি। খোঙ-খুৎ অসি হোৎপা ঙমলক্তদুনা ঈরাক্লবা তারবসু ইনেগীদি ফরবনি। নঙ করিমতা মিপাইবা তোরগনু। ঈপাক অসিগী গর্ভদদি পুম্নমক চপ মান্নে। নঙবু ইনেনা ওম্মোক্লা সুংশিজরকপনি; থিংলগনু ইনেবু। নঙনা হেন্না খঙলিবদুনি ননেনা লৈরিবা মফম্ অসিদি খোঙ-খুৎ চপ মান্ননা হোত্রবদি

ঙাইহাক্তা ফাওগা হিংতুনা লৈবা য়াবা নত্তে। খোঙথাকম লৈতে। পাক্লবা ঈয়ায় অসিদা থোকনি হায়তুনা পোকলুরগা অমুক হঙ্গিনবা। অদুক লাইবক থীবীদি ওইরম্মরোই ইনেগী প্রমোদ।”

ঐনা থোরী অমা লংখি। মনাক্তা তারবা লীতোন অত্থু পায়গে ফাওবা থোরাংখিদে, খঙিক নোকখি, লাউরকখি—“প্রমোদ, মসিগীদমক ঐ নঙগী লমন তোল্লবীনি।”

ঐনা লাউতুনা হায়খি—“ইনেতোন নঙনা ঐবু স্নকথন খনবি-দমাল্লে, খঙিক্তংফাওবা সুংশিবিদ্রে। অমুক্তদি চল্লকখো ইনেতোন।”

ঈয়াক্লবা হোয়ক্লে, লুকেং-লুকেং তোয়ক্লে। মরক অসিদা হায়রকখি:—

“নঙবু ইনেতোম্না থমোয়দা চেৎনা কোম্নুনা অহিং সুংখিল অনীমক্তা খল্লিবনি প্রমোদ। সুংশ্রিবত্নুনা নঙবু ইনাক্তা লাউ হায়না কৌত্রিবনি নঙগী ননাক্তা লাকপা ঙমখিদবগী মরমস্থ অসিনি। য়েংউ মাঙদা লৈরিবা ঈপাক অসি কয়াদা পাকথ্র-বনো। মসি লানবদা তারবনি।”

ঐনা শাউরংননা লাউখি—“চংচখো কৈ। স্নকয়েং য়েং-লকওই।” মানা খুমলকখি—“য়েংলক্তবনা হেম্না কৈ। য়েংলিঙৈখো নখোঙ খোঙকম নাম্থোকখিবা য়াই।” ঐনা অমুক লাউখি—“লুপ্পো, পেল্লী, শিরো ঈয়াক্লহুনা।”

মানা খঙিক নোক্লগা হায়রকখি—“ইয়াক্লহুনা শিবা হায়বত্থু ঐগীদমক্তদি ইয়ায় লায়স্ত্রি; ঈথক কয়াগী কল্লবা শাফু কয়ামুক খাঙখিবা তারি। অহুগা অসিগুম্নবা শাফু মরক অসিদগী নঙ

থাপ্না লৈখোরে হায়না খল্লুবদা ঐ পেল্লে প্রমোদ। প্রমোদ নঙবু ঐনা সুংশি, নঙেঙোম্না য়াম্না সুংশি প্রমোদ, অদুননি ইনেঙোম্না হায়রিবা।"

ইনেঙানগা অরোইবা ওইনা উনখিবা মতাং অদুদা ঐ উকিল ওইরে। ঐনা উংবা মাগী যিভম অদু অরাংগী মশক্কি, খল্লুবদা তুংচুংখিবা হংহৌদে। ঐনা চংখিবদা পীকখ্রবা কা মচা অমদা তুম্পক থাদুনা লৈরম্মী। মশা অদু হায়নীংঙাই লৈতনা ওমলমদে। হিদাক লাংথক কইস্ত থৌরমদে য়ুম্লোম্নবগী পুকচেল চাউরবা মাওই খরনদি সেবা খরা খরা তৌরম্মী। মীওইশিং অদুগী সেবা অদু ওয়েংক্লা মংল য়াম্নখ্রবা সেবানি। ওক্লিবা রাক্ষম অমনা ইনেঙোন্দগী চিঠি অমা ফংখি। ইমা লৈখিদরে তাবগা ইরকখিবনি। চিঠি অদু হয়া হয়া পাখি। পারবা মতুংদা মাগী, ঐগী অমদ চিঠী অদুগী র পুমকাউ কাউথোক্কুনা থমখি। করি হনখি? ঐ, কাম্নদে পল্লখিনবনি, থোক্কপনা ফরে মানা অস্তুম্না ইরকখি—

"প্রমোদ, ইমা হায়বা অসিদ ইমানি, মঙ্গলগী মশক্কি। অদুবু ঐদি ওসি ফাওবদা ইমা মশক খঙত্রি। লাইহৈরেপাক মায়কৈ হমখ্রবী মহাক অদুগী আত্মাবু পেলহনবা হমখিত্রবনি। খল্লুবদা থমোয় অসি পুবা ওমদনা থোকই। হিংলিঙৈগী মতমদা য়ামত্রবদা ঐবু ভাকপীয়ু হায়বা ফাওবদা হায়জগে থনবনি। অদুবু লাইহংরদি হমখিদবনিনা করম্নদি তৌনি। মপোক থীনা পোক্রবী ঐঙগী দোষনি, অতৈ কনাগীসু নত্তে।

"প্রমোদ নঙ ঐবু শাউরম্বা য়াই। হৌজিক ঐনা লৈরিবা লম অসিগী মমিং চিঠীগী পুথক্তা ইরিবসিনি। নঙ শোয়দনা লাকনি হায়বা ঐ খঙই। ঐনা হান্না লৈরম্বা মফম অদুদসু হংলুই, থিরুই হায়বা ঐ খঙই। চিঠী-মুংঠী অদুক য়াম্না থাদুনা য়েংলুরিবা করিগীনো কানস্ত কান্নরোইদবদা। ফরে; থল্লূরমু হৌখ্রবদি হৌখ্রে। ঐগীস্ত থোহনা থল্লূরমু। পুন্সি হায়বা অসিদি চাউখ্রবা পরীক্ষা অমনি। ঙসিফাওবদা ঐনা ওইরিবা ফিভম মঙনা খঙলিবদুনি। নঙ লাক্কে হায়রবস্ত মরাকউ। অদুগা তৌবদদি ঐঙোন্দগী করিগুম্বা মখলগী আশা অমত্তা তৌরকনু ঙসি ঐনা লৈমিন্নরিবা মীওইশিং অসে সমাজনা থোওইবীদ্রবা অমদি ইম্ফোকপিরবা মীওই ঙাক্কনি লৈথা ভাখ্রবনি হায়না হায়রবা ফাওবদা মতিক চাদ্রবা ঙাক্কনি। অদুবু মখোয়স্ত মীনি। মখোয়গী মরক অসিদা তোৎন-ভিন্নরা লৈরূরবা ঐগুম্বা অমনদি মী হায়ববু মখোয়শিংসিদি হায়না লৌই। ঐ হৌজিক হিংবা পামদ্রে; অদুগা হিংবা ভাদুনা হিংলগস্ত মীওইশিং অসিগী থাজবদা হিংবা পাম্মী। কোয়চৎ চৎলুরবা মতুংদা তোল্লবা, লৈথা ভারে হায়না লৌনরিবা মীওইশিং অসিগী থমোয়দা মক্কবা ঈচেল অমা চেল্লি হায়বসি ভশেংনা খঙলক্কে। মখোয়গী রাখল অসি কয়ামুক চম্বগে অমদি কয়াদা শেংবগে হায়বসি ভিন্নরুবা অমদি নক্করুবদগী খঙবা ঙমলকই। অদুগা মখোয়গী মরক্তা ঈশ্বর মহাক্না লেঙদনা লৈবিরি হায়বসি থাজদবা ঙম্লক্কে। ইবুংঙো মহাক্তি পূন্নমক খঙবী উবিরিবনি।

মক্ষম পূন্নমক্তা লৈবিরিবনি। হৌজিক ঐহাক মক্ষম অসি থাদোক্লনা করগুম্বা মক্ষম অমদা চৎপা ওয়রোই, করি ঐমু চৎলুরগনি। কদায়দা করি লৈতবগে!

"'মসিদা কাম্নরিবনা কন্নিনো'?" নঙনা হংনীংলম্বা য়াই। প্রমোদ, কাঁন্নে; কাম্নবা য়াম্না লৈ। মক্ষম অসিদদি কন অমত্তদা ঐদি লমচৎ য়াম্বা কক্ষবনি হায়হন্নীংবগী অপাম্বা মিহোবা অমত্তা লৈনদে। লমচৎশা মীওইবগী মমল লেপ্পদে কক্ষদব'সিমক মমল য়াম্বনি হায়না লৌনৈ। মমল লেপ্পনবা চাং হায়বর অ'সনি। চুম্মী, অকিবগী মশক ফংলম্বা লায়না কয়গী পোকফম্নি; হয়েহনীংঙাই মশক্কি অদুবু প্রমোদ, ঐঙোন্দদি ওম্মোক্লা কাম্নরে। লমচৎ নাইবগী মমল কাবদি হায়রুম্ব হংবা ফাওবা হংনদে। শারমলেনগী ওইবা শাক্তৎনা অথোইবনি চায়না শীংথানৈ। ফরবন চাউখৎলবনি হায়না লৌন'রবা সমাজ অচদ কন্না চৎনরিবা 'লৌনম্বা' হায়বা অদুমা মক্ষম অসিদা মমি ফাওবা উবা ফংলোই। মিপাম্বোংদা অমা ওইরগ মপুংদনা শক্লোন কন্না লোতুনা লাক্লবদি লাক্লিবা মী অদু মীৎকূপ অমকাওবা লৈবা ওয়োই। মৈহোৱোলগী ওইবা মীওইশিংগী মক্ষমদদি চাউখৎপগী থোইনা কাম্নবা লৈতে। মক্ষম অসিদদি মী থুদিংমক ই.ফাং কোংনা শা হেক্তা ওইবা য়ানৈ। অশেংবা সনাতনা তুং কোইনা লৈবা ওম্মী; মরমদি ঐ পিথ্রাই নত্তে হায়রুবগী থোইনা কাম্নবা লৈতে। সনাগী মিহোবম্ব লৈতে, পিথ্রাইনি হায়বগী পুংনাংবা অমদি মিপাইবম্ব লৈতে। পিথ্রাইবু সনানি হায়না

উহনগে লাক্লরবদি ঙাইহাক্তা ফাওবা লৈতাবা ওয়োই। শেংই শেংদে হায়বগী চাংয়েং হায়ববু অসিনি। তশেংবমক ইবুংঙো মহাক্না পেনবিনিঙ'ইনি।

"প্রমোদ নঙ ভাব অমা তাররোই। ঐগীসিদা নহাক লাক্তবনা য়াম্না হেন্না ফগনি। নঙদি ইনেতোম্বা খঙই, রাখল য়াম্না থোৎপা মীতানি। অরাংবা রাখল খনবতনা নপৌ ওইদুনা লৈজরিবনি। মফম অসিদদি থোৎপা নৌবা অমদি অরাংবা রাখলগী রা লৈতে নমথি হানৈবতনা থম্না লৈবা মফমনি। ঐখোয়দি মসিদা হৈনখ্রবনিনা য়াম্না নুংঙাইনা হিংবা ঙমলি। হান্না লৈজরম্বা ইশাগী অথোৎপা রাখল, অরাংবা ফিদম পুম্নমক মমি শামখ্রবনি। য়ারবদি নঙ লাক্তবনা হেন্না ফৈ। মখল খুদিংমক্কী ফিভম ঐ খাঙবা ঙমগনি অদুগা ঐবু নুংশিরিবা মওং অদু লৈখিদবা তারবদি ঐ খাঙবা ঙমলোই। কনাগুম্বা পুকচেল চাউবা মীশক অমা খঙলুবা তারবদি নঙনি; নঙভনি প্রমোদ। কনামতনা ঐবু থওইবিদ্রবনি। নঙ লৈরি খল্লুবদগী সমাজ অদুবু ঐনা মীরাইরুবা ঙমদ্রি। প্রমোদ, নঙদি খঙলমদবা য়াই নঙনা ঐগী আত্মা অসিবু লানবিরিবনি। নঙ লৈরিবা সমাজ অদুবু ঐনা হংগোইফম থোকপ্রা? হংগোইগে হায়রনা খন্দবদি নত্তে। করিগুম্বা কান্দদি চপ য়ুংনা লেপথিবসু য়াওই। অদুবু নঙ নীংশিংলকপদা ঐগী কল্লবা রাখল পুম্নমক নুংশাদা লেন্না তুম্বগুম তুমখিবা খঙহোদে; তুমখিবা লেন্দগী শিম্বরকপা ঊরিক্তনা ইশা অসি পুমলুপ লুপখিবনি। নঙ লৈবদগী হু-ভরেৎ

খারবা ঐগী ব্রাৎল অসিনা ঐ ইশাবু অমদি ঐগী হকচাংবু মাঙহনবা ঙমদ্রিবনি। পুন্সি অসিদা খজিক নীংহন্নরকপা মতাঙদা নঙবু ইনেনা শিদহিদাক ওইনা শীজিন্নরি। নঙবু মুংশিরুবনা ঐ অসি ঙসি ফাওবা তরু-তরুনা হিংবা ঙম্লিবনি। মরক অসিদা ঐনা কিরিবা অমনা নঙনা ইনাক্তা লাক্লগা শেংনা অমদি চেৎনা থমজরিবা মুংশিবা অসি ময়েং তাখিবতা নত্তনা পুম্মাঙ মাঙখিবা তারগদরা অসিনি। মাঙখিবা তারবদি ঐদি করম ত্তৌগনি! হিংবদা ব্রানা থোক্লগনি; পাঙ্গল লৈররোই; ইজ্জৎ, থাজবা, মুংশিবা লোইনা পুম্মাঙ মাঙখ্রনি। মায়কৈ তরাদগী হৈনরকপা অমোং-অকায়তনা লেপ থুমখ্রগনি। ঐবু কমদোনা হিংউ হায়বগে! ঙসি ফাওবদি হূ চেল্লবা নাক-য়েৎ অসদা লুপ্তুনা লৈরবস্থ ঙকমখৈ ব্রাংনা থাঙ্গচ্ছনা ইরায় লায়না হিংনবা উপায় অমা থিবা ঙমজরি। উপায় অসিস্থ লৈখিত্রবদি ঐদি কদোনা হিংবা ঙমগনি? শোয়দনা শিবা তাগনি শিগনি হায়বগী মুংনাংলুবা নত্তে; পুন্সিসিদা শুপ্পগী অমখক্তা ঙাইজরবা চৈঙাক অসিস্থ খুত্তগী নাম্লোকখিগদ্রা হায়না চিংনবনি। থাজবা অমদি মুংশিবা অমাসিদংদি অরোয়বা মতম ফাওবা চেৎনা থম্লীংই; নক্লগদি শিবগী অর্থস্থ লৈররোই। মসি ফাওবা মাঙখিবা তারগদি ঐগীনি হায়বা করি লৈহৌরি—নঙস্থ া য়েংউ। অসিননি ঐনা নঙবু থাপ্পা লৈয়্‌ হায়রুবদি। স্থ, নঙনা চঙবা য়াবা মফম নত্তে। নঙবু থাজরুবদগী মফম। লৈথা লৈনা মফম অসিগী ওইদ্রিবনি। নঙ নঙ লাকস্থ

কাংনা হন্না হন্না হায়রিবফিদিনি। লাক-লাকসু প্রমোদ। লাকপা ভারবদি ... ... ... নংসু খল্লু প্রমোদ।

“হন্না শাংদোকখরে প্রমোদ; অসুক শাংনা কমদৌনা ইখিৎবনো, করিগী ইখিৎবনো ঐসু খঙহৌদে। ঐনা খঙবা হায়ববু— নংঙোন্দা নক্রবদি ভৈতে অমদা অসুম্না ইরুবা ওস্মোই; ইগে হায়না খল্লুফাও ওস্মোই, ইগে খল্লুরবসু থোক্লকলোই, থোক্লক্লবফাওবদা ঐনা খঙলোই।

“প্রমোদ, ঐনা নঙবু কৌরকখিগনি, ননেত্তোনবু কল্লরাও হায়না— হায়রক্লোই হায়নসু হল্লসু সু'শিবা অমদি থাজবা অসিনা মচোই মচোই কায়হৃবা মঙাংজুদঙা নঙবু কৌরকখিনি। হৌজিক-মক্তি লাকখিদ্রু— ঐনা হায়রিবসিনি প্রমোদ লাকপা য়াত্রি।”

শাংমন্না থোকক্তিৎনৈঙদা য়ারী অসি লোইশিনবা ফরে। অরাবা অমদি সুংঙাইতবা হেনগৎকক্লবনি। কান্নদে। ইনেত্তোন্না কৈরুন্বা মকম অমদি ফিভম অদু ওস্থোকপনি। পল্লুগদবা য়ৌনা হল্লোই। থাজরোই। মানা ইরকপা চিঠি অদু পাক্রবদা মানা অদুগুম্বা ফিভমদা লৈরম্বা য়াই হায়না খল্লুবা ওমদে। উরবা ফাওবদা থাজবা পাক ওমদে। শহর অপুম্বগী কন্ত-হৌদি হুন্দোকফম্নি মকম অদু। লৈরম্বা মরুওইবা, মীওইশিংদি ওক্তবী অহল ওইরক্লবশিং, মখোঙ মথুৎ য়াত্রবা কুল্লীশিং, চাক্রি -কি-নিবত্তনা মথৌ ওইবশিং অাইনগী মীৎয়েংদা লোন্না থুপ্না থবক ঈঞ্জখোকপশিং কাংবুশিং অসিনি মকম অদুদা। ইনেত্তে মা মত্তৌ লৈনা লাকখিবনো ঐ থংবদা মম্মী। নাক-য়েত্তা মথক্তা

হায়খি্রবা "মীওইশিং অদুনা ফমশেন্নদুনা লৈরম্মী। লৈরম্নিরা পুন্নমক্কী মায়খোঙদা থব্রাই নুংঙাইতবা অমদি চিন্তাগী মওং মরেক লা-না উবা ফংই। মখোয়শিং অদু ঙাওন-শক্রবদা অপনবা অথাকপা অমত্তা লৈতে। ব্যবহারগী ওইবা ব্রাহে মচেৎ অমফাওবা শীজিন্নদে, নঙ-মা হায়দু-না হেক্তা হৌনৈ। ইকাই-ইকিগী বা থোইনা লৈনদে। ইনেত্তোনগী মনাক্তা ঐনা লৈরিবৈ মরুক অদুদা মখোয়না লৃদবা মোৎলবা ইঙ্গিৎ তোয়না তৌনখি। ঐগুম্বা শকথঙদবা মীত্তোপ অমা চঙলকপা অদু মখোয়দা নুংঙাইনা থোক্তে হায়বা ঐ থঙই। ঐ অসিবু মরেবাক মচা নত্তবা, থাজনিঙাই লৈত্রবা কিনিঙাই ওইরবা জীব অমগুম্না লৌখি। অয়াম্বনা ঐ অাসবু ফম্মুং পক্তুনা লৈরিবী ইনেত্তোন অদুগী অহানবা নুংশিন-খিবা নুপানি মানা হৌজিক লৈরিবা ফিভম অসিগী মরম্না ঐমক্তি হায়না লৌনখি। রাফম অসিমক হন্দোইবা লৈতনা ইফোং ফোংনা হেক্তা হৌদোক্লরকখি; ঐ হৈনখিদে, অদুবু করিগুম্ হায়বা ওমখিদে।

ইনেত্তোনসু পুন্নমক তাদবা নত্তে। থাঙতুনা লৈখি, লুদবা রাঙাঙ ঙাঙলিবা মখোয় অদুদা চৈরু-লাকলুদে; চৈরুরগা মখোয়না চিংনরিবদু হেনজিনখিবা য়াই। তারবসু ইনেত্তোম্না থোইনা থোশারুদে। ঐনা হায়খি —

"ইনেত্তোন চৎনবা ত্তোরসি, লৌবা লাক্লববি ঐ"

"কদায়দা ?"

'য়ুম অদু হৌজিক ঐগা ওইরবনি, নুপী থিরে; পুন্নমক

ঐনা শিল্লবনি, অতৈ কনাস্থ লৈত্রবনি। নঙগী ওইরবনি চৎলসি।"

"ফিভম অসিদবু হেক্তা চৎলগত্রনে?"

"হেক্তা চৎলগদবনি। মতাং অসিদা সেবা তৌহৈদনা করম্বা চান্দা ভোগদগে। পোত্থাদুনা মুংঙাইনা লৈরগদবনি। অদু-অদা 'ঙদে সে চৎলসি। ঐ থবক অমা তৌরে; হারম্ম হনেতোন চৌ-অশাং য়াম্না তিন্নরপোৎনি, কনাস্থ কিদে ঐদি।"

তুমিন্না তারুরবা মতুংদা ইনেতোন্না হায়রকখি— "প্রমোদ, চ মহাভারত পারবা নত্রা? যুধিষ্ঠীরনা স্বর্গ কাবা চৎপদা মাগী : অদুবু সুকথা থাদোকউ য়াখিদে, নত্রা? নঙগী য়ুম অদু কয়া ম্নাচাউবগে অমুক্তা হায়য়ু; 'সিদগী ময়াম অসি চনগত্রা য়েংউ। থায় অসি হুই নত্তে ঐবু লুনা-চান্না থৌবিরিবা মী ঙাক্তনি মদ।"

ঐনা হায়খি—"চোইরোল লোল্লস্থ ইনেতোন, ঐ কনাস্থ বনি, নঙবু পুগে লাক্লবনি চত্তবা সুকয়া য়ারোই।"

"ঐনা করম্বা মতমদা চৎলোই হায়থ্রবগে"—মানা নোকক্কেৎ রগা হায়রকখি— "ফরে, অদুদি, নঙ ঐবু পুবিরনিদনা?"

"শোয়দনা পুরনি।"

"শেংনা হায়য়ু।"

"হায়রিবসিনি সুকশোয় শোয়দনা চৎলনি।"

"অদুদি নঙগী লুপা কয়া য়াওরকই?"

"লুপা?"

"লুপা। কয়াম য়াওরকই? অয়াও'থৈ পীরম্মো ঐত্তোন্দা

অদুগা হনখ্রো। নয়ুমদা চৎলগা অক্মা ওইরেদনা। হা, মাম্নত্রিবো ?"

ঐঙোন্দা ঙক্না থোকখি। মঙোন্দা মুম্না য়েংদুনা লৈ। হায়দবা য়াদে হায়বগী মওংদা ঐনা হায়খি —"নুপানদি করি তৌনগদৌরিবা ?"

মানা খুমলকখি —"করি তৌনগদৌরিবনো ঐসু খঙত্রি। অদুগা ঐনা নঙগী নতেং পামদে হায়বা অদুদি নত্রেদনা। অদু-গীসু মথক্তা পৈশা খরা থমলয়গা চৎখিবনা নঙগীসু ফগনি। নত্রা ? ঝানা তাল্লুরিবা পৈশা অদু মোৎলবা খোংবাল অসিদা হৈজিল্লম্মো হায়বা। নঙ তারিকো প্রমোদ ? শেলগী মতেংনা নরক স্বর্গ ওইহনবা ঙম্মা য়াই; থাদি থাজদে। অদু ওইরবসু পৈশা হায়বা অসিদি পৈশানি, মরম অমদা নত্রবসু অমদা শোয়দনা কাম্নরবা য়াই।"

মানা হায়রিবা অদু করিনো হায়বা ঐ ভাব ভাবা ঙম-খিদে। ঝাকম অদু ওল্লগা ঐনা হায়খি,—"এ, কাম্নদেসে চৎ-লসি, হোস্পিটালদা য়েংলুনবা তৌসি"

হায়রকখি মানা—"ঐনা হায়বসি নঙনা ভাব অমা ভাদরে। অদুগা হোস্পিটালদদি করিগী ?"

"মদুদা লায়য়েংবনা মতা চাগনি। লনাই কা মচা অমা লৌরগা লৈগদবনি। শেল চঙবগী থোইনা চিংনরুমু ইনেতোন, ঐ লৈরি।"

হায়রকখি—"মদুনি ঐনা পামত্রিবা। নঙনা পৈশা য়াম্লোন অমা পীরমলে হায়দুনা হোস্পিটালদা চেনশিল্লগদবা নত্তে।

লাইয়েংলুবগী কান্নবা লৈরবোই প্রমোদ। হকচাং অসিদা লৈরিবসি লায়না অমা অনিদগী বা নত্তে; মরক অসিদা লায়বৈং কয়ামকমসু 'নোংমা নোংমগী হাপকৎলক্লি। ইশাগীদমক সুংনাংকমলৈরে।"

বাকোই শৃঙ্গুনা শাংথোকনবা চুমরে। মতম অদুদা ঐ সুপা খোকপা য়াখিদে: শগ্না হায়রবদা ইনেত্তোনবু পুরকপা ঙমখিদে, করি চারি করি থক্লি হায়বা য়েনা হংলকপা ঙমখিদে। ঐনা তৌরম্বা তৌবা ঙমখিবা হায়ববু অদুবাইদা লৈবা উকিল অমদা ইনেত্তোনবু থরা হেংশিনবিয়ু হায়দুনা লুপা ০০/২০০ পীরম্বা অসিনি। মরুপ অদুনা ইনেত্তোনবু য়েং শনবিরমগনি পৈশা অদুসু মতাং চানা থরচ তৌথিরমলগনি।

অমা হায়রুই য়াদ, অমা হায় ভাব তাদ, তৌরবা অদুদা ঐ য়াম্না শাস্তনা হল্লকখি। চৎলমদাইদা য়ানীংদবা অমদি শীংনবগী বাকম কয়ামুক ঙাঙলম্মী।

য়ুম হেক য়েংবগা ইশাগী উকিলগী থৌরমদা পুক্লিং হক-চাং অমত্তা ওইনা থবক তৌবা হৌখি। কনাগীসু থল্লুবা তোত্রে। ইশাগী কান্নবা নত্তনা করিমত্তা তৌখ্রোই হায়বগী মওংনি।

অদুগা ঐনা তৌখিবা মওং অদুনা করিনো? ইনেত্তোয়া লুপা থরদং পীরম্মু হায়বদা পীরমত্রিবা। ময়েক্কীদি অথাকপা লৈতনা হৈথরমগদবনি। অদুগা করিগীনো পীরমত্রিবা। য়ানা ঐখু কয়াগী মত্তিক লুনা চাম্না তৌখিবা, কয়াদা থাজখিবা মচিম্না খোল্লা শেল থম্বা পীরম্ম, হায়রবা ফাওবদা ঐনা পীখিদবা। করিগীনো? ঐনা থুং পুন্দুনা লৈখিবা করিগীনো? পীহোত্রবদি

পীহৌত্রে, করে পীবা ঙমহৌত্রে অহুদি পীহৌদে, হায়বগী মরমদা খল্লুরগা থরায় শোক্লা মুংঙাইতকম লোকপনি— তৌত্রি; করিগীনো ? মরম করিগীনো ?

পাউখুম হায়রবু ঐ অসি থম্মোয় পীকপা, মী মচা ওই-রুবনা ওইবা তাই—'সিনি।

অদুগা ইশাগী থবক্তা চাউথোকচবগী মরম্না করিনো ? ঐনা তৌরিবা মওং অহুনা মহুমলে হায়না থাজরুরিবা করিগী ? ইথৌ তৌগে হায়বদি লৈত্রহুনা মীগী থবক তৌবনা অশেংবা ইথৌনি হায়না খনখিবগী মরম্না করি ?

মসিগী পাউখুম্না—ঐ অসি লৌশিং চাউবা মীতানি, অপঙবা নত্তে, নাক-য়েং মুম্না য়েংলগা চাং তমহুনা চৎপা মী-তানি, সের কালা ইথুত্তা পায়রিবা মীনি 'সিনি।

ওসিদি ইথুৎনা পায়রিবা অচুম-অরানগী শেংলবা কানা অসি ইরাং য়াংনা থোক্লুরি। উকিলগী থৌদাং ; মসিদগী কং-লকপা শেল-থুম, বুদ্ধি লৌশিং, মান-ইজ্জৎ পুম্নমক অসিগী মথক্তা কম্লগা অচৌকপদা খল্লি—"করিগীনো কনা অমগুনা ঐবু অপঙ শীবিত্রিবসিবো ?" মুংশিবা অমদি ফজবগীদমক্তা করিগুম্বা থরদং দান তৌখিরমগদবা অহুদি কুম্বংনহুনা লৈহৌরগা, 'লল-থুম ইজ্জৎনচিংবগী নখো অসি নঙন্দা হাইগৎলগা ঐনা য়ানখিগদবা অসি কদোম্বদা ওইরিগবা। পুম্নমক অসি লোইনা শীজিনরু-গদবা অসি কদাইদা ওইরিদোনো ; লল-থুম অমদি মিংচৎ অয়েবনি : সুরাগুমনি। ময়ানি পুম্নমকসি আত্মাগী মরু বা মঙালগু

খঙ্গিন্নুনা খমলম্লিবা অমম্বা শরুক অদু মখোয়সিনি। পামলক্লরে ঐ; পুন্নমক রুরিস্থ কান্নরমদরে।

রাকম অসি চহি তরাতরেৎ থরা কল্লে। মরক অসিদা য়াম্বা ওক্লিবা অমনা, খম্মোয় শোকপা য়াবা অমনা চহি তরা-তরেৎ পুরা অসি ইনেতোন য়াওদনা লেনখিবা অসিনি। কমদৌনা লেনখিবনো খনবদা ওক্কবা ওমদে। ইনেতোন্না মাগী পুন্সিদা লৌশিনবা হায়বগী থবক অসিদা স্থকতৌ তৌখিদ্রবনি। পাঁথোকপা হায়বসিনা মাগী মশরুক ওইদুনতা লাকখবনি। মানা ঐবু কয়াগী মতিক মুংশিবিখিবা। মসি নীংশিংলুবদা ঐগী থম্মোয় অসি অরাবা মৈতালগী মতৌগুম চাক্লি। মওং চাখিদ্রবা মাগী পুন্সি অদুনা মৈজাওগী মতৌগুম নোংমদোন খেৎনা চাকখৎখি। মৈথু য়াওদ্রবা মৈরীপী পান্দমগুম মায়কৈ শীনবা খুংনা শম্মোক্কুনা চাক্লি। ইনেতোনবু মায়কৈ অমদা থৈদোক্তুনা থমলপা ইশাবু রাহক্লদুনা লৈরি। 'সিনা করি করম্না মওং ওইরিবনো খওবা-ওমদে।

ওসিরি মহাক চৎখরে হায়বা পাউ শংলে। করম্না শিখিবনো খওক্লুব্রবস্থ য়ারে; খওসিরা হাত্রনা শক্লিন্না অক্লিরুক খিৎকী নক্লে। খওলম্নক ভারবদি ওক্সিগী ঐ অসি ওস্লোকপা মওং অমরা চপরম্নী বা নৈ।

ইনেতোন, নও চৎখিবা। করে চংক্লো; নওনা বিংলিঙ্গৈ শক্লি নকুং-টক্লকপা ওমখিল্লে। ওসিদগী ত্রোরা ত্রেৎত্রি ইবেতোন রিচারপ্রভিরী কম অদি থাদোক্লগে। কপাৎ অসিগী ইমাং

ফলাং পৃন্নমক থাদোক্লগে। ইশাগীদমক্তা হিংবদা তৎন-থানবা য়াদনা হৈনখ্রবা ঐনি, অতোপ্পগীদমক হিংবা হায়বছ'দি অনৌবা মপোক অমদা পোক্কুনসু থাজদ্রে। চুখ্রবা মচুনি। ইশাগী ওইনা হিংবা মতাং অসিদা য়াম্নিবমখৈ থাদোক্লগা চাদবা য়াদবা খরদংনা লেল্লগে হায়না য়াশক্লিবসিনি।

হে ঈশ্বর। নঙদি পৃন্নমক ভারিবনি। ঐনা পাম্বা পীবিয়োই হায়রবসু পীবিনু অদুগা করিগুম্বদা ঐগী য়াশক অসি কায়খিবা অমদি ঙাকপা ঙমখিদবা তারবদি নরকী কোম অদু শোয়দনা ফংহনবিয়ু।

সহী—

এম, দয়াল। তাং ৩—৪—

য়ারী অসিগা লোয়নবা বিচারপতিগী ফম অসি থাদোকচরে হায়বগী ত্যাগ পত্র (থবক তোকপগী চে) অসি ইখুৎনা সহী তৌদুনা লানখৎচরি।

এম, দয়াল
তাং ৪—৪—

লোইরবা